# মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা

# Western Education IN Manipur

**VOL. 1.**

যোমজিনবা
শ্রীথোকচোম মাঙ্গোলজাও সিংহ

# মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা।

# Western Education IN Manipur.

## VOL. 1.


খোমজিনবা

শ্রীখোকচোম মাঙ্গোলজাও সিংহ।



ফংকয় :—

ষ্টুডেণ্ট ষ্টোর।

পাউনা বাজার

ইম্ফাল।


মমল রুপা ৩,৩০

পাক্কা বাইন্দিং রুপা ৪,৪০

ফোংজব

খোমজিনজব ।




১বা চেকোং জুন ১৯৬৭ ইং ।

কোপি-- ১,১০০ ।

---

নম্ফম

ভাগ্যবতী কার্য্যালয়, চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্ক্স ।

# ৱায়োন থরা

মী ঐখোইসি ঐগী ঐগী থবক্কী ইতিহাস খংনিংবা অসি মহৌশানি। মণিপুরদা হৌজিক কালগী শিক্ষা অসি করম্না হৌখিবা, শন্দোকখিবা অমসুং করম্বা মতমদগী হৌখিবা অসি মী পুম্নমক্কী মফমদা য়াম্না খংনিংবা হিরম অমনি। মতম অহুদা হৌজিক কালগী থম্না য়াম্না চাম্বা শিক্ষা অসি কর্ম্ম মরমনা য়ানা হৌদোকখিবা অমসুং শন্দোকপদা য়াথিবা অসিনচিংবা মতমহুগী সমাজগী ফিবম অমসুং মীনা করি মরমগী অমসুং করম্বা মিংয়েংনা শিক্ষা অসি বু মতমহুদা য়েংলম্বা অসিনচিংবা সমাজগী ফিবমশিং অসি শ্রীযুক্ত খোকচোম মাঙোলজাওসিংহগী "মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা" হায়বা লাইরিক অসিদগী খংবা ঙমই।

জোনষ্টোন স্কুল অসিনা অহানবা অমসুং অমত ওইবা স্কুল ওইনা শিক্ষা অসি করমনা পিহুনা লাকপা অসি মী পুম্নমক্না খংনবনি। মাসি করম্বা মতমদগী হৌখিবগে হায়বা অসি স্কুল অসিগী ছাত্র অমসুং ওজা অমা ওইনা ঐ ইশানা কোইথি থিহুনা হোৎনবহু শ্রীমাঙোলঙাও বাবুগী লাইরিকতগী খংব ঙমলে মাহুদি—খৃঃ ১৮৮৫-৮৬ চহিদা রেসিডেন্সিদা লিংখৎখিবনি। ভারতপু থেংদোকনা মণিপুরবু নৈহুনা পাম্লম্বা বৃটিশবু ঐখোয়না নিংথিনা থনবা ঙমদে, তোইশুবমসুং মহৈ শন্দোকলম্বা জোনষ্টোন সাহেবপুদি তৌবিমন খংবগী মশক ওইবা সম্মান উৎসি। শ্রীমাঙোলজাওসিংহগী লাইরিক অসি নাকন অমদা মণিপুরগী চাংতম পুম্নমক্কী শিক্ষাগী ইতিহাস

পিবা অমায়োমদা সমাজগী ইতিহাস পিবা অসিমচিংবা অসি নিং-থিনা পাংথোক্কুনা জ্ঞানগী লম্বেলদা নিংথিবা লাইরিক অমনি। ইতি—

শ্রীহৈগ্রুজম নবকান্তসিংহ
১০ । ৬ । ৬৭
সিংজমৈ গার্লস হাইস্কুলগী
ভোকপ্রবা হেড মাষ্টর।

সিংজমৈ ইম্ফাল।

— — —

# বাহৌদোক।

"মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা" হায়রব লাইরিক মচা অমা ওসি কোংজরিবসে ঐগী ইত্তিক লৈজব নত্তে। ঐদি হিরম অসিদা মওত্রং ওইনা লৈজরকপানি। খৃঃ ১৯৫৮ দা মণিপুরগী ইহান হানব ডাইরেক্টর ওফ ইডুকেশন ওইরম্ব শ্রীএস ডি বহুগুণনা ঐঙোন্দা হিরম অসিদা য়াহং মনম মনম হংবিখি। ইরৈবাকী শিক্ষা বিভাগতা থবক তৌরগা থওজদে হায়না খুমগদব ইকাইমনপ্রত্না থওনব মচাক কয়া থিজত্না উক্ত ডাইরেক্টর অসিদা পাউখুম কয়ামুক ঐনা পীজখি। অদুগী মথক্তা অনৌব লাইরিক লাইগু থরগা থিজিন্দুনা লাইরিক মচা অসি ইজহৌই। অদুবু মতম থর কোংব ওমদত্না লৈজরক-পদগী হন্দক্তা শিক্ষা বিভাগনা লাইরিক ফোংনব গ্রান্ট পীনরকপদা ঐগীসিত্থ য়াওবিরকপদগী ওসি লাইরিক মচা অসি কোংজরে। ইরৈবাকপু হুংশিবিবিব ইচিন ইনাওশিং অমসুং ইচন ইচেমশিংনা মণিপুরবু হুংশিবিত্থ গা অয়ান অছুই অমসুং অয়াং-অপা তাকপীরক্তুনা লাইরিক অসি মপুং ফাহনবিয় হায়বগী মরিদা প্রার্থনা তৌজরি। ইতি—

ইম্ফাল

তাং ১৬/৬/৬৭ ইং।

খাইগী ননাউ

শ্রী মাঙোলজাউ সিংহ।

Phone { office – 280
Res —172

Gram : INSTRUCTION.

N. B. Sinha,
DIRECTOR OF EDUCATION
MANIPUR.

IMPHAL
Dated 20th July 1967

This book contains valuable information and very inspiring accounts of the early development of education in this region. The present volume devoted to a period of 75 years of Western Education in Manipur, will be an important link in the full and comprehensive history of Education in Manipur. As the man in the field and at the very source of educational data and statstics Shri Mangoljao Singh writes with ease and confidence. The book, I trust, will be of great interest to students of Educational history.

Sd/ N. B. Sinha
DIRECTOR OF EDUCATION
MANIPUR.

ducation Minister
overnment of Manipur.

Telephone { Office —
Residence -

Impha
July 18,

I have gone through Sri Th. Mangoljao Singh's "We
Education in Manipur Vol. I" written in Manipuri.
full of praise for the labour done by the writer to c
he old but very useful records about the developme
Western Education in Manipur. He has presented his f
n readable Manipuri. I hope, the book will be liked b
ationists as well as general readers.

I give my sincere commendations to the writer w
known to me as one who has dedicated his whole life
cause of education.

Sd/-
( N. Tombi Singh
Education Minist
Government of Man

ducation Minister
overnment of Manipur.

Telephone { Office —2334
Residence — 398

Imphal
July 18, 1967.

I have gone through Sri Th. Mangoljao Singh's "Western Education in Manipur Vol. I" written in Manipuri. I am full of praise for the labour done by the writer to collect he old but very useful records about the development of Vestern Education in Manipur. He has presented his figures a readable Manipuri. I hope, the book will be liked by eduationists as well as general readers.

I give my sincere commendations to the writer who is known to me as one who has dedicated his whole life to the cause of education.

Sd/-
( N. Tombi Singh )
Education Minister
Government of Manipur.



সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ

চুখংপীখিব জোনষ্টোন থাউমৈদো৷
কাচন-কোয়া ঙালশিল্লক্লি।



সার চূড়াচান্দ সিংহ।

মৈদিঙুনা নোংপীখিব থাউদো
লোই খম্ব নাইদরি ;
জোনষ্টোন থাউমৈ চাকচরি,
মৈরি ফনা ঙাঞ্জরি।

---

# মণিপুরদা নোংচুপলোমগী শিক্ষা

মণিপুর ভরতকী নোংপোক চিংখৈদা নোংঙাল্লমদাইদা হল্লোক্লকপা শক্তিক কৌথ থল্লানমিচাককুম ঙান্দুনা লৈজবা লৈপাক মচা অমনি। মসি য়েলহোঁউদগী হোঁনা মনীং তম্মা পাঞ্জরকই। রাংলব চীংজাউ কল্লানা হোরাই ময়াগুম মকোক থিঙ্গৎ থিজক্লুনা মরোল কয়া থোক্লা কোয়শিল্লি। ময়াম চবুক্তা লৈতেম মায়রব, মহৈ মরোংনা ইশং শংনা কুপ্লব ‘ফম্পা’ক লৈ। চীং’দান খুদিংদা মরৈবাক নীংজয়ব মচা কয়ানা অহিং ফাওবা সম্রি নাইহুনা মম' লৈবাকপু য়েক্লবনা লাকচখিনি হায়বগী মতাগুম মিংশেং থাংহুনা ঙাকচরি। সন্ত্রি তৌফমমক্তদা য়ুম কৈ লিংহুনা খুন ওইনা তানখি। মরম অহুমা “চীংনা কোয়না পনশাব চীংমীনা কোযনা পনঙাকপ” হায়না মমা লৈবাকী মগুণবু শকচ শোঞ্জরগা পেঞ্জব মচা ঙাক্তগী লৈবাক্লি। মমা লৈবাকপু ব্রহ্মাশিংনা হন্না হন্না লান্দাম্নকপদা মচাশিংনা নিপা থোক্লা নোক্লা নোক্লা মথল্লাই কথোকখি। মমৈথংদা লৈবাক অসিগী নিপামশীং য়াম্লকখিদে। ব্রহ্মা লাম্বা য়ানবগীদমক্তা দুপীলোনব অমস্তুং লুশ্রাবীনা অমুক হন্না মমুম পানব প্রথা নমহুনা চংহনখি অমস্তুং মীশীং য়াম্লকহুনা ব্রহ্মাশিংবু মরৈবাক্তগী নমহুনা তাম্হোকপা ওমজখি। য়েক্লবু তাম্হোকপ্রবদা মচাশিংনা ওমখৈ লৈতনা হয়াওক্তখি। তৌই-ওস্বস্তুং “তুরোম্নব অরাইবনি, অরুবদি চারোম্নবনি” হায়ব মৈতৈ

পাউরো অসি মরৈবাক কন্নবগী রাখন্না থুমকৎখিবগী কনা অমতা খন্নহৌদ্রে। মাতুগী ফলনা নিংখোঁকোন্দা মমা তিন্নদব নিংখোঁ মচিন মনাওশিংগী মনুংদা থোক্লকপা চক্রিংগী মপোকতৈগী মীথা পোক্ল-রকত্রব মণিপুব বৃটিসকা মথুক্তা মায়থীব ফংখি। মীথা পোক্লকপগা লোয়ন লোয়ননা নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি মণিপুরদা চংশিল্লকখি।

লৈবাক অসি পীকচরবস্নু মশাগী সংস্কৃতি, শিক্ষা, সভ্যতানচিংব ইভোপ তোপনা লৈজরকই। ভারতকী মকম ওতৈওস্না মকম অসিদা খুন্বাল-কৈবান্দা লরাই ইমফাল থোইনা থায়দে। সমাজগী মনুংদা নিপা-নুপী চংহুনা মোন্মিনৈ। হিরম খুদিংদা নিপানুপী অনিমক্কী দায়িত্ব লৈ। মকম অসি ভারতকী নোংপোক-থোঙ ওইবনা শা-লানগী থবক্কা মরু ওইরম্মী। মরম অতুনা শা লানগী শিক্ষানা মরু ওইনা থোকখি। লাল্লুপ শং হায়বসি থোইদোক্লা শা-লানগী থবক্কা মরু ওইরম্মী। অসিদা নত্তনা জ্যোতিষ কবিরাজ, খুৎলি মাইব, অহৈবম, থাংজম, উশূব, চক্কুশাব, জগোই, নট, পুং-ঈশৈ অসিন-চিংবগী শিক্ষাস্নু নিংথিনা নৈনরম্মী। ভোবদদি শিক্ষা অমাম প্রেক্তি-কেলনা মরু ওইরম্মী। "মৈতৈ ময়েক" হায়তুনা ভোপ ভোপ্পা ময়েক জাৎ অমা লৈবাক অসিদা চৎচরম্মী।

Mr. A Porteous না মণিপুরদা পোলিটিকেল এজেন্ট ওই-রিঙৈদা খৃঃ ১৮৯৩ – ৯৪ দা ময়েক অসি দেব নাগরীদগী শেমদোক্ল-পদি হায়না মানা ফোংব এডমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্টতা ইখিরম্মী। মণিপুরীশিংনা হায়রিব ময়েক অসিদা শিক্ষা ফংনরম্মী।

নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি বৃটিশশিংনা বাঙ্গালা লোন অমত্তুং ময়েক্না লময়ান্দুনা লৈবাক মচা অসিদা পুশিল্লকখি। মনীংদা ভমদুনা পাঙ্গরকপা মণিপুরীনি। মরৈবাকী ওইনা য়েলহৌবৈদগী লৈতরকপ মৈতৈ ময়েক্কি। মখোয়না মৈতৈ ময়েক মুংখিগনা অমত্তুং মনীংতম্বা মাংখিগনা হায়বগী পাখৎখি। মরম অদুনা বাঙ্গালা ময়েক্না শন্দোক্লকপা শিক্ষাবু খংপাম পাম্মখিদে। মতম অদুদা পৃথিবীদা খুৎকন পাঙ্গনব, তৌর ভম্ব বৃটিশ জাতিনি। অসুক তৌব ভুমবন্তু মণিপুরীশিংগী মপুক্নীংবু অম হেক তৌবদি ভমখিদে। পিনচরবন্তু লৈবাক অসি নিংথৌ পাঙ্গরম্মী। নিংথৌগী বা তাম খোৎননব দরবার অমা লৈরম্মী। লৈবাকী শাসনদা নিংথৌনা মতম পুম্নমক্তা দরবার অসিগা ভাথোক ভাশিন তৌরম্মী।

Sir James Johnstone K. C. S. I না মণিপুরদা হেক য়ৌরকপদা মকমসিদা ইংলিস স্কুল অমত্তং লিংখৎকে হায়না খনবিখি। অদুবু মৈদিঙুগী হুকুম ফংদদুনা মহাক্না থবক অদু পায়খৎপা ইকম ভমদনা লৈখি। মতম অসিদা থাঙ্গাল মেজর হায়না কৌব নিংথৌগী অচানব কম্মাইব অমা লৈরম্মী। সাহেব অসিনা মেজর অসিদা মৈদিঙু সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কে সি এস আই দগী ইংলিশ স্কুল অমা লৈবাক অসিদা লিংখৎপা য়ানব স্নায়াথং ফংনবিয়ু হায়না ভকশিনখি। থাঙ্গাল মেজরনা হোৎনবিবদগী স্নায়াথং থুনা ফংখি।

হুকুম হেক ফংবগা য়ায়া থুনা খৃষ্টাব্দ ১৮৮৫—৮৬ তা মিস্তর ইংলিশ স্কুল অমা লিংখৎখি হায়বসি সাহেব মশামক্তা ইব "My Experience in Manipur and the Naga Hills" হায়ব

লাইরিক অহুগী লমাই ১৪৪ দা মরেক লানা ইরম্মী। স্কুল অসি মাগী মমিং লৌদুনা Johnstone Middle English School হায়না থোনখি।

অমুক Mr. C. W. L. Harvey M. C. I. A. Indian Political Department না মণিপুর ষ্টেট দরবারগী প্রেসিডেন্ট ওইরিঙৈদা জোনষ্টোন স্কুল লিংখৎখিবগী বাকম অমা খৃঃ ১৯৩১-৩২ গী এডমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্টতা পল্লম্মী। জোনষ্টোন সাহেবনা খৃষ্টাব্দ ১৮৭৭-৮৬ কী মনুংদা লিংখৎখিব স্কুল অদু ইংগোক ১৯২৪ কাওব বাঙ্গালা লোন অমসুং ময়েক তম্লখি। কুম অসিদগী কলিকাতা বিশ্ববিদ্যা-লয়না বাঙ্গালা লোয়া ইব মৈতৈলোল অসি মেট্রিকুলেসন পরীক্ষা কাওব রিকোগনাইজ তৌখি হায়বসি রিপোর্ট অদুদগী ফংই।

National Council of Educational Research and Training, Mininistry of Education in India (1947-61) দা জোনষ্টোন সাহেবনা খৃঃ ১৮৭৭—৮৬ তা মিডল স্কুল অমা লিংখি হায়না ইদুনা লৈব থেংনৈ।

Major General W E. Nuthall না মণিপুরগী পোলি-টিকেল এজেন্ট ওইরিঙৈদা খৃষ্টাব্দ ১৮৭২ দা বাঙ্গালা লৈবাকী সরকারনা লুপা ৪০০/৫০০ গী চে মুং, লাইরিক লাইশুমচিংব পীরক্লুনা স্কুল অমা মণিপুরদা লিংখিন্দু হায়রি। Extract from Ma-nipur under British Management (1891—1907) Chapter VII Education দা অতোপ্পা ইউ পি স্কুল অমগা জোনষ্টোন স্কুলগা খৃঃ ১৯০৫ দা তিন্নহন্দুনা জোনষ্টোন স্কুলগী হেড মাষ্টারগী মখাদা থমখি হায়না টৈরি। মতাং অসিদা পল্লিবা

ইউ পি স্কুল অসি Mr. Nuthall গী রিপোর্টতা য়াওরিবা স্কুল অহুম্না হায়রব য়াখল অমা পোকহল্লি। অসিগুম্ব থেম্ব থেম্বর মত কলনবম্ব নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি খৃষ্টাব্দ ১৮৭২—৮৬ কাওবগী মনুংদা মণিপুর অসিদা মরু হুনথ্রে হায়না লৌজরে।

Mr. Nuthall, Mr. Johnstone, Reverened William Pettigrew অমসুং মৈদিঙু সার চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ কে সি এস আই হায়রব মীকোক মরি অসিদি মণিপুরগী শিক্ষাগী ইতিহাসতা মরেক লানা লৈহৌরগদবনি। মথোয়না নোংচুপলোমগী শিক্ষা পুশিল্লকপ হোৎনবদা অরাবা কোন্দাই থাংবিখি। তারকী কাচিন অমদা নাইতোম তাহুনা লৈরম্বব মণিপুরীশিংবু খুৎশম্বিহনা পৃথিবীগী চাউথংলব জাতি কয়াগা মথক খঙনহনবিনব থৌরাং তৌবিরম্বী।

মৈদিঙু শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি সিংহ মহারাজনা লম অমসুং স্কুলশং পুথোকপিরে অমসুং প্রজা অয়াম্ববু মচা মঙ লাইরিক তমহন্নব কন্না তকশিনবিরে। জোনষ্টোন সাহেবনা ওজা থিহনা লাইরিক লাইশু, চে-মুং লৈহনা চংগদব শেলগী দায়ি লৌবিরে। অম্নুম্না লৈবাক্তী মবুংঙো অনিনা থাংজ পুজহুনা খৃঃ ১৮৮৫—৮৬ কা মনুংদা রেসিডেন্সিদা হায়বদি হৌজিক্কী চিফ কমিসনারগী ইংথোলমনুংদা জোনষ্টোন স্কুল লিংখৎখি। তৌইওনম্নুং য়েলহৌভৈদগী মনীংতম্না পাঙরক্লব মণিপুরীশিংনা মথোয়গী হায়া লৈজরক্লব মৈতৈ মরেক থাদোকতুনা বাঙালা লোন অমসুং বাঙালা ময়েক তমগদব য়াম্না নিংজিং-মাংজিংনখি। মরম অহুনা নৌনা থারকলিব পাম্বী অসি খৃঃ ১৮৯১ কাওবদি সুংগ্রেং মাংগ্রেনহুনা হিংগনি হায়রব লৌনা থাজদনা লৈখি। লাইবক থীব অমনা বৃটিশ সরকারনা নিংথৌ-

কোনগী মচিন মনাও খংনজবদা খুং থিংজিন্নবদগী য়েংথিনরকতুনা লাজাউ অমা খৃঃ ১৮৯১ দা থোক্লকখি। লাল অসিদা স্কুলশংগী কুমকম কাওব থিব কংন্না পুম্মাং মাংখি অমসুং য়েলহৌভৈদবী মনীংদা তমহনা লাকচব মণিপুরনা মাইথিব কংহনা বৃটিশ সম্রাজ্যগী করদ রাজ্য অমা ওইখি। হান্না পাল্লব নিংথৌ শাগৈ কাওবা নিংথৌ ওইহনখিদে; অমোব শ্রীনরসিংহ মহারাজগী শাগৈগী পিবা থিগংতুনা চহি ৬ তা ওাইরিবা শ্রীচূড়াচান্দ সিংহবু নিংথৌ হাপখি। মৈদিঙু শ্রীচূড়াচান্দ সিংহবু খৃঃ ১৯৯৫ দা আজমিরগী মেয়ো কলেজদা লোংচুপলোমগী শিক্ষা মশক খঙহন্নব থাদোকপিখি।

## মৈদিঙু শ্রীচূড়াচান্দ সিংহনা নহা ওইরিঙৈ।

খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ গী মণিপুরলান লোইখ্রে। বৃটিশ জাতিগী তমজনীংঙাই ওইব ভুণ অমা লৈ। মজাতিগী কনাগুম্ব অমনা অমুকং ফৈ হায়না খন্দুনা পান্নখংগ্রব থবক অহু কগংনব লান্নব জাতি অসিগী চংনবিনি। জোনষ্টোন সাহেবনা লিংখংগ্রব মিতল ইংলিশ স্কুল মুক্ষম কাওব থিব কংদনা মাংগ্রবনি। খৃঃ ১৮৯২ গী জুন তারিখ ১দা জোনষ্টোন স্কুল হাংখি। স্কুল অসি লিংখংলক-পদা জোনষ্টোন সাহেবকা মৈদিঙু শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তি সিংহগা লেপথিব রারেণকী মতুং ইন্না ষ্টেটনা স্কুলশং শাব ভাখি। তৌইগুবসুং ষ্টেটকী খরচ কাওব লৈতহনা রারিবা মতম্নি। মমম অতুনা বৃটিশ সরকারনা হান্না লেল পুথোকতুনা শাব হৌরগা মতুং চহিগী কারবগা

খাজনাগী শেন্দগী অমুক শীংজিনবা হায়না য়ানহুনা স্কুলশং শাবা হৌখি। স্কুলশং জুগোৎ চাত্রবস্থু খৃঃ ১৮৯০ গী মার্চ তাং ৩১দা স্কুল অসিদা ছাত্র ১১৩ সুখি! তৌইগুম্বসুং নোংমগী কাবগী চাংদি ৫৭ লোমদা মওইখি। চহি অহুগী অপুনব খরচতি লুপা ৯১৬ য়ৌখি। ষ্টেট সরকারদগী লুপা ৩৬০ অমসুং ইম্পিরিয়েল ফণ্ডগী লুপা ৩৬০ পুম্না লুপা ৭২০ গ্রাণ্ট ওইনা কুম অসিদা ফংখি। মরম অসিনা জোনষ্টোন স্কুলনা এডেড স্কুল অমা ওইরকপসি খৃঃ ১৮৯২ ৯৩ দগী নি হায়না লৌব য়াই। কুম অসিদা সেকমাইদা স্টেটকী এস পি স্কুল অমস্থু লিংখংখি। সরকারগী স্কুলদা বাঙ্গালা ময়েক অমসুং বাঙ্গালা লোন তম্মখি। খুল্লক ইরক্তদি ষ্টেট অসিগী মশাগী লৈঙ্গয়ক্লব মৈতৈ ময়েক অসি অতুম কম্না মতম্মরম্মী হায়না কুম অসিগী এডমিনিষ্ট্রেশন রিপোর্টতা ইরম্ব থেংনৈ।

# খৃষ্টাব্দ ১৮৯৩—৯৪।

কুম অসিদা জোনষ্টোন স্কুলশং শাব লোইরহুনা অঙম অথৌ পুম্নমক তিন্দুনা শঙ্গাখি। কুম অসিগী মার্চ তাং ৩১ দা স্কুল অসিদা অঙাং ৪ হেনগৎলকতুনা ছাত্র ১১৭ সুখি। নোংমগী কাবগী চাংস্থু চামদা ৫৭ তা ওইরম্বদগী চহি অসিদদি ৮১ গী চাংদা হাইগৎলকখি। স্কুল অসিনা ইম্পিরিয়েল ফণ্ডদগী থাগী লুপা ৩০ অমসুং ষ্টেট সরকারদগী লুপা ৩০ পুম্না থাগী লুপা ৬০ লাক্লবস্থু মসিগী থাগী খরচ লুপা ৮১ য়ৌরকখি। শেলজিং শেলরোইবগী

খন্ন কংলকপগা গ্রান্ট ইন এড লুপা ৭২০ (ষ্টেট সরকারনগী লুপা ৩৬০+ইম্পিরিয়েল ফণ্ডদগী লুপা ৩৬০) ফংবগা উচিন নাচিন্না কুম অচুগী অপুনব খরচ লুপা ৮১৩ চু কোন্নখি। কুম অসিদা এল পি স্কুলগী খ্বাইদগী ৱাংব থাক্তা প্রথম শ্রেণীদা তম্ব অঙাং ৮থক চহিগী পরীক্ষাদা পাশ তৌখি। অনৌব হেড মাষ্টার অমা হোংনবগী ৱাকম স্কুল কোমিটিগী মন্থুংদা থম্নখি। মতম অচুদা এল পি স্কুলদা ক্লাস ৫ লৈরম্মী। ৫বা, ৪বা, ৩বা, ২বা অমন্থুং ১বা শ্রেণী 'ক্লাস) হায়না মথারোমদগী হৌরগা ১বা শ্রেণীদা লোইশিল্লম্মী। শ্রেণী থুদিংমক চহি ১ | ১ গী মতম চংহল্লম্মী।

সেকমাইদা লৈবা এল পি স্কুল অচু কুম অসিদম্থু অচুম নিংথিনা চথখি। কুম অসিগী ওইনা চীংমীগী মাও থানাদা এল পি স্কুল অমা লিংখি। থুঙংগী ওইনা ২বা এল পি স্কুল অমা থোবালদা লিংখৎনব স্কুলশং শাচুনা ফাল-মুং থোরাং তৌখি। তৌই-গুম্বমুং থোবালগী প্রজাশিংনা স্কুল অচুদা মচা-মম্থু থাবীয়ু হায়ব ৱাবিখিদ্রে। অঙাংনা মরাকপাব্রবদা ষ্টেট সরকারনা স্কুল অচু অচুম চথখিদ্রে। সেকমাই, মাও থানা অমসুং থোবান্দা হান্না স্কুল লিংখৎখিবগী মরম অসি ৱাজনীতি ওইনা তৌখি। মতম অচুদা মণিপুরগী জীবিকা ওইব মপান্দা চৎনবা লম্বী অসি কাছাড় লম্বী (তোংবৈ মরিল) অসিতা মরৈরম্মী। তৌইগুম্বমুং লম্বী অসি ৱান্না খুদোং চায়মদে। মরম অসিদগী বৃটিশ সরকারনা জিরীপুর লম্বী অসি শেমব কন্না থন্নখি। শেমগদৌরিবা লম্বী অসিগী মনুংদা সেকমাই অমসুং মাও থানা অসি ৱান্না মক ওইরম্মী। মকম অনি অসিদা লৈরা প্রজাশিংম্থু লাক্ত-কানব ৱাদনা লৈরগুম তৌরম্মী।

বৃটিশ সরকারনা মখোয় অসিবু শিক্ষাতনা তেহনব য়াগনি হায়না খনখি। অসুম তৌনা মী কুংনা ভাবা খৌবাল অসিবু শিক্ষানা মপুক নেমহনগে হায়না খল্লুনা মফমশিং অসিদা স্কুল হাম্না লিংখৎখি। বৃটিশকী শাসন্দা সহর, খুদং অমসুং চীংগী লমদম হায়ংচুনা খায়দোক্লম্মী। করিগুম্বা কায়ব খবক অমত্তং পায়খৎলকপদা লমদম অহুম্মক্কী কায়ব চাকথুং মায়না পীনব হোৎনবসি জাত্তি অসিগী খৌরাংনি। মসিগী মতুং ইম্না স্কুল মশীং উৎলকপদস্থ মখাগী অসুম্না য়েল্লম্মী :—

সহরদা— জোনষ্টোন মিডল ইংলিশ স্কুল।
খুদংদা— সেকমাই এল পি স্কুল।
চীংদা— মাও থানা এল পি স্কুল।

## খৃষ্টাব্দ ১৮৯৪–৯৫।

শিক্ষাগী খবক পুজরিবশিংগী মথরায় কাবক লুংঙাইজব চহিনি। চহি অসিদা ভমগী অঙাং অয়াব লাইরিক তম্লাংবগী ঈচেল অমা চেল্লকখি। মখোয়না মখোয়গী মপা মমাদা মখোয়বু স্কুল কাহয়ব য়াম্ন কম্ন তকশিনব হৌনখি। মসি উবনা ভমদা মতম খরগী মতুংদা শোয়দনা প্রাইমারি শিক্ষা অসি অঙাং খুদিংদা পীবা য়ারক্লনি হায়না খবক ভৌবশিংনা খল্লকখি; মতম কুইনা হোৎনজরকপ খবক মহৈ য়াম্লনি হায়না হরাউজখি।

কুম অসিদা ইম্ফাল এরিয়াদা পেত্রিগ্ অমসুং তেরা এল পি স্কুল ২ লিংখৎখি। ইম্ফালগী ওইনা ভুত্তবা এল পি স্কুল

অমা থাংমৈবন্দদা লিংখৎনবা স্কুলশং শাহ্না কাল-নূং পুশিন্দুনা স্কুল হৌনবগী থৌরাং পুমলোই লোইখি। তৌইগুবন্সুং নোংগাল্লগা স্কুল হৌগনি হায়বা অহিং অতুমক্কদা কাল-ম্নুং পুম্নমক্ হুরানবিগ্রে। য়ুম্নোন-কৈরোম্নবশিংদা হূথিবা কাল মুংশিংচু লোম্না হায়গী মফমদা অমুক থমজিনবিয়ু হায়না লাউথোকহনখি। তৌই-গুবন্সুং পোৎ অমত্তা হনবিরকখিত্রে। ময়ম অসিদগী কুম আসদা স্কুল অহু তম্নখিত্রে। খুঙ্গংগী ওইনা মোইরাং মায়গৈদা লৈবা কোইচিং খুন্দা এল পি স্কুল অমা লিংখৎখি। ময়ম অসিনা খৃঃ ১৮৯৪— ৯৫দা ষ্টেট অসিদা লৈরম্বা স্কুল :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ইম্ফালদা— | জোনষ্টোন মিডল ইংলিশ স্কুল | ১। |
| ২। | ,, | পেটিগ্রু এল পি | ১। |
| ৩। | ,, | ভেরা এল পি | ১। |
| ৪। | খুঙ্গংদা— | সেকমাই এল পি | ১। |
| ৫। | ,, | কোইজি এল পি | ১। |
| ৬। | চীংদা— | মাও থানা এল পি | ১। |

কুম অসিদা মুপীমচাগী এল পি স্কুল অমতং লিংবা ওমগন্না হায়বসি য়াম্না থম্নখি। তৌইগুবন্সুং ওজা ওইবিনব মুপী কংবগী আশা অসি য়াম্না রাংনা থোকখি। ষ্টেট অসিদা য়াম্না খি-হম্নবগী ফুংদা য়ুম্নোন-কৈরোম্নব, কাছাড়, শিলেট্টনচিংবা জিলাশিংদা চিঠি-মুংখি থাহ্না মুপী ওজা খিনখি।

কুম অসিদা জোনষ্টোন মিডল ইংলিশ স্কুলগী হেড মাষ্টর থবক থাদোকখিবদগী থবক পুবিনিংগাই লৈতহ্না য়াম্না নংম্নখি। মতম অসিদা ছাত্রশিংগী মরাইবক ফবদগী Reverened William Pettigrew সাহেব মণিপুরদা খৃষ্টান মিসন অমতং লিং-

থথকে হায়রুনা থুংলখি। থৌইগুম্বনুং মতম অদুগী ষ্টেট দরবারনা য়ানা পামজাবিবা থবক অদুগী হুকুম পীখিদে। মহাক অসি শিক্ষাগী থবক্তা য়াম্না মথবাই তাজব সাহেব অমা ওইরম্মী। মহাক্না জোনষ্টোন মিডল ইংলিশ স্কুলগী হেড মাষ্টর লৈতবদুদা ছাত্রশিংনা য়ানরিবদু উবিখিরম্মী। মহাক্না শেল করিমত্তা জোদনা লেপ্পা হেড মাষ্টরগী থবক অদু পুখিখি। মহাক্না শিক্ষাদা থরায় য়াওবিবা অমসুং ছাত্রশিংবু মচামকুম মুংশিবিব অদুদা ছাত্রদা নত্তনা মপা মমা য়োনা হরাওজখি। জোনষ্টোন স্কুল অসি মহৌশাগুম ইম্পারিয়েল গ্রাণ্ট ওইনা লুপা ৩৬০ অদু কুম অসিদমক কায়দনা অদুম কংখি। ষ্টেটগী লুপা ৫৫২ অচোই-অপাদগী লুপা ৭৪ কংদুনা চহি অদুগী স্কুল খরচ লুপা ৯৮৬৲দু চপ চানা কোয়খি। ষ্টেটনা ওনখিব চহিদা জোনষ্টোন স্কুলদা তিংখিবা শেল অসি লুপা ৩৬০ দনি। কুম অসিদমা লুপা ৫৫২ খরচ তৌত্রে। মসিগী মরমদি জোন-ষ্টোন মিডল ইংলিশ স্কুল অসি মমিংতা ওইনা কোমিটী অমনা শাসন পুই হায়বদনি, মসিগী রাংলিব খরচ মখেদি ষ্টেটনা পীবনি। শম্না হায়রবদা ষ্টেটনা মেনেজিং কোমিটী ওইরগা ইম্পারিয়েল গ্রাণ্ট কংব স্কুল অমগুম্না লৈরকপনি। কুম অদুদা শিক্ষাগীদমক ষ্টেটতগী তৌখিব খরচ :—

১। জোনষ্টোন মিডল স্কুলদা লুপা ৫৫২।
২। পাঠশালা ৫ দা — ... ৫২১।
৩। স্কুলশং শাবমা— ... ৩৬৭।
৪। চে হুং অমসুং কাল-মুংবা—... ২৩৭।

মোট লুপা ১৬৭৭।

# ইংশোক ১৮৯৫-৯৬।

ইম্ফাল এরিয়াদা ওনখিবা চহিদা ফাল হুখিবা থাংমৈবন্দ এল পি স্কুল অহু নৌমা ফাল লৈহনা ইংশোক ১৮৯৫—৯৬ ওদি লিং থংখি। খুঙংদা মোইরাং এল পি স্কুল লিংখংখি। চহি অসিদা ষ্টেট অসিদা লৈখিবা স্কুল লিংখংলকপগী চহি মতুংইমা মথং-মনাও নাইনা পীজরি।

| স্কুলগী মমিং— | মথল— | | | লিংখংখিব চহি। |
|---|---|---|---|---|
| ১। জোনষ্টোন | মিডল ইংলিশ স্কুল— | | | ১৮৮৫—৮৬ |
| ২। সেকমাই | এল পি | | ,, — | ১৮৯২—৯৩ |
| ৩। মাও থানা | , | ,, | ,, | ১৮৯৩—৯৪ |
| ৪। পেটিগ্র— | ,, | ,, | ,, | ১৮৯৪—৯৫ |
| ৫। তেরা— | ,, | ,, | ,, | ১৮৯৪—৯৫ |
| ৬। কোইচিং | ,, | ,, | ,, | ১৮৯৪—৯৫ |
| ৭। থাংমৈবন্দ | ,, | ,, | ,, | ১৮৯৫—৯৬ |
| ৮। মোইরাং | ,, | ,, | ,, | ১৮৯৫—৯৬ |

কুম অসিদা সেকমাই এল পি স্কুল অসি অঙাং লৈরক্তনা মুংখংখি। মতুগী মহুত্তা ইম্ফাল এরিয়াদা এল পি স্কুল অমা লিংখংখি। কুম অসিদা পেটিগ্র, তেরা অমসুং থাংমৈবন্দ এল পি স্কুল অহুম অসি অঙাং ১৩০ | ১৩০ চয়বা চাউনা শাদোকখি। মুংঙাইব অমনা ইম্ফাল এরিয়াদা লিংখংলকপা স্কুল খুদিংমক অঙাং হেক্তা চয়কে। মসি উবদগী বাঙ্গালীশিংনা জীবিকা ওইনব হৌজ খেংখাং ২য়ক পাঠশালা লিংখংখি। মথোয়না লিংখংলকপা স্কুল অহুম অহানবদা অঙাংনা পিক হেক্তা থনখি। মতুংদা ফি লৌগনি

হায়বা হেক খওলাকপদা অতাং পুন্নমক কোজোল তাকপগুম তাক-পিদুনা স্কুলগা ওজাগদা মরেপহৌখি। মতম অসিদা স্কুল লিং-খংপদা খুদোং চাদবদি মতিক চাব ওজা কংলমদে অমসুং খর লৈরিবদুনু মপান্দগী লাকপা ওাক্তা ওইনা তৌবনা তলব চাউনা পীব তারম্মী। কুমদুদা লৈখিব এল পি স্কুল ৭ অদুদা নিপামচা ৪৮৭ তমখি।

কুম অসিদা দুপীমচাগী স্কুল অমা মোইরাংখোমদা শাখি। মদুগী কাল-দুং নিংথিনা লাংশিনখি। তৌইগুমদুং য়ুম্লোন কৈরোল্লব জিলা কয়াদা এডভারটাইজ তৌরবদু দুপী ওজাদি কংখিজে। ষ্টেট অসিদা মপান্দগী ওজা লাকদবদা পল অমিথক্লা থিংখি। খৃষ্টাব্দ ১৮৯১ গী মণিপুরদা সাহেব হাংখিবগী থৌওং অদুদা মপানগী মীনা ষ্টেট অসিদা লাকপা য়াম্না কিনখি। বাঙ্গালী কয়ানা চাকরী পাম্বদগী অকি-অথং পুন্নমক থাদোকতুনা অহানবদা হুরাও হুরাও লাক্লগা জিরিঘাটতকী লম্বীগী খুদোং চাদব উবদা কিমন্দুনা মন্নুম হুমথিবনা কোজাই অমা ওইখি। স্কুল অসিদা Reverened William Pettigrew সাহেবনসু মাগী মরুপ মপাং কয়াদা দুপী ওজা অমতং থিবিরক্লবা পাউ থাখি।

জোনষ্টোন স্কুল অসি কুম'সিদা য়াম্না চাওখংখি। খৃঃ ১৮৯৬ কী জানুয়ারি থাদদি অতাং য়াম্মনখিবনা থবক নিংথিনা চংথবা য়া-থিজে। মরম অদুনা ইম্ফাল এরিয়াদা শাখিবা এল পি স্কুলশং অদুম অদুদা এল পি স্কুলগী অতাংমথৈ নমদুনা হোংহনখি অমসুং এম ই স্কুলগী অতাং ৫৩ বুদা তরং তরং থমখি। চহিদুগী মদুংজা থা ৩ হায়রবদি খৃঃ ১৮৯৫গী জুন থা লোইব ফাওব পেটিগ্রু সাহেবনা জোনষ্টোনগী ওনরেরি হেড মাষ্টর পুবিরম্বদগী বাবু মোহেশ্বরদাস

থুগুণ্ডতুনা হেক্ত মাষ্টরগী থবক অমত্তু পীরখি। চহিত্তুদা জোনষ্টোন স্কুলগী অপুনবা খরচ :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | ইম্পিরিয়েল গ্রান্টকী লুপা | ৩৬০। |
| ২। | ষ্টেটতগী ... | ৫২৪। |
| ৩। | অতোই অপাদগী ... | ১৮১। |
| | মোট লুপা | ১০৬৫। |

ষ্টেটকী শিক্ষাদা চৎখিব শেল।

| | | |
|---|---|---|
| ১। | জোনষ্টোন স্কুলদা গ্রান্ট— লুপা | ৫২৪। |
| ২। | পাঠশালা ওজাগী তলব— ... | ৯৭৪। |
| ৩। | লাইব্রিক-লাইশু অমসুং চে সুংদা ... | ৯৪৮। |
| ৪। | স্কুলশঙ অমসুং ফাল-সুংদা— ... | ২১৩৫। |
| | মোট লুপা | ৪,৫৮১। |

---

## খৃষ্টাব্দ ১৮৯৬-৯৭।

কুম অসিদা উখ্রুলদা এল পি স্কুল ১ লিংখৎতুনা চীংগী লমদমদা এল পি স্কুল ২ ওখি। কুমত্তুদা লৈব স্কুলগী মশীং:—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ইম্ফাল | এরিয়াদা | এম ই | স্কুল — | ১ |
| ,, | ,, | এল পি | ,, | ৪ |
| থৌংং | ,, | ,, | ,, | ২ |
| চীং | ,, | ,, | ,, | ২ |
| | | | অপুনব | ৯। |

এম ই স্কুলদা অভাং ৪৮ লৈখি। নোংমগী কাবগী চাং অসি য়াম্না ফজখি; অভাং ৪০য়োমগী চাংদা কাখি। এল পি স্কুল চদা অভাং ৫৫৮ তমখি; নোংমগী চাংদা ৩৬২'৪ কাখি। কুম অসি ফাওবদা মুপীমচা অমা ফাওব স্কুলদা মিং চন্নখিদে। মুপী-ওজা চহি অসিদসু ফংখিদে। মরম অদুনা মুপীমচাগী স্কুল হাংদনা লৈখি। উখ্রুলগী তাংখুল ইপা ইপলশিং অদুনা মচা-মস্তশিংবু স্কুলদা ইহান হানবদদি মুকথা থানিংলমদে। অদুবু পেটিগ্রু সাহেবনা মাগী হৈশীংব অমসুং অনোম কনবগী গুণতনা কুম লোইরমদাইদদি অভাং ২১ চাং নাইনা স্কুল কাহনখি।

কুম অসিদা মণিপুরগী ইহান হানব নিম্ন প্রাইমারী বৃত্তি পরীক্ষা হৌখি। অভাং ১৮থক পরীক্ষা থাখি। অভাং ৮ পাশ তৌখি। মখোয়গী মনুংদা অভাং অমথক্তি ফাষ্ট ডিভিজনদা ফজনা পাশ তৌখি। ম'বু থাগী লুপা ৩\গী হিসাবতা চহি ২ বৃত্তি পীখি।

ষ্টেটকী চহিচুদা চংখিব শেল:—

১। জোনষ্টোন স্কুলদা — লুপা ৫০০
২। পাঠশালা ওজাগী তলব ... ১৭৫১
৩। লাইব্রিক-লাইগু + চেজুংদা ... ৭৫১
৪। ফাল-মুং + স্কুলশং শেম্বদা ... ৩১৭
৫। উখ্রুলদা স্কুলশং শাবদা ... ৮৯৫
৬। তমদা অনোবা স্কুলশং শাবদা ... ৪০৩

অপূনবা লুঃ ৪,৬১৭

# খৃঃ ১৮৯৭-৯৮।

খৃঃ ১৮৯৭-৯৮ দা থৌবান্দা খুদংগী ২বা স্কুল ওইনা লৈং রয়গদববু অহল লমনশিংনা মচা-মস্থ স্কুলদা থাও হায়ব য়াবিথিদবনা লৈখিত্রবনি। মনিপুরগী মকম অয়াম্বদা স্কুল লিংখৎনরক্রবদা অহল লমনশিং অহু কুম অসিদদি স্কুল পায়কখি। ময়ম অহুদগী হৈটনা মকম অসিদা এল পি স্কুল অমা লিংখৎখি। কুম অসিদা লৈব স্কুলগী ফিবম মথাদা উচ্চরি।

| এরিয়া | স্কুল মথল | মশীং | ছাত্র মশীং | নোংমগী কাবগী চাং। |
|---|---|---|---|---|
| ইম্ফাল | এম ই | ১ | ৪৩ | ২৩ |
| ,, | এল পি | ৪ | ৫৬৮ | ৩৭৫ |
| খুদং। | ,, ,, | ৩ | | |
| চাং। | ,, ,, | ২ | | |
| | মোট | ১০ | ৬১১ | ৩৯৬ |

কুম অসিদা ৪বা আসাম রাইফলসদা রেজিমেণ্ট স্কুল অমা লিংখৎলকখি। ময়ম অহুনা শুর্খা মচাশিং য়ায়া চৎখিবনা জোনক্টোন এম ই স্কুলগী ছাত্র মশীং হস্থখি। অহুগা কুম অসিদা এপ্রিল থাদগী নবেম্বর থা কাওবসি মনিপুরগী কাচিন-কোইয়া কাওবা শীনবথুনো অনা-অয়েক য়ায়া থোকখি। ময়ম অসিদগী কাবগী চাং অসি য়ায়া ফজখিদে।

মণিপুরগী শিক্ষাগী ইতিহাসতা কুম অসি য়ায়া নীংশিংনীংঙাই ওইখি। Reverened William Pettigrew না অনরেরী ইনসপেক্টর ওইবিহুনা মনিপুর স্কুল পুন্নমক য়েংবিখি। মহাককা

suggession মতুংইন্না কাছাড়দগী মণিপুরী অমা কৌথোকতুনা ইনস্পেক্‌টিং পণ্ডিত হাপখি। মহাক্না এল পি স্কুল মথৈ চংতুনা য়েংখি। হৌখিবা চহিদা নিম্ন প্রাইমারী স্কুল বৃত্তি পরীক্ষাদা পাশ তৌখিবা অঙাং ৮ গী মনুংদা অঙাং অমদি থাগী বৃত্তি লুপা ৩ চহি ২ গীদমক পীখি হায়না পঙ্খে। চহি অসিদা লেমহৌব অঙাং ৭ অক্তুস্ থাগী লুপা ২।২ পীতুনা মপুক্কিং থৌগৎপীখি। কুম অসিদা শিক্ষাগীদমক স্কৌইনা লুপা ৪,৭৬০৲ খরচ তৌখি।

খরচগী মওং :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। | জোনষ্টোন স্কুলদা গ্রাণ্ট ওইনা লুপা | ৫০০ |
| ২। | প্রাইমারী স্কুলগী ওজাগী তলবতা ·· | ১,৭৯৬ |
| ৩। | স্কুল শঙদা - | ৪৯৭ |
| ৪। | ইনস্পেক্সন্দা — | ৪০০ |
| ৫। | অচোই অপাদা — | ৪০৬ |
| ৬। | লাইরিক লাইশু ১স্তুং চে-স্নুংদা — | ১,১৬১ |
| | মোট | ৪,৭৬০ |

## খৃঃ ১৮৯৮—৯৯।

কুম অসিদা থাঙ্গা অমম্লুং নিংথৌথোংদা এল পি স্কুল ১।১ লিংথৎতুনা হৈকো স্কুল ১২ স্নুখি। মথোয়গী অকুপ্পা মওং :—

| এরিয়া— | স্কুল মখল— | মশীং — | ছাত্র— | নোংমগী কাবগী চাং |
|---|---|---|---|---|
| ১। সহর | এম ই | ১ | ৫৫ | ২৯·১৭ |
| ২। ,, | এল পি | ৪ | ৮০৯ | ৫১৮·৭৯ |
| ৩। খুঙ্গং | এল পি | ৫ | | |
| ৪। চীং | ,, ,, | ২ | | |
| মোট | | ১২ | ৮৬৪ | ৫৪৮·৯৬ |

কুম অ'সিদা থা ২ দি মণিপুরদা অনা অচৌবা থোকখিছনা ছাত্র ইকা কাখিদে। লাইবক থীব অমনা জোনষ্টোন এন্ ই স্কুলগী হেড মাষ্টার বাবু মোহেশ্বরদাস থবক থাদোক্লুন চৎখিবদগী অনৌব হেড মাষ্টার অমা হাপ্পব মী ফংদবনা স্কুল অসি হেড মাষ্টার য়াওদনা চহিতুগী অয়াম্ব শরুক চখখি।

কুম অসিদা অরা-মুওাই অনিমক্কা তিনব থৌদোক অমা লৈবাক মচা অসিদা থোকখি। অওাংগী মপা মমা কনা অমত্তনা স্কুল কাগমু হায়না থিংব লৈখিদ্রে। মরম অতুনা শিক্ষাগী থবক পুবিরিব অওম্বশিংগী মপুক্লিং ওমথৈ লৈত্তনা পেঞ্জখি। তৌইগুম্বসুং তুংগী ফিবম মুম্না উশিনবিব অমসুং অওাংবু মচা মশুমক্লি হায়না খল্লুনা মুংশিবিব খরগী মপুক্লিংদা রাদব ওমদবা মতাং অমসু লাকখি। ছাত্র ওইরিবা মচা মশুশিংনা ফত্তব থবক কয়া পায়থৎলক্লবসু মপা মমা ওইবশিংনা থিংব লাকপা করিমতা তৌখিদে; উন-উন উদবগুম লৈখি। মতম অসিদা ছাত্রশিংগী মমুংদা চুরুপ থকপা অসি য়াম্না লেম্বা মওং ওইনা থম্নখি। পৈশা ২গী চুরুপ অহুম তৌরম্মী। শেল তিংথোক্লুনা হকচাং মাংনব লাঈন লেপশিনব ফত্রবা লমচৎ অসিবু মতমহুগী অহল লমনশিংনা থিংনব হোৎনদে হায়রুনা মতম অহুগী পোলিটিকেল এজেন্ট Mr. Maxwell না এডমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্টতা মথরায় শোক্লা তেংথাখি।

পোটিগ্রু সাহেবনা ওনেরেরি ইনস্পেক্টর ওইনা স্কুল খুদিংমক ৩/৩ লক য়েংবিখি। কাছাড়ী ইনস্পেক্টিং পণ্ডিত অমুনা থা খুদিংগী স্কুল খুদিংমক অমুক অমুক্তং য়েংনব কয়া লাক্লবিখি। মুওাইব অমনা মতম অমদা য়াম্না শাথীনা মচামশু লাইরিক তমহন্নোই

হায়না থিলগা ডাংখুল ইপা-ইপলশিং অছু মচা মশূগী লাইরিক তম্বদা মথল্লায় লুপথি। উখ্রুল স্কুলদা তম্বা অঙাং ৩০ গী মনুংদা অঙাং ২৩দি ইংরেজী লোল তম্বা হৌথি। মসিগী থবক পায়বিরিব Mr. Pettigrew বু ষ্টেট সরকারনা য়াম্না থাগৎমখি। মুপী ওজা থিবছু কুম অসি য়োৌর কাওবদা কংখিদে। তৌইগুমুং কুম অসিদা মুপীমচা আনগক ইম্ফাল এরিয়াদা মমিং চল্লকখি। কুম অসিদা হায়বদি খৃঃ ১৮৯৮—৯৯ দা মণিপুরগী মুপীনা লাইরিক তম্বা ইগান হান্না হৌথি। ষ্টেটকী অগুম্বশিং অছুম্ব কুম অসিদগী মুপী ওজা থিবদা অমুক্তা হেন্না মথল্লায় য়াওবিখি।

ষ্টেটকী খরচ।

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | জোনষ্টোন্দা দান | লুপা | ৪৮০ |
| ২। | প্রাইমারি ওজাগী তলব | ,, | ২৭৪০ |
| ৩। | লাইরিক অমস্থং চে মুংদা | ,, | ৮৩৮ |
| ৪। | স্কুলশংদা | ,, | ৯৮ |
| ৫। | ইনস্পেক্সনদা | ,, | ৫৮৬ |
| ৬। | বৃত্তিদা | ,, | ২০০ |
| ৭। | কাল-মুংদা | ,, | ৪০৫ |
| ৮। | অতোই অপাদা | ,, | ১৯০ |
| | | মোট ,, | ৫,৫৬৫ |

## খৃঃ ১৮৯৯—১৯০০।

কুম অসিদা ইম্ফাল এরিয়াদা এল, পি, স্কুল ২ অমসুং খুরুং এরিয়াদা কোইচিংদা এল, পি স্কুল অমা লিংখৎখি। মুংঙাইব অমদি মতম কুইনা খোঁরাংনা ঙাইরক্লব মুপী ওজ। অমা কুর্থসদা ফংলক্লা খৃঃ ১৮৯৯ গী ডিসেম্বর থাদা মুপীমচাগী এল, পি স্কুল অমা মোইরাংখোমদা লিংখৎখি। স্কুল হৌব মুমিত্তা মুপীমচা ১২ মিং চনখি। খৃঃ ১৯০০ গী মার্চ্চ তাং ৩১ দা স্কুল অসিগী অপুনব ছাত্রী ৫৩ মুখি। ত্তৌইগুম্বসুং তমথিরব তোকণ্ডা অমনা ছাত্রী অয়াম্ব স্কুল কাহনখিব্রে। নাপ চাত্রব মাঁ থরনা স্কুল অসিগী ছাত্রীশিং অসি ইংরেজী খিত্তং ইব-পাব হেক ওম্বদা মখোয়বু বিলাত্তা পুশিনখিগদৌরিবসি হায়জিনখি। মত্তুগী ফলনা ছাত্রী অয়াম্বা স্কুল কাখিব্রে। শিক্ষাগী থবক পুবিরিব অওম্বশিংনা মতম য়াম্না চংনা অমসুং য়াম্না য়াবা তোকণ্ডা অসি মুখৎখি। ওম্বোকপনি! শিক্ষাগী ইতিহাসতা অসিগুম্ব তোকণ্ডাগী থাকন থেংপা তাখি।

মুংঙাইব অমনা কাছাড়ী মণিপুরী ইনস্পেকটিং পণ্ডিত অমতা ঙাইরম্বদগী মৈতৈ মচা অমা হাপচিল্লক্লুনা ওফিসার ২ সিনা তমগী এল, পি, স্কুল পুম্নমক নিংথিনা য়েংব হৌখি। পেটিগ্রু সাহেবসু মহৌশাগুম ওনেরেরি ইনস্পেক্টর ওইবিদুনা স্কুল পুম্নমক অমুক অমুক্তং থুংনব চৎপিখি।

খৃঃ ১৯০০ গী মার্চ্চ তাং ৩২ দা লৈব স্কুলগী ষ্টেটিষ্টিক্স মথাদা পায়না পীজরি।

| এরিয়া | স্কুল মথল—মশীং | | ছাত্র | | নোংমগী কাবগী চাং |
|---|---|---|---|---|---|
| ১। ইম্ফাল | এম, ই— ১ | — | ৫০ | — | ৩৯'২৮ |
| ২। ,, | এল, পি— ৬ | } | | | |
| ৩। খুরাং | ,, ৬ | } — | ৯৪৪ | — | ৬২৩'১২ |
| ৪। চীং | ,, ২ | } | | | |
| | অপুনব ১৫ | — | ৯৯৪ | — | ৬৬২'৪০ |

স্টেটকী খরচ

| | | |
|---|---|---|
| ১। জোনষ্টোন | রুপা | ৪৮০, |
| ২। এল, পি, ওজাগী তলব | ,, | ৪৭৫০, |
| ৩। লাইরিক লাইশু অমসুং চে সুংদা | ,, | ৭১৫, |
| ৪। কাল সুংদা | ,, | ৫৫৫, |
| ৫। স্কুলশং | ,, | ৪৯৯, |
| ৬। ইনস্পেক্সন | ,, | ৪৩২, |
| ৭। বৃত্তি | ,, | ৩২০, |
| ৮। অতোই অপা | ,, | ৫৩৫, |
| অপুনব | ,, | ৮,২৮৬, |

কুম অসিদা রুপীমচাগী মোইরাংখোম এল, পি, স্কুল অসি তাং ৩১। ৩। ১৯০০ দা লৈরবমু মসিগী ষ্টেটিষ্টিক্স কুমসিদা হাপখিদ্রে। মতুংগী চাহিদা হাপচয়ে।

# খৃঃ ১৯০০—০১।

কুমসিদা খুনংগী এল, পি, স্কুল ১ গা লিংখত্তুনা খুনংগী স্কুল ৭ সুখি। মখাগী স্কুলগী ষ্টেটিষ্টিক্স অসি য়েংবিসি —

| এরিয়া | স্কুল মখল | স্কুল মশীং | ছাত্র-ছাত্রী | নোংমগী কাব |
|---|---|---|---|---|
| সহর | এম, ই, | ১ | ৫০—০ | ৩৮.৮৮ |
| „ | মুপীমচাগী এলপি | ১ | X—২২ | ১৬.৪২ |
| „ | নিপামচাগী „ | ৬ | ১,১৫৪—০ | ৭৭৫.১৮ |
| খুনং | „ „ | ৭ | | |
| চীং | „ „ | ২ | | |
| | অপুনবা | ১৭ | ১২০৪—২২ | ৮৩০.৪৮ |

কুম অসিদা জোনষ্টোন মিডল ইংলিশ স্কুলগা অমসুং মুপীমচাগী এল, পি স্কুল ওজাগী লৈমব য়ুম শাখি। পেম্ব্রিপ্প সাহেব কুম অসিদসু মাগী জেনেরেল ইনস্পেক্টর ওইবিবত্তু অত্তুম মওইবিরি। চহি অসিদা আসামগী ডি পি আই, ডাক্তর বুথ সাহেবনা মণিপুরগী অমদা লৈরিব স্কুল মখে মিৎয়েং তাবিখি অমসুং অরান-অচুই কয়া চুমথোক খোত্তোকপীরম্মী। চহি অদুদা ষ্টেটনা চংখিব খরচ :—

১। জোনষ্টোন এম ই — লুপা ৪৮০,
২। ওজাগী তনব — „ ৬,৩১৮,
৩। লাইরিক-লাইগু অমসুং চে চুংদা — „ ৫৮০,
৪। শং শাবদা — „ ৫,৯২৪,
৫। ইনস্পেক্সনদা — „ ৬৮১,

৬। বৃত্তিদা „ ৬২৩৲

৭। অচোই অপাদা „ ৪১৯৲

---

## খৃঃ ১৯০১—০২।

কুম অসিদা তমদা এল পি স্কুল ১ হেন্না লিংখত্তনা নিপামচাগী এল পি স্কুল ১৬ মুখি। চহি অহুদা ওইখিব স্কুলগী মওং :—

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| স্কুল মখল | — ১ | — ৭৩ | — X | — ৫৮·৯০ |
| নিপামচাগী এলপি | — ১৬ | — ১৩২৮ | — X | — ৯৭৮·৩০ |
| নুপীমচাগী „ | — ১ | — X | — ২৪ | — ১৮·২৯ |
| অপুনব | ১৮ | —১৪০১ | — ২৪ | —১০৫৫·৩৯ |

Mr. A. E. Woods, Major I. S. C. না মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরিঙৈদা মোইরাংখোম বালিকা এল পি স্কুলগী ছাত্রীশিংনা কাবগী চাং অসি ফজদে হায়রদুনা মহাক মথরায় হুংঙাইখিদে। মানা মৈতৈ ইপা ইপলশিংনা মচা-নিংঙোল লাইরিক তমহল্লীংদে হায়না মপুক্তা বারোবগী নাওং ওইনা এডমিনিষ্ট্রেসন রিপোর্টতা ইবিরম্মী।

ষ্টেটকী শিক্ষাদা কুম অহুদা তৌখিব খরচ

১। জোমষ্টোনদা লুপা ১,৮২০৲

২। জাগী তলবতা „ ৭,৮৯৩৲

৩। লাইরিক অমসুং চেয়ুদো „ ১,২২৩৲

| | | |
|---|---|---|
| ৪। ফাল-মুংদা | লুপা | ৫৯৩. |
| ৫। শং শাবদা | ,, | ৬৬৮. |
| ৬। ইনস্পেক্সন্দা | ,, | ৫,২. |
| ৭। বৃত্তিদা | ,, | ৬০৫. |
| ৮। অচোই অপাদা | ,, | ২০৩. |
| | মোট ,, | ৫,৫৫৭. |

কুম অসিদসু পেটিগ্রু সাহেবকী পুকচেল চাউবহু অহুম চথবিরম্মী। মহাক্না স্কুল খুদিংমক থুংনা চত্তুনা মমল য়াম্লব পাউত্তাক কয়া পীবিখি।

---

## খৃঃ ১৯০২—০৩।

চহি অসিদা অনৌব স্কুল অমত্তা হাপচিনখিদে। কুম অসিদা য়াম্না ৬কপা থৌদোক অমা থোকখি। প্রাইমারি শিক্ষা অসি মমারোন্দা পীনবগী দমক মৈতৈলোনগী লাইরিক শিনখি। তৌই-শুম্মসুং অভাংগী মপা মমাশিংনা বাঙ্গালা লোন তমহনগদি হায়রুনা মথোয়গী মচামথৈ স্কুল কাহনখিরে; মতম শাংনা স্কুল পুম্নমক থোক্ত লোন্দুনা লৈখি। শিক্কগী থবক পুথিরিবশিংনা উপায় লৈত্রহুনা বাঙ্গালা লোন অমুক হন্না তমহনখি।

## খৃঃ ১৯০৩—০৭।

খৃঃ ১৯০৩—০৪ অসিদা এল্ পি স্কুল ১২ অমগা অমুক লৌশিনখি। চহি অসিদা হান্না খৃঃ ১৮৯৭—৯৮ দগী হৌনা জেনেরেল ইনস্পেক্টর ওইবিরকপা পেটিগ্রু সাহেব ১৯০৩—০৪ দা কম থাদোকপীখি। চহি ৭ অরামন লৌদনা মণিপুরগী সেবা তৌবিরম্বা পেটিগ্রু সাহেবপু তৌবিমল থওলোইদব কনাগুম্বা মণিপুরী লৈরমগনি হায়ব থাজকম খোক্ত্রবনি। মাগী অঙাংবু মুংশিবিবগী রাঙ্গাং, লৈবাক অসিগী মচামকুম খোদোক খুদিংদা নোমিন্নব, অন্না অনং থাংমিন্নব মুমিৎ থানা লৈরিমখৈ কাউররোইদবনি। জোনষ্টোন স্কুলগী হেড মাষ্টর হেক লৈরক্কবদা ফন চোংশিন্দুনা অরামল লৌবিদনা থবক পুবিখিবা তমগী মী পুন্না ক্না মতম পন্নমক্তা মাগী শকফম্বু নীংশিংনরি। তমদদা নত্তনা মানা উখুল লমদমদা য়ুমথোং খুদিং চংহনা স্কুলদা অঙাং লাইরিক তমহন্নব হোৎনখিব, অঙাংবু ময়ুম তান্না মখুৎ শমহনা পুররুগা মচাগী মহৈ তম্বদা পুক্নিং চংবিব্রব মপা মমাগী মফমদা হায়জ খোৎচখিব তাংখুল কনানা মাবু ঙসি ফাওবা নীংশিংদব য়াওবগে? মহাক লৈখিব্রবস্ত মনিপুরী পুন্নমক্তা লোয়ননা মতম পুন্নমক্তা হৌজিক ফাওবা মাগী থবক্তগা য়াওরজরি।

পেটিগ্রু সাহেবনা থবক থাদোকপীপ্রবদা শ্রীহট্ট জেলাদগী মণিপুরী শ্রীতোম্বু সিংহনা স্কুল য়েংবগী থবক পুবিখি। মহাক অসিনা মণিপুরগী ইহান হানবা ডিপুটি ইনস্পেক্টরনি। মহাক অসি কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী বি এ অমা ওইরম্মী। অঙাংশিংবু য়াম্না নুংসা তৌবিরম্মী। মহাকপু খাইনা তোম্বুবাবু হায়না কৌনখি।

চহি খুদিংগী এল পি স্কুল অসি থর থর লিংখৎলক্লুনা মশীং হেনগৎলকপসিনা খৃঃ ১৯০৬—০৭ গী তমদা এল পি স্কুল ৫২ অমসুং চৌংদা এল পি স্কুল ৮ লৈখি। কুম অসিদা হায়বদি খৃঃ ১৯০৬—১০ তা জোনষ্টোন এম ঈ স্কুল অসি ছাত্র য়ামশিন্নক্লুনা অনৌব কা ৪ থক শমদোকখি। স্কুল অসিদা ওজা অনৌব অমগা হাপচিন্নুনা ওজা ৭ শুখি। স্কুল অসি এম ই গী থাক্তা লৈরবসু কুম অসিদা হাই স্কুলগী ক্লাশ অমা হাংখি। কুম অসিদা স্কুল অসিগী লাকপা আয় :—

| | | |
|---|---|---|
| ১। সেন্ত্রেল গোবর্ণমেন্টতগী থা খুদিংগী গ্রান্ট | লুপা ৩০, লুঃ | ৩৬০, |
| ২। টিউসন ফিদগী | „ | ২৫০, |
| ৩। জোনষ্টোন সাহেবনা থনগ্ন শেলগী চহিগী শোন্দেই | „ | ৪২, |
| ৪। ষ্টেটনা অরাংপা শেল | „ | ৪১৫৪, |
| মোট — | „ | ৪৮০৬, |

ওজা ৭ অতুগী তলব অমসুং গুনাগুণ মথাদা উৎচরি :—

| ফম — | তলবকী চাং — | কালিফিকেশন |
|---|---|---|
| হেড মাষ্টার— | লুপা ১৫০, | এফ এ |
| ২ বা „ | „ ৮০, | বি এ |
| ৩ বা „ | „ ৬০, | এফ এ |
| ৪ বা „ | „ ২৭, | এণ্ট্রেন্স |
| ৫ বা „ | „ ২৩, | মিডল ভার্ণেকুলার |
| ৬ বা „ | „ ২০, | ইউ পি ( ঢাকা ) |
| ৭ বা „ | „ ২০, | হাই স্কুলগী ১ বা ক্লাশ ( ক্লাশ viii ) |

## স্কুল মমস্থং ছাত্র।

## ( খৃঃ ১৮৭২—১৯০৭ )

| চহি | স্কুল মশিং | | | ছাত্র | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | এম, ই | — | এল, পি | এম, ই | — | এল, পি |
| ১৮৭২-৯২ | ১ | — | × | × | — | × |
| „ ৯২-৯৩ | ১ | — | ১ | ১১৩ | — | কংগ্রে |
| „ ৯৩-৯৪ | ১ | — | ২ | ১১৭ | — | „ |
| „ ৯৪-৯৫ | ১ | — | ৫ | ১৩০ | — | „ |
| „ ৯৫-৯৬ | ১ | — | ৭ | ৫৩ | — | ৪৮৭ |
| „ ৯৬-৯৭ | ১ | — | ৮ | ৫০ | — | ৫৫৪ |
| „ ৯৭-৯৮ | ১ | — | ৯ | ৪৩ | — | ৫৬৮ |
| „ ৯৮-৯৯ | ১ | — | ১১ | ৫৫ | — | ৮০৭ |
| „ ৯৯-১৯০০ | ১ | — | ১৪ | ৫০ | — | ৯৪৪ |
| ১৯০০-০১ | ১ | — | ১৫ | ৫০ | — | ১১৭৬ |
| „ ০১-০২ | ১ | — | ১৭ | ৭৩ | — | ১৩৫২ |
| „ ০২-০৩ | ১ | — | ১৭ | ১০২ | — | ১০৭৯ |
| „ ০৩-০৪ | ১ | — | ২৯ | কংগ্রে | — | কংগ্রে |
| „ ০৬-০৭ | ১ | — | ৬০ | „ | — | ২৫৯৫ |

ট্রেনিং শিক্কাগী থবক্তা তৌবিথিব খরচ উচ্চরি :—

| চহি | | মোট লুপা |
|---|---|---|
| ১৮৯২-৯৩ | — | ৫৬০ |
| „ ৯৩-৯৪ | — | ৮১৩ |

| | | |
|---|---|---|
| ,, ৯৪-৯৫ | — | ১,৬৭৭ |
| ,, ৯৫-৯৬ | — | ৪,৫৮১ |
| ,, ৯৬ ৯৭ | — | ৪,৬১৯ |
| ,, ৯৭-৯৮ | — | ৪,৭৬০ |
| ,, ৯৮ ৯৯ | — | ৫,৫৮৫ |
| ,, ৯৯ ১৯০০ | — | ৮,২৮৬ |
| ১৯০০-০১ | — | ১৫,৪৩৭ |
| ,, ০১-০২ | — | ১৫,৫৫৭ |
| ,, ০২-০৩ | — | ১৫,৮৫৮ |

## ৩। মৈদিঙু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহগী স্নাহাক্তকী ১ বা শরুক (১৯০৭—১৯৩১) হাই স্কুল।

মথক্তা খৃঃ ১৮০৬-৭ তা জোনোষ্টোন এম, ই স্কুলদা ক্লাশ সেভেন হাপচিনখিবগী রাস্থ পঙখরে। শিক্ষাগী থবক পায়রিরিং বশিংনা থরায় য়াওবিবগী রাকম কয়াস্থ মথক্তা হারজখরে। মৈদিঙু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহস্থ লাইরিক ভস্বা লোইরহ্না হন্নবিরকথি। খৃঃ ১৯০৭ কী মেগী তাং ১৫ দা শাসনগী থবক পায়খৎপিরে। মৈদিঙুনা নোংচুপলোমগী চাওখৎলব লৈবাক কয়াগী শিক্ষা মপিমরাক মখোয়না চৎলিবা সখাক্সী হৌনবা অসিনচিংব য়ুম্না ছাব ভানা থংবিয়কপনা মৈত্রবাকী মরাইবক কব ওইখি।

মৈদিঙনা ইহান হানবদা মণিপুরগী অমতা চায়ন্নরবা জোনষ্টোন স্কুলদা পুক্নিং হকচাং পুম্নৈ লৈশিনবিরকতুনা শিক্ষাগী থবক অসি অমুক্তা হেন্না চাউথংনিঙাই ওইখি। জোনোষ্টোন স্কুল অসিগী কোমিটি মেম্বরনা পোলিটিকেল এজেন্টনা সেক্রেটরিনি, দরবার মেম্বর অনিহু মেম্বর ওইরি। মরম অদুনা স্কুল অসিগী শাসন্দা নাপ লাকপগী— রাকম লৈরমদে। শ্রীযুৎ মৈদিঙূনা পুক্নিং অমুক্তা হন্না অসোয়বদা লৈশিনবিরকপসিনা মথোঙ শোন্বগুম থোকতুনা স্কুল অসিগী চাউথংপা মথং মথং হেনগৎলকখি।

খৃঃ ১৯০৯—১০ দদি মেট্রিকুলেসন পিবা য়াব অঙাং অমা জোনোষ্টোন স্কুলদা তম্বিব লোইখি। ছাত্র অসিগী থরচ পুম্নমক ষ্টেটনা পীবিরগা শ্রীহট্টতা থাদুনা মেট্রিকুলেশন পরীক্ষা থাহনখি। ছাত্র অসি য়াম্না নিংথিনা পাশ তৌরকতুনা ইম্পরিয়েল গোর্বনমেণ্টকী স্পেসিয়েল স্কোল স্কোলারসিপ ওইনা থাগী লুপা ১০৷১০ ফংলখি।

অদুগ্না এম ই স্কুল অসিদা মেট্রিকুলেসন ক্লাশ তম্বি তম্বিদুনা পরীক্ষা য়াওরকপসি খৃঃ ১৯১৫—১৪ কাওবনি। অকোনবগী শোক অসিদা অসামগী চিক কমিশনর Sir Arobdale Earle K. C. I. E. মনিপুরদা লাকখি। মহাকী পাউতাক মতুং ইন্না মতুংগী চহিদগী হৌনা স্কুল অসিদা ক্লাশ IX কাওবদা থম্নগা ক্লাশ X দি মপান্দা থাদোকতুনা তমহনখি। মসিগী মমাংদা খৃঃ ১৯১০—১১ দা মনিপুর ষ্টেট দরবারনদা পুথোকতুনা স্কুল অসি হাই স্কুল ওনথোক্নবা য়াম্না থম্নরবনি। ক্লাস টেন তমগদবা

ছাত্র মশীংনা য়ামদবনে অমসুং মপান্দা থাদোকপগী খরচনা অচুক য়ামদবনে ছাত্র মশীং য়াম্বা ভাইহুনা লৈরকপনি।

খৃঃ ১৯২০—২১ ক্লাশ টেন তংগদবা ছাত্র মশীং য়ামশিন্নরবদা দরবারদা স্কুল অসি হাই স্কুল ওন্থোক্লবা খল্লখি। কলিকাতা ইউনিভরসিটিগী গ্রেজুয়েট ওজা ২গ মিষ্টর ফিলপোটসকা টিচিং ষ্টাফতা লৌশিনখি। ফিলপোটস সাহেব ক্লাসকী লানফমদা শোকতুনা একটিভ সার্ভিস পায়বা য়াদনা লৈরম্মী। মহাক অসি হায়া ইংলণ্ডদা ওজা ওইরম্বনা মাবু ষ্টেটকী থবক তৌবশিংবা পামহুনা কৌথোকখি। মাবু খৃঃ ১৯২০ গী ওক্টোবর থাদা থাগী ৫০০৲ পীহুনা হেড মাষ্টর হাপখি। কলিকাতা ইউনিভরসিটিদগী স্কুল অসি রিকোগ্নাইজ তৌনবা য়াম্না কম্না হনখি খৃঃ ১৯২১—২২ দদি স্কুল অসি ফোর্মেল রিকোগ্নিসন ফংখি। মণিপুর অসিদা জোনোষ্টোন হাই স্কুলনা নাইতোম থোকপা থাজগুম লৈরকপসি খৃঃ ১৯৩০-৩১ফাওবনি। হায়রিবা কুম অসিদা প্রাইভেট হাইস্কুল অমা লিংখৎলকতুনা ষ্টেট অসিদা হাইস্কুল ২ গুখি। জোনোষ্টোন হাই স্কুলনা রিকোগ্নিসন ফংদ্রিঙৈদা অঙাং কয়া য়াম্না মেট্রিকুলেসন পরীক্ষাদা থাগৎখি। মতুদা ছাত্র কয়া য়াম্না লৈরম্মী, করম করম্বা জাতিনা তম্লম্মী অসিনচিংবা মখাদা উৎচরি।

| চহি | ছাত্র মশীং | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | মৈতৈ— | মৈতৈ— পাঙল— | চীংমী— | লোই— | অতৈ— | মোট |
| (১) | (২) | (৩) | (৪) | (৫) | (৬) | (৭) |
| ১৯০৯-১০ | ২৪৫ | ১১ | ২ | ১ | × | =২৫৯ |
| ,, ১০-১১ | ২১৫ | ৫ | ১ | × | ৬ | =২২৭ |

কুম অসিদা হায়রবদি ১৯১০—১১ দা নিম্ন প্রাইমারি বৃত্তি পরীক্ষাদা ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাশ তৌরকপা অঙাং ঙাক্তা থন্দুনা স্কুল অসিদা লৌখি' অতৈ ডিভিজন্দা পাশ তৌরকপা অঙাংশিংগী ভম্নব মোইরাংখোম ইউ পি স্কুল অসি .জানোষ্টোন স্কুলগী মশা অমা ওইনা থায়দোকখি। অদুবু থায়দোক্লকপা চহি অদুমক্তদা ষ্টেটকী ইউ পি স্কুল অমা ওইনা সরকারনা লৌশিনখি। মরম অদুনা কুম অদুদা হায়া লৈরম্ব ছাত্র ২৫৯ দগী ছাত্র ২২৭ তা হস্থখি।

ছাত্র মশী

| চহি | মৈতৈ | মৈতৈপাঙল | চীংমী | লোই | অতৈ | মোট |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১১-১২ | ২১৭ | ৪ | X | X | ৬ | ২২৭ |
| ,, ১২-১৩ | ২০৬ | ৫ | ২ | X | ৫ | ২১৬ |
| ,, ১৩-১৪ | ২৩৮ | ২ | X | X | ৪ | ২৪৪ |

জোনষ্টোন স্কুলগী ছাত্রনা প্রাইভেট ওইনা মেট্রিকুলেশন পরীক্ষা থারুবদা পাশ ওইব মশীং।

| চহি | পরীক্ষা থাকম | থারুব ছাত্রমশীং | পাশ তৌরকপমশীং |
|---|---|---|---|
| ১৯০৯ ১০ | শিলেট | ১ | ১ |
| ,, ১০-১১ | ,, | ২ | ২ |
| ,, ১১-১২ | শিলচর | ২ | ১ |
| ,, ১২-১৩ | শিলেট | ৩ | ১ |
| ,, ১৩-১৪ | ,, | ৩ | ১ |

খৃঃ ১৯১৩-১৪ দা শিলেট্টা পরীক্ষা থাব চৎপ ছাত্র অমা পরীক্ষা মহুংদা শীখি। কুম অসিদা আসামগী 'চিফ কমিসনার

Sir Archdale Earle, K. C. I. E. মণিপুরদা লাকপিখি অমসুং জোনষ্টোন স্কুল য়েংবি থ। মহাক্কী পাউতাক মতুং ইমা স্কুল অসিদা ক্লাশ IX কাওবদা মথক্লগা ক্লাশ X দি মপাল্লা চৎহল্লগা ভমহনখি।

| চহি | মৈতৈ | মৈতৈ পাঙল | চীংমী | অতৈ | অপুনব |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১৪-১৫ | ২৫২ | ৩ | X | ৫ | ২৬০ |
| ১৯১৫-১৬ | ২৩৭ | ৪ | X | ১ | ২৪২ |
| ১৯১৬-১৭ | ১০৫ | ৩ | X | ৬ | ১১৪ |

কুম অসিদা জোনষ্টোন স্কুলগী ক্লাশ III অমসুং IV ক্লাশ অনি লৌথোকখি অমসুং মহুদা ভম্নব ছাত্র মথৈগী ভম্নব থাংমৈবন্দ অমসুং চিংঙাদা ইউ পি স্কুল ২ ষ্টৈটনা লিংখৎখি। মরম অচুনা জোনষ্টোন স্কুলদা ছাত্র মশীং থংহন হল্লাখ। অচুবু চহি থরগী মনুংদা থর থর হেনগৎখি।

| চহি | মৈতৈ | মৈতৈ পাঙল | চীংমী | অতৈ | অপুনব |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১৭ ১৮ | ১০৪ | ৩ | X | ৫ | ১১২ |
| „ ১৮ ১৯ | ১৩২ | ২ | ৩ | ৪ | ১৪১ |
| „ ১৯-২০ | ১৪৩ | ৩ | X | ১ | ১৪৭ |
| „ ২০-২১ | ১৫৬ | ৪ | X | ২ | ১৬২ |
| „ ২১-২৩ | ১৫২ | X | ২ | ২ | ১৫৬ |

খৃঃ ১৯২০-২১ দা ওজা মতিক চানা হাপ্তুনা ক্লাশ টেন হাপচিনব থৌরাং লোইখি। মতুংগী চহিদা খৃঃ ১৯২১—২২ দগী কলিকাতা ইউনিভরসিটিনা স্কুল অসিগী ফোর্মেল রিকোগ্নিসন পীখি। স্কুল অসিনা ক্লাশ X হাংজিনবা ক্লাশ IX পাশ তৌরব ছাত্রশিংগী-

দমক করিমতা তৌবিথিত্রবরা হায়ব রাকম অমা লাকই। মথোর অহুবু ষ্টেট স্কোলারসিপ পীথোকতুনা শিলোং, ঢাকানচিংব মফমদা থাদোক্তুনা তোঙান তোঙানব শিক্ষা পীখি। মথাদা খুদমগী মশক ওইনা উচ্চরি :-

| চহি | থাকম | তমখিব হিরম | ছাত্র মশীং |
|---|---|---|---|
| ১৯১৫-১৬ | শিলোং | মেট্রিক | ২ |
| | ঢাকা | ইঞ্জিনিয়ারিং | ১ |
| | গৌহাটি | জরীপ | ৩ |
| ,, ১৬-১৭ | শিলোং | মেট্রিক | ৬ |
| | ঢাকা | ইঞ্জিনিয়ারিং | ১ |
| ,, ১৭-১৮ | শিলোং | মেট্রিক | ১০ |
| | শিলেট | ,, | ১ মৈতৈ পাঙল |
| ,, ১৮-১৯ | শিলোং | মেট্রিক | ৩ |
| | শিলেট | মেট্রিক | ১ মৈতৈ পাঙল |
| ,, ১৯ ২০ | শিলোং | মেট্রিক | ৭ |
| | শিলেট | ,, | ২ |

খৃঃ ১৯১৪-১৫ দা রাজকুমার শ্রীভাস্কর সিংহ অমসুং শ্রী অঙোম সেবেন্দ্র সিংহ শিলোংদা লাইব্রিক তম্নব ষ্টেটকী থরচনা থাখি। খৃঃ ১৯২১-২২ দগীদি মেট্রিক তম্নব ছাত্র মপান্দা থাদোকখিদ্রে; জোনষ্টোন স্কুলদা তমহন্নব থৌরাং তোঞ্রে। খৃ ১৯২২ ২৩ দগী হৌনা, খৃঃ ১৯৩০-৩১ কাওবগী শরূপা হাই স্কুল অ্সগী ষ্টেটিষ্টিক্স উচ্চরি।

ছাত্র মশীং

| চহি | —মৈতৈ | —মৈতৈ পাঙল | —চীংমী | —বৃটিশ প্রজা | —অপুনব |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯২২-২৩ | ২২৯ | ২ | ৪ | ১১ | ২৪৬ |
| ,, ২২-২৪ | ২৩৯ | ২ | ৬ | ২০ | ২৬৭ |
| ,, ২৪-২৫ | ২৩৪ | ১ | ৬ | ১৯ | ২৬০ |
| ,, ২৫-২৬ | ২৩২ | ৬ | ৮ | ২০ | ২৬৬ |
| ,, ২৬-২৭ | ২৩৮ | ৩ | ৭ | ২০ | ২৬৮ |
| ,, ২৭-২৮ | ২৫৭ | ৭ | ৬ | ১৮ | ২৮৮ |
| ,, ২৮-২৯ | ২৬৫ | ৬ | ৬ | ১২ | ২৮৯ |
| ,, ২৯-৩০ | ২৬৬ | ৬ | ২৪ | ১১ | ৩০৭ |
| ,, ৩০-৩১ | ২৬০ | ১০ | ১২ | ১৬ | ২৯৮ |

বৃটিশ প্রজা হায়বসি মতম অছুদা লৈরম্ব মণিপুরী নত্তবশিংবু খঙনরম্মী। মতম অছুদা লাইরিক তম্মরম্ব বৃটিশ প্রজা হায়বসিগী মন্নুংদা গুর্খা, বেঙ্গলী, পঞ্জাবী অসিনচিংবসিনা মরু ওইরম্মী।

গুজা।

খৃষ্টাব্দ ১৯২২-২৩ দা মিষ্টর ফিলপোটস হেড মাষ্টারগী থবক থাদোকপীখি। মতম কুইনা সেকেণ্ড মাষ্টারগী থবক পুবিরক্লব শ্রীযামিণী সুন্দরগুহবু প্রোমোসন পীদুনা হেড মাষ্টার ওইহনখি। হায়রিব গুহ অসি মী চাউদে, পীকই। অঙ্কবু তমখিরব, রাং চাউরব, লাক কানব য়াত্রব করাগী থম্মোই জয় কজমা তৌরম্মী। য়হাক মকোই থাক্লম্মী। কনাগুম্ব অঙাং অমনা কত্তব থবক অমা

তৌরক্লব মতমদা মহাক্না অঙাং অহুবু মনাক্তা পুশিন্নগা অঙাংহুবু হুংশিবিব মওংদা মকোই অহু মখুৎনা নান্ন-নান্নহুনা মমল য়াম্নব পাউভাক পীবি। মাগী য়াঙাং-শাঙাং ফজব অমস্তুং মপা ১ ওইবনী পুকচেল অহুদা অঙাং অহু হেক্তা লাক্নে হায়রৈ। অসিগুম্ব গুণ অসিভনা মানা মতম অহুগী ছাত্র পূম্নমকী থম্মোয় জয় তৌখি হায়বদা হায়মল্লি হায়না হায়বিরোইদ্রা থক্নে।

খৃঃ ১৯২৮—২৯ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না মেট্রিকু‍লেশন পরীক্ষাদা ভূগোলবু বিষয় অমা ওইনা য়াওহনব তারে হায়যিরকখি। মতম অসিদা শ্রীঅরাম্বম ইবুঙোহল সিংহ বি, এ. হেডমাষ্টারদা ওজা ওইরম্মী। মাবু জিওগ্রাফি ভম্বিনবগী ট্রেনিং থাখি। ওজা অসিনা ইংলিশ, অঙ্ক অমস্তুং জিওগ্রাফি লৌহুনা বি টি সেকেণ্ড ডিভিজনদা পাশ তৌরকখি। মণিপুরদা ওজা অসিনা ইহান হানব বি টি পাশ তৌবনি। মখাদা হেড মাষ্টার য়াওদনা ওজাশিংগী গুনাগুণ পীজরি :—

| চহি | এম এ, | বি এ, | আই এ | মেট্রিক | ননমেট্রিক | অপুনব |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯২২-২৩ | ১ | ১ | ২ | ৬ | ৩ | ১৩ |
| ,, ২৩-২৪ | ১ | ২ | ২ | ৬ | ২ | ১৩ |
| ,, ২৪-২৫ | ১ | ৩ | ২ | ৫ | ২ | ১৩ |
| ,, ২৫-২৬ | ১ | ৩ | ২ | ৬ | ২ | ১৪ |
| ,, ২৬-২৭ | ১ | ৩ | ২ | ৬ | ২ | ১৪ |
| ,, ২৭-২৮ | ১ | ৩ | ২ | ৬ | ২ | ১৪ |
| ,, ২৮-২৯ | ১ | ৩ | ৩ | ৫ | ২ | ১৪ |
| ,, ২৯-৩০ | ১ | ৩ | ৩ | ৬ | ২ | ১৫ |
| ,, ৩০-৩১ | × | ৪ | ৩ | ৫ | ২ | ১৪ |

খৃঃ ১৯৩০-৩১ দগী হৌনা আসামগী এত্তেড হাই স্কুলদা প্রোভিডেন্ট ফণ্ডগী কামব শরুক অমু জোনষ্টোন হাই স্কুলগী ওজা-শিংদসু পীখি। অঙাংশিংদা বৃত্তি পীবগী নিয়মসু খৃঃ ১৯২০-২১ দগী থম হোংদোকখি। চহি খুদিংগী পরীক্ষাগী ফল য়েংলগা ক্লাশ ক্লাশকী অফব অঙাংনা ফংব য়ানব থৌরাং তৌখি। অসুম তৌব অসিদা অফব ছাত্রশিংনা মথোয়গী বৃত্তি মাংদনব কয়া হোৎনখে অমসুং অনোম কনব ছাত্র কয়াগী হোৎননীংবগী লম্বীসু হাংবিখি।

মেত্রিক পরীক্ষাগী ফল।

| চহি | পরীক্ষা থাব মশীং | পাশ তৌব মশীং | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| | | কার্স — | সেকেণ্ড — | থার্ড — | অপুনব |
| ১৯২২-২৩ | ৯ | ৪ | ২ | × | = ৬ |
| „ ২৩-২৪ | ১৩ | ১০ | ১ | ১ | = ১২ |
| „ ২৫-২৬ | ১৭ | ১১ | ৫ | × | = ১৬ |
| „ ২৬-২৭ | ১৬ | ফল পীরমদ্রে। | | | |
| „ ২৭-২৭ | ১৯ | ১২ | ২ | × | = ১৪ |
| „ ২৮-২৯ | ২৭ | ১৭ | ৬ | × | = ২৩ |
| „ ২৯-৩০ | ২৭ | ১৬ | ৭ | × | = ২০ |
| „ ৩০-৩১ | ২৯ | ১০ | ১১ | ১ | = ২২ |

মেত্রিক পাশ তৌরব ছাত্রনা হাইয়ার ইড্‌ুকেশন, টেক্নিকেল ইডুকেশন নচিংব তমথব ওমজনব বৃত্তি পীখোক্ত্‌ুনা মপান্দা চৎহল্লি। ননমেত্রিকুলেটশিংনা তম্ব য়াব বিষয় কয়াদসু মপান্দা থাদোক্ত্‌ুনা অঙাং কয়া তমহল্লি। মথোয় অহুবুসু বৃত্তি পীখি। অসিদা নত্তনা

মুপী ওজা ফংবা মাই হায়দুনা খৃঃ ১৯১৫—১৬ তা মুপীমচা ১মু মপান্দা নৈব মিডল ভার্নেকুলার স্কুলদা তমহনব থাদোকখি। খৃঃ ১৯১৮ ১৯ দা মিডল ভার্নেকুলার সার্টিফিকেট পরীক্ষা পাশ তৌদুনা ইম্ফালদা অমুক হন্নকখি। মৈটৈ অসিদগী মপান্দা হাইয়ার ইডুকেশনগী দমক বৃত্তি পীদুনা থাদোকখিব :—

| চহি | আই এ | বি এ | ইঞ্জিনিয়ারিং | মেডিকেল | ভেটিনেরি | সংসকৃত | মোট |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১০-১১ | ১ | × | × | × | × | × | = ১ |
| ১৯১১-১২ | ২ | × | × | ১ | × | × | = ৩ |
| ১৯১২-১৩ | ২ | × | × | ১ | × | × | = ৩ |
| ১৯১৩ ১৪ | ১ | × | × | ২ | × | ১ | = ৪ |
| ১৯১৪-১৫ | ১ | ১ | ১ | ২ | × | × | = ৫ |
| ১৯১৫ ১৬ | × | ১ | ২ | ২ | × | ৩ | = ৮ |
| ১৯১৬ ১৭ | × | ১ | ৩ | ২ | ১ | ৬ | = ১২ |
| ১৯১৭-১৮ | ১ | ১ | ২ | ৩ | × | ৪ | = ১১ |
| ১৯১৮-১৯ | ২ | × | ২ | ২ | × | ৬ | = ১২ |
| ১৯১৯-২০ | ৬ | ১ | × | ৩ | × | ৬ | = ১৬ |
| ১৯২০-২১ | ৬ | ৩ | × | ৩ | ১ | ৬ | = ১৯ |
| ১৯২১-২২ | ৪ | ৩ | ৪ | ২ | ১ | ৯ | = ২৩ |
| ১৯২২-২৩ | ৪ | ২ | ৪ | ৪ | ১ | ১০ | = ২৫ |
| ১৯২৩-২৪ | ৪ | ৩ | ৪ | ৬ | ১ | ১২ | = ৩০ |
| ১৯২৪-২৫ | ৪ | ৪ | ১ | ৫ | × | ১২ | = ২৬ |
| ১৯২৫-২৬ | ২ | × | × | ৫ | × | ৬ | = ১৩ |
| ১৯২৬-২৭ | ২ | ২ | × | ৪ | × | ৪ | = ১২ |

| | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯২৭-২৮ | ৫ | ২ | × | ৫ | × | ৪ | — | ১৬ |
| ১৯২৮-২৯ | ৫ | ৪ | × | ৪ | × | ৩ | — | ১৬ |
| ১৯২৯-৩০ | ৭ | ৬ | × | ২ | × | ৫ | — | ২০ |
| ১৯৩০-৩১ | ৯ | ৬ | × | ১ | × | ৫ | — | ২১ |

মথক্তা উৎচখিব ছাত্রশিং অসি সরাকারগী বৃত্তি ফংহনা তমখিবনি। অসিদা নত্তনা মরম্লাই তমজব ছাত্র কয়াম্ব লৈখি। মখোয়গী কৈটিট্টিয়তি ফংজরে। মরম অহনা সরকারগী বৃত্তিনা তমখিব ছাত্র গুাক্তগী হিসাব উৎচরবনি। সরকারগী বৃত্তিনা তমলুরিব ছাত্রে খরগী ফংখিব ফল মথাদা উৎচরি।

মনিপুরগী ইহান হানব ওইনা খৃষ্টাব্দ ১৯১৪—১৫ দা মেডিকেল ছাত্র অমা অরোইব পরীক্ষা পাস ওইরক্তুনা হল্লকখি। হেক হল্লকপগা ডাক্তর হাপখি। মহাক অসিনা মণিপুরগী ইহান হানব ডাক্তর ওইখি। খৃঃ ১৯১৫—১৬ তা আসামদা মী ৩ জরীপ তম্ব থাদোকউবদা পাশ তৌহনা চহি অসিগী মতুংদা অহুম হল্লকখি। খৃঃ ১৯১৬-১৭ তা ঢাকাদা ইঞ্জিনিয়ারিং তমলুব শ্রীখোমত্রাম অঙাংজাউ সিংহ পরীক্ষা পাশ তৌহনা হল্লকখি। হেক হল্লকপগা পি, ডবলিউ, ডি. দা থবক পীখি।

খৃঃ ১৯১৭ তা অমসুং ১৯১৮ গী মচিন্দা ডাক্তর ১।১ থোরক্তুনা হায়গী ডাক্তর ১গা পুম্না ডাক্তর ৩ সুখি খৃঃ ১৯২২—২৩ দা ছাত্র ২ বি, এ, পাশ তৌরকখি। খৃঃ ১৯২৪—২৫ দা বি এ ১, ভেটৈনিয়ারি ডাক্তর ১ অমসুং ইঞ্জিনিয়ারি ১ থোকখি। ইঞ্জিনিয়ার অসি শিলোঙদা ইলেক্ট্রিকী থবক অমুক তমথহনবা থাদোকখি।

খৃঃ ১৯২৫-২৬ তা বি এ ২ থোকখি। য়াম্না হুংঙাইব অমনা খৃঃ ১৯২৫-২৬ তা তম্ব ছাত্র ২গী মমুংদা অমদি মৈতৈ পাঙল ইচিন ইনাও অমা ওইরম্মী। কুমসিদা তম্লিব মেডিকেল ছাত্র ৫গী মমুংদা অমনা চীংগী ইচিন-ইনাও ওইরম্মী। খৃঃ ১৯২৬-২৭ তা বি এ ২ পাশ তৌরকখি। খৃঃ ১৯২৮-২৯ মণিপুরগী ইতিহাসতা নীংশিংব য়াব কুম অমনি। চহি অসিদা মহম্মদ আলিউল্লা বি, এ পাশ তৌখি। মহাক অসিনা মৈতৈ পাঙল ইচিন-ইনাওশিংগী মরক্তা ইহান হানব গ্রেজুয়েটনি। শ্রীনবকান্ত সিংহস্থ কুম অসিদা বি এস সি পাশ তৌখি। মহাক অসিনা মণিপুরগী অহানব বি এস সিনি। খৃঃ ১৯২৯ ৩০ দা বি এ ২ অমস্থুং ডাক্তর ১ থোকখি। মতম অম্বাইদা পাশ তৌহনা থোক্লকপা ছাত্র অমতা লেম্না লৈখিদে। মণিপুর হেক য়োরকপগা থবক অমা হেক্তা সরকারনা পীখি।

# ইনস্পেক্সন।

জোনষ্টোন স্কুল অসি খৃঃ ১৯০০—০১ দা আসামগী ডি পি আই ডাক্তর বুথনা মিংয়েং তাবিখি। মহাক্না লাইরিক মতম্বীদা ফংখিবা অশোই অঙাম কয়া চুমথোকপীরম্মী অমস্থুং লাইরিক মতম্বীদা অনৌব নিয়ম কয়াস্থু তাকপীরম্মী। খৃঃ ১৯০৯-১০ দা আসাম তম্পাক অমস্থুং চীংগী লমদমগী ইনস্পেক্টর ওক স্কুল Mr. T.O.D. Dunn না স্কুল অসি অমুক্তা য়েংবিখি। মহাক্না ইনস্পেকটিং ষ্টাফ অমস্থুং ওজাশিংবু ট্রেনিং পীনব ষ্টেট সরকারদা তাকপিরম্মী। স্কুল অসিগী

সেক্রেটরি অসি মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্টনা ওইবিরম্মী। মামা স্কুল অসিগী অশোই অঙাম পূম্নমক মুন্না য়েংশিনবিরম্মী। খৃঃ ১৯২৬ তা ডাক্তর গুপ্ত আসামগী ইনস্পেক্টরনা অমুক্তা হন্না য়েংবিখি। মহাক্নসু Psychology ওইব পাউতাক খর পীবিরম্মী।

থৈটকী ওইনা Reverend Pettigrew সাহেবনা খৃঃ ১৮৯৭-৯৭ দগী হৌনা তলবনচিংব অরামল লৌদনা ইনস্পেক্টরগী থবক পুবিখি। মহাক্কী পাউতাক্কগী কুম অসদা এল পি স্কুল য়েংনবা কাছাড়ী মৈতৈ অমবু ইনস্পেকটিং পণ্ডিত হাপখি। মৈতৈ ইনস্পেকটিং পণ্ডিত অসিনা তমগী স্কুল পূম্নমক য়েংখি। খৃঃ ১৮৯৯-১৯০০ দা মৈতৈমচা অমত্তু অমুক হন্না ইনস্পেকটিং পণ্ডিত হাপ্তুনা ইনস্পেকটিং পণ্ডিত ২ সুখি। খৃঃ ১৯০৩-০৪ দা ওনেরেরি ইনস্পেক্টর পেটিগ্রু সাহেবনা থবক থাদোকপীশ্রে। মহাক্কী মহুৎতা শ্রীতোম্বসিংহবু শিলেটতগী কৌথোক্তুনা ডি আই ওফ স্কুলস ওইনা হাপখিবগী রারম মথক্তা পঞ্জশ্রে। মহাক অসি খৃঃ ১৯০৭ কী মার্চ্চ তাং ৩১ ফাওব ডি আই গী থবক পুখিখি। মহাক্না থবক অসি হায়রিব তারিখ অসিদা থাদোক্তুনা আসামদা সব ডিপুটি কলেক্টর ওইশ্র ফাওবদা মণিপুরগী শিক্ষাগী মরমদা খন্দুনতা লৈবিখি। মহাক্না থোরাং তৌবিরক্তুনা কাছাড়ী মৈতৈ শ্রীচান্দম গুলাপসিংহবু মাগী মহুত্তা ডি আই ওফ স্কুলস ওইনা হাপ্নখি। শ্রীগোপালসিংহগী তুংদা শ্রীদ্বিজমনি শর্ম্মানা অমুক ডি আই ওইবিখি। শ্রীশর্ম্মানা ২বা পৃথিবীগী লাঞ্জাউ ফাওব থবক পুবিখি। লাম লোইশিন্নমদাইদা শ্রীলাইশ্রম থাঙ্গোইসিংহনা অমুক থবক অহু পায়বিখি। মহাক

অসি ভারতনা স্বাধীন ফংব অমসুং মণিপুরদা লংদাই সরকারনা পানব মতম অদু ফাওব থবক পায়বিখি।

খৃঃ ১৯১০ দা ইডুকেশন ওফিস লিংখৎখি। খৃঃ ১৯১১—১২ দা ইনস্পেক্সন ফোরম অমা নমথোকতুনা স্কুল খুদিংদা য়েনখি। হায়রিব ফোরম অসি অনিস্নুব লাঙ্গাউ ফাওবা চৎনখি। খৃষ্টাব্দ ১৯১২—১৩ দা ইনস্পেকটিং পণ্ডিতকী কম অসি সব ইনস্পেক্টর ওক স্কুলস হায়না হোংখি। ডি আই অমসুং এস আইশিং অসিনা স্কুল য়েংবিবগী মথক্তা ইডুকেশন মেম্বরনা স্কুল অয়াম্ব ত্তোইনা ত্তোইনা য়েংশিনবিখি। চী দা শৈব স্কুলশিংদি পোলিটিকেল এজেন্ট, পি এম এস ডি অমসুং এস ডি ওশিংনা চপ চানা ইনস্পেক্টরগী থবক পুবিখি। ঈখুল লমদমগী স্কুল অয়াম্বদি পেটিগ্রু সাহেবনা য়েংশিনবিখি। চীংগীদমক ইনস্পেকটিং ওফিসার অসি থোইনা হাপাখিদে মতম খর চাংদা ই, এ, সি খর লৈবশিংদু তম্পাক্তা পুথতুনা পুনশিনখি। মতম অদুদা চুড়াচান্দপুরগী ইউ পি স্কুল অমা মুৎথৎখি। মতুগী হেড মাষ্টার শ্রীলাইকংবম পরীক্ষিত সিংহবু ইমফালদা পুরক্কুনা থমখি। মহাকপু চীংগী এস আই ওইনা শীজিন্নখি। মহাক অসিবু চীংগী এস আই ওইনা শীজিন্নখি। মহাক অসিনা চীংগী এস আই ইহান হানবনি। খৃঃ ১৯৩২—৩৩ দা তমদা চীংমচাগীদমক চিংঙা হিল ইউ পি স্কুল লিংখৎলক্লবদা মহাকপু হেড মাষ্টার ওইনা হাপ্তুনা থাদোকখি। খৃঃ ১৯৩৭—৩৮ দা সব ইনস্পেক্টর অমা হাপখি। ভারতনা স্বাধীন ফংব মতমদা ষ্টেট অসিদা ডি আই অমা অমসুং সব ইনস্পেক্টর ৩ থক্তা মরৈখি।

# ফিজিকেল ইডুকেশন।

মণিপুরদা হায়রিবা শিক্ষা অসি খৃঃ ১৯১১—১২ দা পীবা হৌখি। কুম অসিদা জোনোষ্টোন স্কুলদা জিমনাষ্টিকী ওজা অমা হাপ্‌পুনা অঙাংশিংবু চাং নাইনা তম্বীখি। মোইরাংখোম ইউ পি স্কুল অসি জোনষ্টোন স্কুলগী মশা অমা ওইনা লিংখৎলকপা মতমদসু জোনষ্টোন স্কুলগী ওজা চত্তনা চাং নাইনা তম্বীখি অমসুং মচাক মথুম মরাং কায়না থমখি। ছাত্রশিংনা চহিগী মনা পীবা মতমদা মখোয়না তমজরকপা মইহুগী হৈশিংবত্ত উৎচরম্মী। অসিদা নত্তনা ড্রিলগী থবক পুনব ওজা ( Teacher in charge ) অমা হাপ্লম্মী। ক্লাশকী কেপ্তেনশিংবু মানা ড্রিল তম্বিরগা মখোয়না অমুক ক্লাশকী অঙাংশিংবু তম্বি! ড্রিলগী ওজানা মরক মরক্তা মিৎয়েং চংবি। মমৈ থংদা ক্লাশ মাষ্টারনা ক্লাশতুগী ড্রিলগী থবক্তসু Teacher in চার্জ ওইবিখি। চহিগী মনা পীব মতমদা মখোয়গী হৈশিংবে উৎহল্লম্মী; রুটিন শেম্বদা ড্রিলগী পেরিওড হপই।

ফুটবোল, হোকি, ক্রিকেট অসিনা মপানগী মশার ওইরম্মী অমসুং ইন্দোর গেমসতা কেরোম, ছত্রং, টেবল টেনিস অসিনা মরু ওইরম্মী। গেমসকী ওজানা মিৎয়েং তোইনা তোইনা চংহুনা অচুম মওংদা অঙাংশিংবু শান্নহন্নব থৌরাং তৌরম্মী। হেড মাষ্টার ফিলপোটস সাহেব অমসুং মৈদিঙু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহনা শান্নবদা থরায় য়াওবিবদগী আউটদোর গেমসতা য়ায়া চাউখৎলম্মী।

# ডিসিপ্লিন।

জোনষ্টোন স্কুলগী ডিসিপ্লিন থাক য়াম্না য়াংনা লৈরম্মী। স্কুলগী ক্লাশ হৌরমদাই খুদিংদা এশেম্বলী পেরেড অসি নিত্তিগী তৌই। থাংজ নত্তনা মুমিং অজৈদদি নোংমদা পেরেড ২/২ রক তৌই। থা খুদিংগী ভেলি মার্ক মথৈ তিনশিল্লগা ফল অহু কল্লাংদা খেত্তনা ছাত্রশিংবু মশা মশাগী গুনাগুণ মশক খঙহনবি। লমচৎ ফজব অমম্বুং মতম চান লেপ্তনা কাবগী মনা থনম্মী। লাইরিক কব, শাম্নব কব অসিনচিংবগী মনাম্বু পীরম্মী। ওজা গুরু উরগা খুরুম্ব, ওজাগী হুকুম য়াওদনা কা থাদোক্তব, হেড মাষ্টারগী হুকুম য়াওদনা স্কুল কোম্পাউণ্ড থাদোকব, স্কুল মচুংগী অমম্বুং মপালগী ডিসিপ্লিন চপ চানা ওজা অমম্বুং ছাত্র খুদিংমক্না ভাকুরম্মী। ছাত্র অমবু দণ্ড পীব তারবম্বু হেড মাষ্টারনা দণ্ড অহু পীবদা মতিক চারে হায়বহু অণ্ডাং মশামকপু হান্না য়াহল্লগা কেন্না দণ্ড পী। শন্না হায়রবদা ওজা খুদিংমক্না ছাত্র খুদিংমকী থম্মোই জয় তৌনব লাম্নরম্মী। অহুগী মথক্তা সংস্কৃত অসি কম্পালসরি সবজেক্ট অমা ওইরম্মী। হিন্দুগী লমচত্তা ডিসিপ্লিননা মরু ওইনা ইবনা সংস্কৃতকী লাইরিক্তি অৱাঙনি। মরম অহুনা স্কুল অসিগী ডিসিপ্লিন থাক য়াম্না য়াংলম্মী। অসিগুম্বা থাক অসি স্কুল অসিনা ভারতনা স্বাধীন কংব মতম কাওব থম্ব ঙমখি।

# বোইজ স্কাউট।

খৃঃ ১৯২৫ ২৩ তা মহারাজ কুমার শ্রীবোধচন্দ্রসিংহনা বোইজ স্কাউট জোনষ্টোন হাই স্কুলদা হৌদোকখি। খৃঃ ১৯২৭-২৮ দা

কেম্পিং অমা তৌখি। মতুদা য়াওরিব স্কাউটশিং অতুনা তৌব থবক পুন্নমক অতুবু ষ্টেট দরবারগী প্রেসিডেণ্ট সাহেব A. G. Mecall, I. C. S. না য়াম্না থাগৎখি। শ্রী অরাম্বম ইবুঙোহলসিংহনা Teacher in charge ওইখিবি। ভারত পুম্বগী Scout organisation দা মণিপুরগী Coutingence ওইনা শ্রীশশীমোহন সিংহ অমসুং শ্রীওইনাম থম্বালসিংহ অনিবু থাদোক্কুনা য়াওহল্লুই। হায়রিব ছাত্র অনি অসি ক্লাশতা লাইরিক য়াম্না ফব ঙাক্তা ওইরম্মী। মখোয় ২বু বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষা মনাক্তা থাদোকখি হায়তুনা মরৈবাকী মিংচৎ পাম্ব মী খরনা হেড মাষ্টার শ্রীযামিণী গুহদা রাংকংলকখি। মতম অতুদা হেড মাষ্টার অসিনা "মরেক ঙাক্তা তমগদব নত্তে; শিক্ষা হায়বতুদি য়াম্না পাক চাউই। মখোয় অনিবু তশেংব শিক্ষা ফংহন্নীংই; মখোয়না শিক্ষাগী মতমদা করি অমত্তা হন্দনা মণিপুরগী মিংচৎ পুরক্কনি" হায়না খুম্বিখি। তশেংনমক হায়রিবা ছাত্র ২ মক্ক Organisation অতুদসু মণিপুরগী মিংচৎ থম্বিখি। অমসুং বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষদসু ষ্টেটকী অথম্বব ছাত্রগী মশীং চলহনবসু ওমখি।

## ইলিমেণ্টরি লক্কু।

## খৃঃ ১৯০৭—৩১।

## এম ই স্কুল।

জোনষ্টোন এম ই স্কুলনা অঙাং অমা প্রাইভেট ওইনা হম্বিতুনা খৃঃ ১৯০৯—১০ দা শিলেট্টা মেট্রিকুলেশন পরীক্ষা থাদোক্লুই

হায়রবনিনা খৃ: ১৯০৫—০৬ ফাওবদি স্কুল অসি এম ই স্কুলগী থাক্তা লৈরম্ব তাই। অচুম্বমকপু খৃ: ১৯০৬—০৭ তা ক্লাশ VII হাংখি হায়না মথক্তা উৎচপ্রবচুনি। অতুগা স্কুল অসিগী নিম্ন প্রাইমারি ক্লাশকি ক্লাশ মথৈ পেটিগ্রু, তেরা অমম্বুং থাম্বেবন্দ এল পি স্কুল ৩ দা খৃ: ১৮৯৬ তা হোংহনখি হায়বনিনা কুম অসিদগীদি তশেংব এম ই স্কুলগী ক্লাশ ওাক্তা খৃ: ১৯০৬ ফাওব ওইখি হায়না খঙনরে।

মথক্তা খৃ: ১৮৯৬—৯৭ তা পেটিগ্রু সাহেবকী হৈশিংবদগী তাংখুল মচা ২১ লাইরিক তমখিবগী রাঙম পঙ্গ্রে। স্কুল অসি মথং মথং চাউখৎলক্তুনা খৃ: ১৯০৬ তদি এম ই স্কুলগী থাক য়োরকখি। তৌইগুম্বসুং জোনষ্টোনগুম্না ক্লাশ III দগী ক্লাশ VI ফাওবদা লৈবদি নৎলমদে। ১বা ক্লাশতগী হৌন এম ই স্কুলগী থাক য়োব ক্লাশ ফাওব লৈখি।

বৃটিশ রিজার্ভতা লৈরিব অঙাংশিংগী তম্বব বাবুপাড়াদা বেঙ্গলী স্কুল অমা প্রাইমারিগী থাক্তা লিংখৎখি। মসি খৃ: ১৯০৬ তদি এম ই স্কুলগী থাক য়োখি। প্রাইমারি অমম্বুং এম ই স্কুলগী থাক অনিমক পুম্না লৈরম্মী।

মরম অসিনা খৃ: ১৯০৬ তা তমদা এম ই স্কুল ২ অমম্বু চীংদা এম ই স্কুল ১ পুম্না ষ্টেট অসিদা এম ই স্কুল ৩ লৈখি। খৃঃ ১৯১৩—১৪ দা আসামগী চিফ কমিসনার Earle সাহেব মণিপুরদা লাকখি। ওইনা বাঙ্গালীশিংনা মাবু নীংশিংনব ওইনা বাঙ্গালী মুপীমচাশিংগী মহৈ তম্নম মিজ্জল জার্দেকুলার স্কুল অমা সাহেব অসিনা লাকপা মতম অসিদা

লিংখৎখি। স্কুল অসিগী মমিংস্থ সাহেব অসিগী ইবেমাগী মমিংদা Lady Earle Girls School হায়না মমিং থোনখি।

কাংপোকপীদা আমেরিকান বেপটিস মিসনদা খৃষ্টান অমসুং ননখৃষ্টান অনিমক্তা লাইরিক তম্নব চীংগী স্কুল অমা খৃঃ ১৯১২-২০ দা লিংখৎখি। অহানবদা স্কুল অসিদা ক্লাশ I দগী VI ফাওবদগী খন্দুনা লিংখৎখিবনি। চহি খুদিংগী ক্লাশ ১।১ হাপকৎ-লকতুনা চহি খরগী মতুংদা ক্লাশ VI লৈরক্তুনা এম ই স্কুল ওইরকখি। খৃঃ ১৯২৮-২৯ দা উখ্রুল এম ই স্কুলদা লৈব ক্লাশ VI তা তম্নব অঙাংমখৈ কাংপোকপী এম ই স্কুলদা হোংহনখি। মতুংগী চহিদদি উখ্রুলদা লৈব এম ই স্কুল মুৎখি।

ইউ পি স্কুল।

তমগী দমক্ত তোপ্পা ষ্টেটনা ইউ পি স্কুল অমত্তা লিংখৎখিব নত্তে। খৃঃ ১৯১০—১১ দা জোনষ্টোন স্কুল অসি অঙাং য়াম্মনবদগী চন্দত্তুনা মোইরাংখোমদা নিম্ন প্রাইমারি পরীক্ষাদা কাষ্ট ডিভিজনদা পাশ তৌরক্তব অঙাংশিংনা তম্নব ওইনা মশা অমা শেমখি। ষ্টেটনা স্কুল অসি ষ্টেটকী ইউ পি স্কুল ওইনা লৌখৎখি। খৃঃ ১৯১৬—১৭ তা থাংমৈবন্দ অমসুং চিংঙা ইউ পি স্কুল ২ জোনষ্টোন্দগী খায়দোকখি। ষ্টেটনা ইউ পি স্কুল ২ মক লৌশিনখি।

চীংদা য়াম্না থেনা খৃঃ ১৯২৮-২৯ দা মাওদা সরকারগী ইউ পি স্কুল অমা লিংখৎখি। খৃঃ ১৯২৯-৩০ দা উখ্রুলদা সরকারগী ইউ পি স্কুল অমা লিংখি। মরম অসিনা খৃঃ ১৯৩০-৩১ দা চীংদা ইউ পি স্কুল ২ অমসুং তমদা ইউ পি স্কুল ৩ পুম্না ইউ পি স্কুল ৫ লৈখি।

## এল পি স্কুল।

চীংতম অনিমক্তা অভাংবু লাইরিক তমহন্নীংবগী রাখল পোক্ল-রকপদগী এল পি স্কুল মশীং অসি অর অর হেনগৎলকখি। প্রজানা স্কুল লিংখৎপিন্ন হায়না সরকারদা তকশিন্নকপনা হেক্তিন্নকপদগী থাদা লুপা ৩/৩ পীব সিজল টিচর স্কুল ৩ চাং য়েংবা ওইনা খৃ: ১৯০৯-১০ দা লিংখৎখি। থংনব চহিদা অসিগুম্বা মখলগী স্কুল ১০ অমুক হাপচিন্দুনা স্কুল ১৩ সুখি। তৌইগুম্বসুং ওজাশিংগী মরক্তা তলবকী মতাংদা থাক খারবগী ঈচেল অমা চেল্লকখি। মরম অহুনা য়াম্না থুনা প্রথা অসি লোৗথোকখি।

নোংচুপলোমগী শিক্ষা অসি জিরিবাম এরিয়াদ য়াম্না থেংনা চগুখি। খৃ: ১৯১২-১৩ দা এল পি স্কুল অমথক্তং লিংব হৌখি। চহি ১৪ কান্নবগী তুংদা হায়বদি খৃ: ১৯২৬-২৭ তা ২বা স্কুল ১গা লিংখি। মথংগী চহিদা এল পি স্কুল ৩ অমুক হাপচিনখিত্তনা খৃ: ১৯৩০-৩১ কাওবদা এরিয়া অসিদা এল পি স্কুল ৫ লৈখি।

চীংগী শিক্ষাগী ইতিহাস য়েংলুবদা রানাংতাই ওইখি। চীংগী ইপা-ইপুশিংনা মচামসুবু লাইরিক তমহন্নীংবদগী স্কুল তোইনা তোইনা নিবিখি। তৌইগুম্বসুং স্কুল অয়াম্বা মন্না ইতা তাথিদে; চহি ১/২ দং মথরায় য়াওনা মচামসুবু স্কুলদা থারম্বদগী মখা তাহন্নব রাখল তৌবিদে। মমৈথংদদি ছাত্র লৈরক্তহুনা খুল অহুদগী স্কুল অহু লোৗথোকপা তারকই। তৌইগুম্বসুং ষ্টেট অমগী প্রজামথৈনা খোঙথাং মায়না থাংমিয়দব য়াদবনা চীংমীনা স্কুল নিয়ব থুদিংদা পীনব থৌরাং সরকারনা তৌবি। তৌইগুম্বসুং শেল থর হেন্ন চংব ইউ পি, এম ই স্কুলনচি.ব পীরমদাইদদি অগুম্বশিংনা য়াম্না মুন্না রাখল তৌরগা

পীবি। নিম্ন প্রাইমারি ক্লাশ পাশ তৌরকপা চীংমচাশিংগী তম্নবা তমদা লৈরিবা ইউ পি অমসুং এম ই স্কুলশিংদা মফম থাক্তনা থম্মি।

চীংতম অনিমক্তা লাইরিক লাইও, শ্লেট, মুক, কলম অসি-নচিংব মচাক পুম্নমক ষ্টেট সরকারনা লেম্না য়েন্থুনা অঙাংশিংবু তমহল্লম্মী। তমদম্বি খৃঃ ১৯১২ দগী পোৎশিং অসি পীথিরে; চীংদদি হায়রিবা পোৎশিং অসি লৈফম লৈতব অমসুং অঙাংগী মপা মমা ওইবশিংনা মচাগী শিক্ষাগীদমক করিমত্তা থনবিদব মরমদগী খৃঃ ১৯৩৬-৩৭ কাওবদি লেম্না অহুম য়েনখি। মথাদা ষ্টেট মচা অসিদা লৈরম্ব স্কুলগী ষ্টেটিষ্টিক্স অমা পীজরি:—

স্কুল

| চহি | —এম,ই— | | —এমভি— | —ইউপি— | | —প্রাইমারি— | | —মাড্রাসা— | —সংস্কৃত |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | চীং | তম | তম | চীং | তম | চীং | তম | তম | তম |
| (১) | (২) | (৩) | (৪) | (৫) | (৬) | (৭) | (৮) | (৯) | (১০) |
| ১৯০৭-৮ | × | ১ | × | × | × | ৮ | ৫০ | ১ | ১ |
| ,, ০৮-৯ | ১ | ১ | × | × | × | ৮ | ৫২ | ২ | ১ |
| ,, ০৯-১০ | ১ | ১ | × | × | × | ৭ | ৫২ | [illegible] | ১ |
| ,, ১০-১১ | ১ | ১ | × | × | ১ | ৮ | ৫৭ | ৪ | ১ |
| ,, ১১-১২ | ১ | ১ | × | × | ১ | ৮ | ৬১ | ৪ | ১ |
| ,, ১২-১৩ | ১ | ১ | × | × | ১ | ১০ | ৬২ | ৪ | ১ |
| ,, ১৩-১৪ | ১ | ১ | ১ | × | ১ | ১০ | ৬২ | ৪ | ১ |
| ,, ১৪-১৫ | ১ | ১ | ১ | × | ১ | ১০ | ৬২ | ৪ | ১ |
| ,, ১৫-১৬ | ১ | ১ | ১ | × | ১ | ৪ | ৬২ | ৪ | ১ |

| | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| „ ১৬-১৭ | ১ | ১ | ১ | × | ৩ | ৩ | ৬২ | ৬ | ১ |
| „ ১৭-১৮ | ১ | ১ | ১ | × | ৩ | ২ | ৬২ | ৭ | ১ |
| „ ১৮-১৯ | ১ | ১ | ১ | × | ৩ | ৩ | ৬৩ | ৭ | ১ |
| „ ১৯-২০ | ১ | ১ | ১ | × | ৩ | ৩ | ৬৩ | ৭ | ২ |
| „ ২০-২১ | ১ | ১ | ১ | × | ৩ | ১৭ | ৬৩ | ৭ | ২ |
| „ ২১-২২ | ১ | ১ | ১ | × | ৩ | ২০ | ৬৩ | ৯ | ২ |
| „ ২২-২৩ | ২ | ১ | ১ | [illegible] | ৩ | ২৭ | ৬৯ | ৯ | ২ |
| „ ২৩-২৪ | ২ | ১ | ১ | × | ৩ | ২৮ | ৬৩ | ৯ | ২ |
| „ ২৪-২৫ | ২ | ১ | ১ | × | ৩ | ২৩ | ৬৯ | ৯ | ২ |
| „ ২৫-২৬ | ২ | ১ | ১ | × | ৩ | ৩২ | ৬৭ | ৯ | ২ |
| „ ২৬-২৭ | ২ | ১ | ১ | × | ৩ | ২৮ | ৬৭ | ৯ | ৩ |
| „ ২ --২৮ | ২ | ১ | ১ | < | ৩ | ৪৫ | ৭০ | ৯ | ৩ |
| „ ২৮-২৯ | ২ | ১ | ১ | ১ | ৩ | ৪৪ | ৭০ | ৯ | ৩ |
| „ ২৯-৩০ | ২ | ১ | ১ | ২ | ৩ | ৪০ | ৭০ | ৯ | ৩ |
| „ ৩০-৩১ | ১ | ১ | ১ | ২ | ৩ | ৪৩ | ৭০ | ৯ | ৩ |

চৌংগী এল পি স্কুল মশীং অসি য়াম্না থীনা অকা অকুম মাইনা উবিদবনি হোংদোক হোংজিন য়াম্না থোকপনা তৌবনি। খুদমগী মশক ওইনা খৃঃ ১৯২৮-২৯ দা হান্না লৈরম্বা স্কুল ১০ মুৎথৎলগা অনৌব স্কুল ৯ অমুক শেমগৎখিবনা মমাংগী চহিদা স্কুল ৪৫ উৎলগা মতুংগী চহিদা হায়বদি কুম অদুদা স্কুল ৪৪ উৎপনি। অদুম তৌব-মিন্না স্কুল মশীং থোইনা কান্নদনা উবদনি। তশেংবমক্তি ময়া চেৎনা লেপ্তদনা। অসেব স্কুলদি চৌংগী লমদমদা হেড কটয় মমদি শিক্ষাগী মমমদা পুক্নীং য়াম্না চংব থুল থরদংদনি। থুল অদা লৈরবদি

মীশক তোঙান তোঙানব য়াম্না লৈনৈ। খুলগী শিকাদা পুরিং চংবিব অহল লমন খরদি মখুন্দা লৈব স্কুল মাংখিদনব হোৎনবগা অরাব কোলাই কয়া থাংবিখি। হৌজিক্কা শিক্ষাগী মগুণ মশক খঙলক্লব মতংসিদা নহারোলশিংনা অহুগুম্ব অহল লমনশিংবু হয়া হয়া শোয়জরি।

## মিডল স্কুলগী ছাত্র।

চীংগী মিডল স্কুল মখৈদি মথা ক্লাশ হায়বদি প্রাইমারি ক্লাশ য়াওবনা ছাত্র য়াম্না উবনি। তমদস্থ বেঙ্গলী এম ই অমসুং লেডি আরল গারলস এম ভি স্কুল অনিমক প্রাইমারিগী ক্লাশ য়াওই।

## ছাত্র।

| চহি | এম, ই স্কুল চাং | | এম ভি তম | | তম | অপুনব মী |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | নুপীমচা | নিপামচা | নুপীমচা | নুপীমচা | |
| ১৯০৯-১০ | ৬৩ | ১ | ২২ | ৬ | × | ৯২ |
| ,, ১০-১১ | ৫২ | ১১ | ৯৪ | ৭ | × | ১৬৪ |
| ,, ১১-১২ | ৬১ | ১১ | ৮৮ | ১ | × | ১৬১ |
| ,, ১২-১৩ | ৭৩ | ৭ | ৯২ | ০ | × | ১৭২ |
| ,, ১৩-১৪ | ৩৮ | ৮ | ৭০ | ০ | × | ১১৬ |
| ,, ১৪-১৫ | ৫৬ | ০ | ৪১ | ০ | ১৯ | ১১৬ |
| ,, ১৫-১৬ | ৮২ | ১০ | ৪৩ | ০ | ২২ | ১৫৭ |
| ,, ১৬-১৭ | ৭৪ | ১১ | ৭০ | ০ | ১৮ | ১৭৩ |
| ,, ১৭-১৮ | ৭৩ | ১১ | ৭৫ | ০ | ১৫ | ১৭৪ |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| „ ১৮-১৯ | ৭৬ | ১২ | ৯২ | ০ | ১৪ | ১৯৪ |
| „ ১৯-২০ | ১০০ | ১৩ | ৯৭ | ০ | ২২ | ২৩২ |
| „ ২০-২১ | ৯৯ | ০ | ৯৩ | ০ | ১৫ | ২০৭ |

মতুং অসিদদি চীংগী এম ই স্কুলগী ছাত্র মশীং ওইনা পীরমগ্রে; মখোয়গী নোংমগী হিসাবতা কারকপা ছাত্রগী মশীংদা মপীরগ্রে। খৃঃ ১৯২১-৩০ ফাওবগী নোংমগী কারকপা ৬১, ৮৩, ৯৪.৯, ৮৮.০৬, ১১৯.৩৭, ১৪২.৭৪, ১৯৬.৯৫, ১৫২.৩৮, ১০৭.২৬ নি। মসিনা উৎপদি চীংগী এম ই স্কুলদা চাংচৎ অমতদা অঙাং তম্নমদে হায়ব খঙব ঙম্মী। করিগুম্ব চহিদা অঙাং য়াম্না ঙম্মী অমসুং করিগুম্ব অমদনা অঙাং খরদ মতম্মী হায়বসি খঙব ঙম্মী। খৃঃ ১৯৩০-৩১ দদি চীংগী এম ই স্কুলদা নিপামচা ৬৮ মুপীমচা ৪১ পুম্না অঙাং ১০৯ লৈরম্মী অমসুং নোংমগী কাবগী চাংনা ৮৭ ওইখি। কুম অসিদা কাবগী চাং হেক্তা ফজে। তমগী বেঙ্গলী এম ই স্কুলগী ছাত্র অসি চহি খুদিংগী চাং নাইনা হেনগৎলি হায়রবদি য়াদে। খৃঃ ১৯২১-৩০ ফাওবগী ছাত্র মশীং পীজরি:— ৮৯, ৯০, ৮৬, ১০৪, ৯৫, ৮৬, ৮৪. ৮৭, ৯৪। মশীং অসিগী মতুং ইম্নদি খৃঃ ১৯২৬-২৭ তগীদি নিয়ম চুম্না ছাত্র খর খর হেনগৎলকপগী মওং ওইনা তৌই। খৃঃ ১৯৩০-৩১ দা ছাত্র ১৪৪ লৈরম্মী।

মিডল ভার্নেকুলার স্কুলদা তম্লিবী মুপীমচাশিংগী অপুনব মশীং অসি চহি খুদিংগী হেনগৎলকই হায়বহুদি থোকখিদে। খৃঃ ১৯২১-৩০ ফাওবগী মমুংদা ছাত্রী ২২, ২৮, ২৮, ২৫, ২৯, ২৬, ২৬, ২৪, ৩৫ লৈরম্মী।

## ইউ পি স্কুল।

মণিপুরদা ইউ, পি স্কুল লৈরকপসি খৃঃ ১৯১০-১১ দগীনি। খৃঃ ১৯১৫-১৬ ফাওব ষ্টেট অসিদা ইউ পি স্কুল ১ তা ওাইরম্মী। খৃঃ ১৯১৬-১৭ তা ইউ পি স্কুল ৩ মুখি। খৃঃ ১৯৩০ ফাওবসি তমদা ইউ পি স্কুল ৩ অসিতা লৈখি। খৃঃ ১৯২৮-২৯ দা মাঁওগী ইউ পি স্কুল ১ অমসুং খৃঃ ১৯২৯-৩০ দা উখ্রুলদা ইউ, পি স্কুল ১ লিংখৎখি। খৃঃ ১৯১০ দগী খৃঃ ১৯৩০ ফাওবগী মমুংদা তমগী ইউ পি স্কুলদা লৈব ছাত্র মশীং মথংশিংবনা ২৯, ৫০, ৫৫, ৬৭, ৯৪, ৯২, ২২৭, ২২১, ২১৭, ২৪৯, ২৫৫, ২৩৮, ২৬৮, ৩০৫, ৩৭৪, ৩৫২, ২৭১, ২৭১, ২১১, ৩০৬ ওইরম্মী। খৃঃ ১৯২৮ দগী ১৯৩০ ফাওবদা চীংগী ইউ পি স্কুলদা মথংশিংবনা ছাত্র ২৬, ৪১, ৪০ লৈখি।

---

## ফ্রি ইডুকেশন।

প্রাইমারি স্কুল পূরমক্তা ফ্রি ইডুকেশন পীস ওম্মদ্রি। উচ্চ প্রাইমারি স্কুলদা ফি থর থর লৌরম্মী। ক্লাশ থ্রিগী ছাত্র ১-না গী শিকি অমা অমসুং ক্লাশ ফোরগী ছাত্র ১দনা শিকি পৈশা মরি হায়বদি হৌজিকী পৈশা ৩১ লৌরম্মী। অদুবু অরাবদি মণিপুরদা মতম অসিদা শেল তাংলম্মী; পোৎ হোংলম্মী। মরম অদুনা মচাসিদমক থা ১গী শিকি অমা পুথোক্নীংঙাই লৈতদুনা মচাবু লাইরিক তমহন্দবসু কোন্নাই ওইরম্মী। অদুবু ছাত্র খুদিংমক্তগী

ঙি লৌই হায়রবদি নত্তে। মকোক ওইব অঙাংদি বৃত্তি অমত্তুং ফিরিপ পীবিরম্মী।

এল পি স্কুলদদি ফ্রি ইডুকেশন পীরম্মী। খৃঃ ১৯১৩-১৪ দা মণিপুরদা পীরঘা পোথাং বেগার দন্তি লোথোকখি। মরম অমুনা স্কুলিগী শেল সরকারনা পুথোকপা তারকশদগী ইস্কাজ এরিয়াদা ভম্লিবা এল পি স্কুলগী ছাত্র অমগী পৈশা মরি হায়রবদি হৌজিকী পৈশা ৬ অমসুং খুঙ্গং এরিয়াগী অঙাং অমদগীদা পৈশা ২ হায়রবদি হৌজিকী পৈশা ও ফি লৌব তাখি। ফি লৌবগী রাকম অমি হেক পোক্লকপদগী অঙাং ১ কাওবা স্কুল কাখিদ্রে। ফিবম অমি উবদা ফি লৌবগী রাকম অসি অবুক লোথোকখি। য়াম্বিরব শেল খর অসিগীদমক মচাবু লাইব্রেরি অমা থারক্লবরা স্কুলশং মাব অমসুং শেম্বদা শেপ্পাউ কয়া দান তৌবদদি হায়লংখিরে। মরম অমিনা সরকারগী মবুক্তা প্রজানা এল পি স্কুলদা ফি লৌব হায়রবসি য়াদরবাইরে হায়না লৌখি। চীংগী লমন্নমদদি রাকম অসি করিকমা য়োদোকখিদে। অহোইনত্তুম চে, কলম, শ্লেট, কাংগ্লু, মুক, কলম মচিন, লাইব্রেরি য়াম্না কজবা য়েনবত্তুম হেনগৎখি।

ফিজিকেল ইডুকেশন।

ভমগী এল পি স্কুল পুম্নমক্তা ছাত্রশিংগী মশাকনব শাজেল ভম্বিনব D. D K. ( Demonstrator of Deshi Kasharat ) হায়ব কম অমা হাপখি। হায়রিব D. D. K. অসিনা স্কুল পুম্নমক থুংনা চত্তুনা অঙাংশিংবু হকচাং শাজেল তৌব ভম্বিখি অমসুং লুপ-হেন্না লৈনব হিরম কয়াসু ভম্বিখি। মহাক লাকপা

খুদিংদা অঙাং ময়াম পুথোক্তুনা কোম্পাউণ্ড শেংদোক-খোত্তোকপনা চিংব সোসিয়েল সার্ভিস তৌব তম্বিখি। মহাক্কু লাক্লবদি কোম্পাউণ্ডগী নাপীশিংবি কোইদোকহন্নি হায়ছনা মহাকপু নাপী চাব সাহেব হায়না অঙাংশিংনা লোন্না কৌনজরম্মী। মহাক্না নৌরিব অঙাংশিংবু পরেং নাইনা লেপ্পা, পরেং খায়দোকপা, চুম্না পরেং নাইনা চৎপা, খোঙথাং মায়না চৎমিন্নবা, অনেম অরাংগী মতুং ইন্না লোইরোই হাইগৎ হাইথা নাইনা পরেং লেংব অসিনচিংব হিরম কয়া তম্বিখি। D. D. K. গী থবক্তা য়াম্না তমজনীংঙাই ওইব ঈচেল অমা চেলখি। মহাক্না নোংমত্তা অমোৎপা গ্রাউণ্ডদা অঙাংশিংবু হুকচাং শাজেল তৌহন্দে। হান্না গ্রাউণ্ড শেংদোকহল্লগা কোন্না শাজেল তম্বি। মসিগী ফজব অসি নিয়ম ওইনা অঙাংশিংনা লৌনখি। ময়ম অহুনা ড্রিল তৌগনি হায়ছনা ওজা অমনা মাগী ক্লাশগী অঙাংশিংবু মপান্দা হেক পুখোক্লকপদা হায়নব নাইদন অঙাংশিংনা নাপী-শিংবি হেক্তা শেংদোক্লখি। মতম অহুদা শ্রীক্ষেত্রিময়ুম জুগেশ্বরসিংহনা D. D. K. ওইবিরম্মী। মহাক অসি মশা নোইপেল্লি। অঙাংবু থোং নৌহুনা থেম্বগী মওং লৈখিদে। মহাকুম্না পোরার ডিসিপ্লিন্না মপুং ফানা থবক ফজনা চথহনব ভম্ব ওফিসার মণিপুরদা অত্তাংবনি।

চৌংদা লৈব স্কুলশিংদন্থু ড্রিল ফজনা তম্বিনখি ড্রিল তম্বিবগী পাউজাক পুন্নমক প্রেসিডেণ্ট মণিপুর ষ্টেট দরবার অমসুং সব-ডিভিজনেল ওফিসারশিংনা পীবি অমসুং চৌংদা টোর লাকপা মতমদা অঙাংশিংবু ড্রিল তৌহন্দুনা হৈ-হৈত্তে হায়ব চাং য়েংবি।

এস্থেটিক ইডুকেশন।

ইম্ফাল এরিয়াদা লৈব এল পি স্কুল পুম্নমক্তা পুংয়ৈব ওজা অমগা চোলোমগী ওজা অমগা হাপ্তুনা নোট পালাগী ফজবা মশক অত্তাংশিংদা পিক্লিতৈদগী হৌনা খঙহন্নব লাক্লম্মী। জোনষ্টোন স্কুলদদি ক্লাশ হৌরমদাই খুদিংগী এসেম্বলি পেরেড তৌহনা হেড মাষ্টারদা ভক্তি কত্তুনা গুরু ভক্তি মশক খঙহল্লম্মী।

পরীক্ষা।

মনিপুরদা পব্লিক একজামিনেশন মখল মরি লৈরম্মী। ৩'দ ষ্টেট গোবর্ণমেন্টনা তৌরম্মী; ১না বোর্ডনা তৌরম্মী। নিম্ন প্রাই মারি বৃত্তি পরীক্ষা অমসুং উচচ প্রাইমারি বৃত্তি পরীক্ষা অনি অসি ইডুকেশন ডিপার্টমেন্টনা তৌবনি। পরীক্ষা আনসি প্রোমোশন পরীক্ষা স্থু ওইরম্মী। নিম্ন প্রাইমারি পরীক্ষাদা পাশ তৌদব অত্তাংনা উচচ প্রাইমারি ( U.P ) স্কুলদা তম্বা য়ারমদে। উচচ প্রাইমারি বৃত্তি পরীক্ষা পাশ তৌদ্রবদি মিডল ইংলিশ স্কুলদা মিং চনব য়ারমদে। চাংদা এল পি স্কুলগী ২বা ক্লাশতা চীংমচা তাক্তগী বৃত্তি পরীক্ষা অমা পি এম এল ডি অমসুং এস ডি ওশিংনা তৌরম্মী। মহুগী ফল মতুং ইন্না থাগী লুপা ২।২ গী চাংদা চহি ২ পীরম্মী। মসি কম্পালসরি নৎলমদে। অথৱবা ছাত্র খরগীদমক ওইরম্মী। বৃত্তি পীননবগীদমক পব্লিক একজামিনেশন ওইহনবতনি। সংস্কৃত পরীক্ষাদি আসাম সংস্কৃত বোর্ডনা তৌরম্মী। হাইস্কুলগী অরোইব ক্লাশকী পরীক্ষাদি গৌহাটি সেন্টরদা চৎতুনা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়গী পরীক্ষাদা য়াওনরম্মী। মিডল স্কুলগী অরোইব ক্লাশকী পরীক্ষাদি জোনষ্টোন হাই স্কুলদা য়াওরম্মী। নিম্ন প্রাইমারিগী

ক্লাশ খুদিংমকী চহিগী প্রোমোশন পরীক্ষা লৈরম্মী। প্রথম শ্রেণী হায়রবদি নিম্ন প্রাইমারিগী অরোইবা ক্লাশ অসিদা থাংক খুদিংগী বিষয় ১।১ দী পরীক্ষা লৌরম্মী। পরীক্ষার্থী চে অমু নোংমাইজিং ছুটিদা ওক্লানা য়েংথোক্লগা নিংথৌকাবা চুমিংত্তা তৌগ্রব পরীক্ষা অমুগী মরমদা ছাত্রশিংগা য়াম্না কুপনা নৈনম্লনা রাহংশিং অমুগী অচুম্ব পাউথুম খঙহন্নব লাক্লবি। মতম অমুগী ওজাশিং অমুদি ট্রেনিং ফংত্রবমু মতম পূম্নমক্তা ছাত্রগীদমক্তা লেঙদনা লৈরব ওজা ওইনরম্মী। ছুটি চুমিং ফাওবা মখোয়না মরম্মাইগী থবক তৌরমদে। এলাও পরীক্ষা। ( পব্লিক পরীক্ষাদা থাগৎনবগী চাংয়েং পরীক্ষা ) স্কুল খুদিংমক্তা তৌনরম্মী। পরীক্ষা অসিদা পাশ ওইবতা পব্লিক পরীক্ষাদা থাগৎলম্মী। উচ্চপ্রাইমারি পরীক্ষাদা থা ৩ দা, থা ৬ তা অমসুং থা ৯ দা পরীক্ষা তৌরম্মী। পরীক্ষা খুদিংগী ফল অমু মানা মানা কংজব নম্বরগা কোম্বনা ফল্লাংদা থের্লে। থা ৯-গী পরীক্ষা অসিনা ক্লাশ কোরগীদি এলাও পরীক্ষা ওইনৈ। পব্লিক পরীক্ষা নত্তব ক্লাশ প্রোমোশনগী পরীক্ষাদা মরক্কী পরীক্ষাগী ফল য়াম্না কান্নে। মরক্কী পরীক্ষাদা য়াম্না ফরক্লবদি চহিগী প্রোমোশন পরীক্ষাদা মরাইবক থীহুনা য়েকপা থোক্লনা য়াওত্রবমু অমুগুম ছাত্র অমুদি প্রোমোশন অমম মপীবি। পরীক্ষা খুদিংমক য়াম্না চেকশিন্না তৌরম্মী। অমুম তৌনা পরীক্ষা তোইনা তৌরকপনা অমসুং পরীক্ষাগী হোৎনবী মুম্না [illegible]কপনা পরীক্ষাদা মত্তব লমচৎ চৎনরমদে। অমুগী মথক্তা স্কুল [illegible] ফত্তব লমচৎ চৎপগী তাঙ্গোক্লকপা অতাং অমতা করিগুম স্কুল [illegible]দা লৌনরমদে। মরম অমুনা অতাং খুদিংমক ফত্তব [illegible] [illegible] কম্মা লাকখি।

## টিউটোরিয়েল ক্লাশ।

বৃত্তি পরীক্ষা ওকয়াদা খা ২/৩ দি হায়া চেকশিল্লকদগী অমুক হেন্না চেকশিল্লরম্মী। প্রথম শ্রেণী অমসুং ক্লাশ ফোরগী ছাত্রশিংনা ওজাগী ময়ুমদা অহিং লেপ্লম্মী। ওজানা অহিং অথেংব ফাওব মিংথেল থাংহনা অঙাংশিংবু তাকপি,-তম্বি অমসুং লাইরিক ঔরাইহনবিরম্মী। অয়ুক ওন্না মথোয়বু হৌদোক্লগা মচিল মরা শেংদোকহন্দুনা ওহাক লাইরিক ঔরাইহল্লম্মী। নৌরিব অঙাংশিং অতুগী মচিল মরা শেংনব অমসুং মশাম মনা হাপ্তোকচনব থৌরাং ওজাগী ইমুং মনুংগী মুপীশিংনা তৌবিরম্মী। অসুম্না ওজাগী য়ুমদা লাইরিক তম্বিবগী ওজানা পাই অমা ফাওব লৌনরমদে। অতুক কেরোসিন থাও লৈনব ছাত্রশিংদগী শিকি ১/১ শুম্বদং খাইগংলগা পুন্না কেরোসিন থাউ টিন অমগা পোদোন খরগা লৈরগা অঙাংশিংগী লেকফম অতুদা থম্বিরম্মী। মতম অতুনা ছাত্রশিংবু ওজাগী ইমু- মনুংগী অঙাংমককুম ওজা অমসুং ওজাগী ইমুং-মনুংগী মীওই খুদিংমক্লা থনবিরম্মী। ছাত্রশিংনসু ওজাগী ইমুং মনুংবু মথোয়গী ময়ুম্মককুম খঞ্জরম্মী। অসিগুম্বা মরী অসি খৃঃ ১৯৩২-৩৩ ফাওবদি কজনা চথরম্মী। খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ অম্বাইদগীদি মুলদা প্রাইভেট ওজা থম্বগী নিয়ম অসি লাকখ্রে; ওজাগী য়ুমদা লেকপা ইকাইনয়কথি। চীংদদি অসিগুম্ব ওজা অমসুং ছাত্রগী মরক্তা লৈবা মরী অসি পৃথিবীগী ২বা লাজাউ ফাওব লৈনথি। খৃঃ ১৯৩৮-৩৯ দগীদি এল পি স্কুলগী মুংখিল টিউটোরিয়েল ক্লাশ লমনয়কথি।

## স্কুল শং অমসুং ওজাগী লৈমন য়ুম।

ইম্ফাল এরিয়াদা লৈব স্কুলশং অমসুং লৈরব য়ুম মথৌ

সরকারনা শাই অমস্তুং শেগই। লরাই-থরাই অমস্তুং চীংমুং-মাকুংশিংদা খুঙ্গানা থবকশিং অসি পায়থংখি। খৃঃ ১৯১৩-১৪ দা পোথাং বেগার লোথোকখিবদগী লরাই-থরাইগী থবকশিং অসি সরকারনা লৌশিনখি। অহুবু চীংমুংদি উখরুল, চুড়াচান্দপুর তমেংলোংনচিংব হেড কাটার ওইরিব মফমশিং অসি নত্তনা অতৈ মফমদদি খুঙ্গানা স্কুলশং অমস্তুং ওজাগী লৈনব য়ুম শাবিখি অমস্তুং শেম্বিখি। চীংমীশিংনা থবক অসি চথবিখিবগী মরম লৈরম্মী। মথক্তস্তু পঙ্গথরে চীংগী স্কুল অয়াম্ব মরা চেৎলমদে। স্কুল লিংখৎলকপদগী চহি ২/৩ দং ফজনা চথরম্লগা অঙাং লৈত্তনা মুথরকপনা অয়াম্বনি। মরম অহুনা স্কুল লোথোকপা নত্তনা সরকারগী উপায় অতৈ লৈরমদে। স্কুল হোংব খুদিংগী স্কুল শং অমস্তুং ওজাগী য়ুম শাব তারবদি সরকারগী শেল য়াম্না চংবা ভাই। মসি চীংগী ইচিন ইনাওশিংনা খঙবদগী সরকারগী মথক্তা করিগুম্বা পেন্দবা অমতা লৈখিদে। চীংমুংগী য়াম্না ফজব অমনা স্কুলশং অমস্তুং ওজাগী লৈনব য়ুম শাবদা নত্তনা অনৌবা ওজা অমা হাপ্লকপা মতমদা মাগী ভলব ফংত্রিগথৈ খুঙ্গানা চান থরুবা পীবি। অসগুম্ব নিয়ম অস ২বা পৃথিবীগী লাঙ্গাও ফাওব চথখি। জাৎ ভিন্ন-তিন্নদব নাইদনা কনাগুম্ব অমনা চীংমুংদা ওজা ওইনা লৈব তারবদি মানা লৈরুরিবা খুনগী নামুংবনচিংব খুঙ্গাগী রুহি ঙাকপা অসি ঙসি ফাওব চথরি। তশেংনমক ওজা হায়রবসিবু স্কুল লৈরিবা খুনগী মী অমনি হায়না চীংমীশিংনা লৌই।

মতাং চাদে হায়না রারৌবিগনু। কলম পায়জরিব ঐ অসি ইংলোক ১৯২৯ দা চীংগী ওজা অমা ওইনা চৎচরই। ঐহাক লাক্লিবা ওজাগী য়ুম অহু খুনগী মপান্দা হান্না শাহুনা লৈরম্লে।

নিয়ম অসি মৈতৈ ওজা অমগীদমক্তদি য়াম্না চুম্নবনি। তৌইগুম্বনুং ঐওোন্দদি য়াম্না কায়না থোকপ্রে। ঐগী অহল লমনশিংনা নুনা তৌবিহনা ঐবু মপাল থোকহন্দনব "কৈ লাক্রে" হায়ব রাহৈ অসি তোইনা তোইনা পনবি। কৈ হায়বত্থু মশক খঙজবস্থু ওইরম্মে, অদুবু "কৈ" হেক পনবদা অকিব অমদি চুত্থনা লৈপ্রে। কনা চাউজরব মতম্নি, ঐহাক ওজা ওইব লাকচরবনি। অদুবু চীজা কৈ লৈগল্লি হায়ব রাখন্দগী কৈ কিবগী লাইমন কাংপ্রে; ঐহাক অহিং তুম্ব ঙমথিদ্রে। মতম অসিদা ডন্কান, এস ডি ও অসি ঐনা লৈরিব খুল অদুদা টোর লাকপিথি। ঐগী কৈ কিবগী রাখল অদুনা হেনমনখিবদগী সাহেব অসিদা ঐহাক অহিংদা ইতোম্বজা খুনগী মপান্দা তুম্বা কি হায়না রাকৎচখি। সাহেব অসিনা ঐবু মুন্না ওহাক য়েংবিরগা খুনগী গামবুড়াশিংদা ঐগী য়ুমদা মী ১/১ লেকহল্লু নত্রগা মাগী য়ুম অদু থুল্লক্কা শাও হায়না হুকুম তৌবিরম্মী। হুকুম অসিগী মতুং ইন্না ঐগী য়ুমদা অহল অমা নিত্তিগী লেকহনখি। সাহেব অসিনা হৌজিক্কী অচৌব সাহেব অমা ওইরম্মবদি ঐবু ইয়ুমদা ইমাগী মনাক্তা কিদনবা তুমিন্নরু হায়না হুকুম পীরমগনি। অঙকপনি! বৃটিশকী শাসন অমস্তুং মপুকচেন!

———

## স্কোল।

খৃঃ ১৯০২-০৩ দা হায়না অহনবা বাঙালা লোনগী মহুত্তা মৈতৈলোন শিনগে হায়রুনা লাইরিক রেজুবদগী অঙাং কাখিদে হায়রব তাকম মথক্তা পঙ্গথ্রে। খৃঃ ১৯০৭ কী মে তাং ১৫ দা মৈথিঙ্গু শ্রীচুড়াচান্দসিংহনা থবক পাররিবিরহুনা দরবারগী প্রেসিডেন্ট ওইবিখি। অদুবারদা মমাংগোনবু এল পি স্কুলদা অহিংলদবনি হায়রব রিজোলুশন ঙাইবিখি। মরম অসিদগী খৃঃ ১৯০৯-১০ দগী হৌনা বাঙ্গালা সাহিত্য বদলবু মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা হৌখি। অসিদা নত্তনা মৈতৈরোলগী অহানব অমসুং অনিসুব লাইরিক লেংব হৌনখি। শ্রীমকরসিংহগী মৈতৈলোনগী অহানব অমসুং শ্রীমুনালসিংহগী অনিসুব লাইরিক থোক্‌কখি। অদুবু অহুম সুবদগী হৌনা মতম শাংনা বাঙালা লোন অদুম চৎখম্মী। মৈতৈরোন্দা হন্দোকপা লাইরিকশিং অদুনা ছাপা কনা লোইরবদা ক্লাশ মথং মথং মৈতৈলোল অহনব হৌনখি। মতুংদা খৃঃ ১৯২৪ দা কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না মৈতৈলোনবু মেট্রিকুলেশন পরীক্ষা কাওব রিকোগ্নাইজ তৌবিখি। খৃঃ ১৯২৪-২৫ দা স্পেলিং কোমিটি অমা শেমখি। কোমিট্টি অসিনা বানালগী রুল অমা তাং ৩০। ৫। ১৯২৫ ইংদা শেমহুনা পুথোকখি। রুল অসিগী মতুং ইনা মৈতৈরোলগী বানাল অসি চৎনখি।

খৃঃ ১৯২৭-২৮ দা ইডুকেশন মেম্বরনা চেয়ারমেন ওইবিহুনা শিক্ষাগী থবক পুবিনবা ষ্টেডিং কোমিটি অমা শেমখি। কোমিটি অসিনা শিক্ষাগী থবক থুদিংমক পায়থৎপিখি।

মথাদা চৌং-তম থায়না চহি থরগী ছাত্র মশীং উচ্চয়ি।

এল পি স্কুলদা ছাত্র মশীং।

| চহি | চৌং | | তম | | অপুনব | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | সুপীমচা | নিপামচা | সুপীমচা | নিপামচা | সুপীমচা |
| ১৯০৮-৯ | ১৯৫ | — | ২৮৬১ | ১৩ | ৩০৫৬ | ১৩ |
| ,, ৯-১০ | ১৪৭ | ২ | ৩৩৮০ | ১১ | ৩৫২৭ | ১৩ |
| ,, ১০-১১ | ১৬৪ | ১ | ৩৯০০ | ২১ | ৪০৬৪ | ২২ |
| ,, ১১-১২ | ১৫৯ | ১ | ৪২৩৯ | ২২ | ৪৩৯৮ | ২৩ |
| ,, ১২-১২ | ১১১ | ৭ | ৩৯২০ | ২৫ | ৪০৩১ | ৩২ |
| ,, ১৩-১৪ | ১৯০ | ৭ | ৩২৫৫ | ৩০ | ৩৫৪৫ | ৩৭ |
| ,, ১৪-১৫ | ১৯০ | ৭ | ৩০৬৯ | ৪৭ | ৩২৫৯ | [illegible] |
| ,, ১৫-১৬ | ৭০ | × | ৩৫৯৮ | ৪৫ | ৩৬৬৮ | ৪৫ |
| ,, ১৬-১৭ | ৪০ | × | ৩৮৫০ | ৩১ | ৩৮৯০ | ৩১ |
| ,, ১৭-১৮ | ২৯ | × | ৩৯২০ | ৪০ | ৩৯৪৯ | ৪০ |
| ,, ১৮-১৯ | ৯৪ | × | ৪৯২২ | ৪১ | ৫০১৬ | ৪১ |
| ,, ১৯-২০ | ৭৯ | × | ৫০৯২ | ৩৯ | ৫১৭১ | [illegible] |
| ,, ২০-২১ | ৪১৬ | × | ৫২২৭ | ২৪ | ৫৬৪৩ | ২৪ |

মথা অসিদগীদি ছাত্রগী মশীং অসি চৌং তম থায়না পীরমদরে; অনিমকী অপুনব ছাত্রমখৈদা মপীরমলে।

| চহি | অপুনব ছাত্র | |
|---|---|---|
| | নিপামচা | সুপীমচা |
| ১৯২১-২২ | ৬০৪৪ | ২৫ |
| ,, ২২-২৩ | ৬২২৯ | ২৫ |

| | | |
|---|---|---|
| „ ২৩-২৪ | ৬২৬০ | ২৩ |
| „ ২৪-২৫ | ৬০১০ | ২১ |
| „ ২৫-২৬ | ৬৪১৩ | ২২ |
| „ ২৬-২৭ | ৭০১২ | ৩৫ |
| „ ২৭-২৮ | ৭২০৫ | ৩৬ |
| „ ২৮-২৯ | ৭৫০৭ | ৩৪ |
| „ ২৯-৩০ | ৬৫২০ | ৫৭ |
| „ ৩০-৩১ | ৬৫৫৯ | ৫৬ |

ছাত্রমশীং অসি খৃঃ ১৯১৫-১৬ তগী থর থর চাং অমদা হেনগৎলকখি। চীংদা কুকি লাল হৌখি। মতুগী কললা হান্না মন্না চেত্তনা লৈরম্লব চীংগী স্কুল অয়াম্ব অমুকা হেন্না ফিবম চাখিদে। মরম অদুনা খৃঃ ১৯১৫-২০ ফাওবগী মনুংদা স্কুল মশীং য়ামদবগী ৱাকম মথক্তা উচ্চত্রে। থাক্লৈশেংনা চীংগী ছাত্রমশীং খঙব ঙমত্রবসু খৃঃ ১৯২০-২১ দদি চীংগী এল পি স্কুল মশীং অসি থর থরদি কপৎলকখি। মরম অদুনা ছাত্রগী মতাংদসু থর থরদি শোক অসিদগীদি য়ামথৎলম্ব তাই

ওজা।

ইউ পি অমসুং এল পি স্কুল খারনা ওজা কংখিত্রে। খৃঃ ১৯২০-২১ ফাওবদি ওজাশিংগী কালিফিকেশন অসি য়াম্না শুপাইনা পীবিরম্মী। মতুগী মথাদনা মওং অমা ওইনা চোমলপ ওইনা পীরম্রে। ওজাশিংগী কালিফিকেশন পীরকপদা নোর্মাল হারনা কা মচা অমা পীজরি। মসি শুপীমচাগী এল পি স্কুলদা ওজা

ওইরবী অহুগী কালিফিকেশননি। M. V. হায়না উচ্চরিবসিনা খৃঃ ১৯১৫-১৬ তা মিডল ভার্ণেকুলার তম্মুনব থাদোকখিবী খৃঃ ১৯১৮-১৯ না পাশ তৌহুনা থোরকখিবী মুপী অহুগী কালিফিকেশননি। মহাক্না হেক থোক্লকপগা হান্নগী নোর্ম্যাল পাশ তৌবী অহুনা ভোকখিবগা মান্নহুনা মিডল ভার্ণেকুলার পাশ তৌরকপীহুবু হাপখিবনি। মথাদা ওজাশিংগী কালিফিকেশন উচ্চরি :—

| চহি | IX | VIII | VII | নোর্ম্যাল | এমভি | ইউপি | এলপি | মৌলবি | সার্টিফিকেট ফংদব | মোট |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯০৯-১০ | X | X | ২ | X | X | ৬০ | ৩৫ | ৩ | ৮ | ১০৮ |
| ,, ১০-১১ | X | ১ | ২ | ১ | X | ৬৫ | ৪৪ | ৬ | ৬ | ১২৫ |
| ,, ১১-১২ | ১ | ১ | ২ | ১ | X | ৮৪ | ৩৫ | ৭ | ১ | ১৩২ |
| ,, ১২-১৩ | ১ | ১ | ২ | ১ | X | ৯৫ | ৩০ | ৭ | ১ | ১৩৮ |
| ,, ১৩-১৪ | ১ | ১ | ৩ | ১ | X | ৯৭ | ৩০ | ৭ | ২ | ১৪২ |
| ,, ১৪-১৫ | ১ | ১ | ৩ | ১ | X | ১০৩ | ২৫ | ৭ | ২ | ১৪৩ |
| ,, ১৫-১৬ | ১ | ১ | ৩ | ১ | X | ১০৬ | ২২ | ৭ | ২ | ১৪৩ |
| ,, ১৬-১৭ | ১ | ৩ | ৩ | ১ | X | ১০৯ | ২২ | ১১ | ২ | ১৫২ |
| ,, ১৭-১৮ | ১ | ৩ | ৩ | ১ | X | ১১২ | ২১ | ১৩ | ২ | ১৫৬ |
| ,, ১৮-১৯ | ১ | ৩ | ৩ | X | ১ | ১১৮ | ১৬ | ১৫ | ২ | ১৫৯ |
| ,, ১৯-২০ | ১ | ৩ | ৩ | X | ১ | ১১৭ | ১৮ | ১৪ | ৪ | ১৬১ |
| ,, ২০-২১ | ১ | ৩ | ৩ | X | ১ | ১১৯ | ১৬ | ১৫ | ৪ | ১৬২ |

মতম অস্থাইদা এল পি পাশ তৌব ওজাশিং অসি ইউ স্কুল পাশ তৌনব য়াম্না কম্না লাক্লরম্মী। মথোরগীদমক্তা ভার্ণেকুলার ইউ পি পরীক্ষা হায়হুনা ভোপ্না থৌরাং তৌবিরম্মী।

| চহি | চীংগীওজা | তমগীওজা | মরোল | লোনকম। |
|---|---|---|---|---|
| ১৯২১-২২ | ২০ | ১৬৬ | ইউ পি পাশ তৌবনা অয়াম্বনি। | |
| ,, ২২-২৩ | ২৮ | ১৬৭ | ,, | |
| ,, ২৩-২৪ | ২৮ | ১৬৯ | ,, | |
| ,, ২৪-২৫ | ২৩ | ১৭০ | মেট্রিক ২ য়াওই অতৈনা ইউপি পাশ তৌবনা অয়াম্বনি। | |
| ,, ২৫-২৬ | ৩৩ | ১৭২ | ,, ১ ,, ,, ,, ,, | |
| ,, ২৬-২৭ | ৪১ | ১৮৪ | ,, ১ ,, ,, ,, ,, | |
| ,, ২৭-২৮ | ৪৮ | ১৮৮ | ,, ২ ,, ,, ,, ,, | |
| ,, ২৮-২৯ | ৪৭ | ১৯১ | ,, ১ ,, ,, ,, ,, | |
| ,, ২৯-৩০ | ৫১ | ১৯১ | ,, ২ ,, ,, ,, ,, | |
| ,, ৩০-৩১ | কংগ্রে | ১৮৮ | ,, ১ মিডল ২২ ইউ পি ১৫৪। | |

## ইউ পি পরিক্ষা

ইউ পি পরীক্ষা অসি মতম অম্বাইদা হায়বদি খৃঃ ১৯২১ রাইদা মখল অহুম থোক্লা লৈরম্মী। (১) জেনেরেল বৃত্তি অমসুং প্রোমোশন পরীক্ষা (২) মণিপুরী ভার্ণেকুলার ইউ পি পরীক্ষা অমসুং (৩) সংস্কৃত ইউ পি পরীক্ষা অসিনি।

(১) জেনেরেল বৃত্তি অমসুং প্রোমোশন পরীক্ষা অসি পাশ তৌদনা মিডল ইংলিশ স্কুলদা মিং চনব য়াদে। পরীক্ষা অসিদা মকোক ওইব অঙাং ৪।৫ দি বৃত্তি পী অমসুং ফ্রি সিপ ২ পী।

(২) মনিপুরী ভার্ণেকুলার ইউ পি পরীক্ষা অসি লাইরিক রায়া তম্বা তমহৌদব ওজাশিংগী পরীক্ষানি। এল পি স্কুল পরীক্ষা পাশতা তৌব ওজানা ইউ পি পরীক্ষা পাশ তৌজনব শীমবিব থৌরাংনি।

৩) সংস্কৃত ইউ পি পরীক্ষা অসি (১) ব্রহ্মপুর সংস্কৃত টোল (২) জন্মস্থান সংস্কৃত টোল অমসুং (৩) খ্বাই সংস্কৃত টোল অহুম অসিগী দমক্তি।

মথাদা পরীক্ষাগী মওং খর উচ্চরি :—

জেনেরেল ইউ পি পরীক্ষা

| চহি | থাবমগীং | পাশ তৌব ডিভিজন | | | অপুনবা |
|---|---|---|---|---|---|
| | | ফার্ষ্ট | সেকেণ্ড | থার্ড | |
| ১৯১০-১১ | ৫৭ | ১৪ | ৮ | ২ | ২৪ |
| ,, ১১-১২ | ৭৮ | ১৯ | ৭ | ৩ | ২৯ |
| ,, ১২-১৩ | ৭২ | ৩৪ | ১০ | ১ | ৪৫ |
| ,, ১৩-১৪ | ৬৪ | ১৯ | ১৪ | ২ | ৩৫ |
| ,, ১৪-১৫ | ৬৬ | ২১ | ৮ | ২ | ৩১ |
| ,, ১৫-১৬ | ৬৭ | ২০ | ১২ | ১ | ৩৩ |
| ,, ১৬-১৭ | ৭৫ | ৩৬ | ৪ | ১ | ৪১ |
| ,, ১৭-১৮ | ৬৮ | ১৮ | ৮ | ১ | ২৭ |
| ,, ১৮-১৯ | ১১১ | ৫৫ | ১৩ | ৩ | ৬১ |
| ,, ১৯-২০ | ৯০ | ৪৩ | ১৪ | ৩ | ৬০ |
| ,, ২০-২১ | ১১১ | ৪৫ | ১৩ | ৩ | ৬১ |

ভার্ণেকুলার ইউ পি পরীক্ষা।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১২-১৩ | ৩০ | ১ | ২ | ৪ | ৭ |
| ,, ১৩-১৪ | ১৭ | ১ | ১ | ১ | ৩ |
| ,, ১৪-১৫ | ১১ | × | × | ২ | ২ |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ,, ১৫-১৬ | ৪ | × | × | × | × |
| ,, ১৬-১৭ | ৯ | × | ৩ | × | ৩ |
| ,, ১৭-১৮ | ৬ | ১ | × | × | ১ |
| ,, ১৮-১৯ | ৭ | ৩ | × | × | ০ |
| ,, ১৯ ২০ | ২ | ১ | × | × | ১ |
| ,, ২০-২১ | ৭ | ৩ | × | × | ৩ |

সংস্কৃত ইউ পি পরীক্ষা

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১৫-১৬ | ১ | × | × | ১ | ১ |
| ,, ১৬-১৭ | ১ | × | × | × | × |
| ,, ১৭ ১৮ | ৩ | ১ | × | × | ১ |
| ,, ১৮-১৯ | ৪ | ৪ | × | × | ৪ |
| ,, ১৯-২০ | ৩ | ৩ | × | × | ৩ |
| ,, ২০-২১ | ৪ | ৪ | × | × | ৪ |

নিম্ন প্রাইমারি পরীক্ষা মথল ২ লৈরম্মী। এল পি স্কুলগী অরোইব পরীক্ষা অমসুং সংস্কৃত নিম্ন প্রাইমারি পরীক্ষা। নিম্ন প্রাইমারি পরীক্ষা অসি পাশ তৌদনা ইউ পি স্কুলদা লাইরিক তম্বা য়াদে। পরীক্ষা অসিদা মকোক থংব অঙাং খরদা বৃত্তি অমসুং ফ্রিসিপ পীরম্মী। সংস্কৃতকী স্কুলদদি ফ্রি ইডুকেশন পীরম্মী।

নিম্ন প্রাইমারি বৃত্তি পরীক্ষা।

| চহি | থাবমখী: | পাশ তৌব ডিভিজন | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| | | ফার্ষ্ট | সেকেণ্ড | থার্ড | অপুনবা |
| ১৯০৯ ১০ | ২,৬ | ৫৮ | ৩৩ | ১৪ | ১০৫ |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ,, ১১-১২ | ২৩৭ | ৭১ | ৬১ | ৭ | ১৩৯ |
| ,, ১২-১৩ | ২৪৭ | ৬৪ | ৩৫ | ২১ | ১২০ |
| ,, ১৩-১৪ | ২৫৬ | ৭৫ | ৪৮ | ২০ | ১৪৩ |
| ,, ১৪-১৫ | ২৪৬ | ৫৭ | ৪৮ | ২৫ | ১৩০ |
| ,, ১৫-১৬ | ২৩১ | ৫৯ | ২৮ | ২২ | ১০৯ |
| ,, ১৬-১৭ | ২৩৭ | ৯২ | ৩৯ | ২০ | ১৫১ |
| ,, ১৭-১৮ | ২১৩ | ৪৮ | ২১ | ৩২ | ১০১ |
| ,, ১৮-১৯ | ২৩৬ | ৯১ | ২৪ | ১৩ | ১২৮ |
| ,, ১৯-২০ | ২৭১ | ৬৩ | ৩৯ | ৩৫ | ১৩৭ |
| ,, ২০-২১ | ২৩৬ | ৯১ | ২৪ | ১৩ | ১২৮ |

সংস্কৃত নিম্নপ্রাইমারি পরীক্ষা।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১৯১৫-১৬ | ৬ | ৩ | × | × | ৩ |
| ,, ১৭ ১৭ | ৭ | ৭ | × | × | ৭ |
| ,, ১৭ ১৮ | ১ | × | × | ১ | ১ |
| ,, ১৮-১৯ | ৭ | ৩ | × | ১ | ৪ |
| ,, ১৯ ২০ | ৭ | ৫ | ২ | × | ৭ |
| ,, ২০-২১ | ৭ | ৩ | × | ১ | ৪ |

খৃঃ ১৯২১—২২ দগীদি পাশ তৌব অভাংশিংগী ডিভিজন থাম্না পীরমজ্রে। চুম্না অঙাং কয়া থাব অমস্তুং পাশ তৌব অচু-মখৈদা পীরম্মে। সংস্কৃত পরীক্ষাগী ফলদি খৃঃ ১৯২১—২২ দগী পীরমজ্রে। মরম অচুম্না সংস্কৃতকী ফল পীজজ্রে।

## প্রাইমারি বৃত্তি পরীক্ষা।

| চহি | উচ্চ প্রাইমারি | | | নিম্ন প্রাইমারি | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | থাবমশীং | | পাশতোব মশীং | থাবমশীং | | পাশতোব মশীং |
| ১৯২১-২২ | ১২০ | — | ৭২ | ৬০১ | -- | ১৬১ |
| ,, ২২-২৩ | ১৫১ | — | ১৩৬ | ২৫৮ | — | ১৬৭ |
| ,, ২৩-২৪ | ১১৪ | — | ৭৬ | ৩:৮ | — | ২১৫ |
| ,, ২৪ ২৫ | ১২৬ | — | ৭৩ | ৩৮০ | — | ২১৭ |
| ,, ২৫-২৬ | ১৩৪ | — | ৯০ | ৩৬৭ | — | ২০৭ |
| ,, ২৬-২৭ | ১৬৬ | -- | ৮৮ | ৩৫৬ | — | ২২৫ |
| ,, ২৭ ২৮ | ১৫৪ | — | ১২৭ | ৩৭৭ | — | ২৪০ |
| ,, ২৮-২৯ | ১৬০ | — | ১০৯ | ৪০৪ | — | ২৫৯ |
| ,, ২৯-৩০ | ১৬০ | — | ১১৩ | ৪৫১ | — | ২৭৪ |
| ,, ৩০-৩১ | ২১০ | — | ১১১ | ৫০৬ | — | ৩৭০ |

মথক্কী পরীক্ষাগী ফল য়েংবদা পাশ ওইব মশীং য়ামখনা উবিপনি। মতম অশাইদা প্রাইমারি সেলেবস অসি হাইকেং লুরম্মী। খুদমগী মশক ওইনা ক্লাশ কোয়দা অঙ্ক নিংথিনা হৈরকব অঙাং অচুদি মেট্রিকুলেশনগী কম্পলসরি অঙ্কদা পংমা ফেল ওই-বরমদে। ইংলিশতম্ব পার্ট্সিং অমসুং কোঞ্জুকেসন নিংথিনা হৈরে তারম্মী। মরম অচুনা পাশ ওইব য়াম্না লুনা থোক্লম্মী। নোব ফনব অঙাংদি পাশ ইত্তো তোরমদে।

## খরচ।

শিক্ষাদা চংব শেল অসি চহি খুদিংগী হেনগৎলকই হায়না

লৌব য়াই। করি করিগুম্ব চহিদা অথোই অহেন নাইনা তৌব খরচদি লাইরিক লৈব স্কুল শং শাব অসিনচিংবসিদনি। ওজাশী তলবতাদ চহি খুদিংগী হেনগৎখি হায়না লৌব য়াই। মখাদা চৎখিব খরচকী মওং খর উচ্চরি :—

শিক্ষাদা ষ্টেটকী চৎখিব খরচ।

| চহি | তলবতা | কেপিটেসনফিদ | গ্রাণ্টতা | ফী'ত্তদা | অতৈ অতৈদা | মোট |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৯০৯-১০ | ১৪,৫৪২ | ৩,০৭৩ | ৩,২৪২ | ২,৪৮৫ | ১,৯৪৭ | ২৫,২৮৯ |
| ,, ১০-১১ | ১৫ ৩৩৯ | ৩,২৬৭ | ৪,৮৭০ | ২,৪৯৪ | ১,৯২০ | ২৭,৮৯০ |
| ,, ১১-১২ | ১৬,৫৯৪ | ৩,৪৩২ | ৫,২৮০ | ২,৪৬৭ | ১,৭০৪ | ২৯,৮৭৭ |
| ,, ১২-.৩ | ১৭,৬৭৩ | ৩,৭৫৯ | ৫,২৫৩ | ৩,২৪০ | ২,৩৭৭ | ৩২,২৯৯ |
| ,, ১৩-১৪ | ১৮,৪৬৮ | ৪,১২৯ | ৫,৫৬৭ | ৩,৪০১ | ৮,৭৮১ | ৪০,৩১৭ |
| ,, ১৪-১৫ | ১৮ ০৩৮ | ৪,২০০ | ৫,৮৮৪ | ৩,৫৭৪ | ১৬,৯৮১ | ৪৮,২৭৭ |
| ,, ১৫-১৬ | ২০,১১১ | ৪,৩৬৬ | ৫,৪৭৫ | ৪,২২৬ | ২,৪১১ | ৩৬,৫৮৯ |
| ,, ১৬-১৭ | ২১,৭৩৯ | ৪,৫৭৪ | ৪,৬০০ | ৫,৭৮৫ | ২.৪৭৯ | ৩৯,১৭৭ |
| ,, ১৭-১৮ | ২২,৭৭৫ | ৪,৭০৬ | ৪,৭১০ | ৬,৬৪৭ | ২,৭০৮ | ৪১,৫৪৬ |
| ,, ১৮-১৯ | ২৩,৪৩৬ | ৪,৭৬৭ | ৫,১৭৮ | ৮,৬২১ | ২,৫৭০ | ৪৪,০৭২ |
| ,, ১৯-২০ | ২৪-০০৯ | ৪,৬৯২ | ৫,২২০ | ৬,৫০৪ | ২,৪৯১ | ৪২,৯১৬ |
| ,, ২০-২১ | ৩৪,২৭৩ | ৪,৭৯৯ | ৭,৬১২ | ৮,৬৫৯ | ৪,৫০৯ | ৪৯,৯৫২ |
| ,, ২১-২২ | ৩১,০৫২ | ৫,৭০৮ | ৫,২২০ | ১০,৬৩৭ | ৪,০১৫ | ৫৫,৯৩৫ |
| ,, ২২-২৩ | ৩২ ৭৮৭ | ৩,৯৯০ | ৫ ৯৩৫ | ৮,৬৮৮ | ৪,৮৮৯ | ৫৬,২৮৯ |
| ,, ২৩-২৪ | ২৬,৫১৮ | ৪,০০০ | ৭,৬৫০ | ৯.৭১৫ | ১,৪৮৭ | ৪৯,৩৭০ |
| ,, ২৪-২৫ | ২৭,১৪৫ | ৩,৯৮৫ | ৭,৮০০ | ৮,৭৮৯ | ১,৪৯৬ | ৪৯,২১৫ |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ,, ২৫-২৬ | ২৭.৭৫১ | ৫,৪৯৭ | ৭,৮০০ | ৬,৬২৬ | ২,১৮০ | ৪৮,৮[illegible] |
| ,, ২৬-২৭ | ২৮,১০৪ | ৪,৫০০ | ৭,৮০০ | ৫,৫৩৪ | ১,৩৯৯ | ৪৭,৩২১ |
| ,, ২৭-২৮ | ৩২,২৫০ | ১,১৪১ | ৭,৮০০ | ৬,৬৭৪ | ১,৩৬০ | ৪৯.৫২৮ |
| ,, ২৮-২৯ | ৩৪,১০৭ | ৪,২০৩ | ৭,৮০০ | ৭,৭২৮ | ১,২২২ | ৫২,০৬০ |
| ,, ২৯-৩০ | ৩৪,৭০৭ | ৪,২০৩ | ৭,৮০০ | ৭.৭২৮ | ১,২২২ | ৫৫,৬৬০ |
| ,, ৩০-৩১ | ৪১,০৯২ | × | ৭,৮০০ | ৯,৪৫০ | ২,৬৫২ | ৫৪,৯৯৪ |

মথক্তা তলব হায়রিবসি সরকারগী স্কুলদা লৈব ওজা শিংগী তলব তাক্তনি। গ্রান্ট হায়বসিনা জোনটৌন অমসুং বেজলী স্কুলশিং পীথিব গ্রান্টকী শেনি। কেপিটেশন ফি হায়বসিনা কলেজ অমসুং বিশ্ববিদ্যালয়দা অতাং লাইরিক তম্মুব অমসুং পরীক্ষা থাহনবগী সরকারনা পীথিব শেনি। মসি ১৯৩০—৩১ দদি পীথিদ্রে। বৃত্তিগী শেল অসি মপান্দা হাইয়ার ইডুকেশন তম্ব অতাংশিংদা পীথিব শেল কাওব য়াওরবনি। খৃঃ ১৮৯২-৯৩ দা ষ্টেটনা শিক্ষাদা লুপা ৩৬০ দা তৌইরম্বনি। তৌইগুম্বসুং খৃঃ ১৯৩০—৩১ দদি লুপা ৫৪,৯৯৪ য়ৌরকখি।

---

## মৈদিঙু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহগী অরোইব শরুক হাই স্কুল (খৃঃ ১৯৩১—৪১)

খৃষ্টাব্দ ১৯৩১—৪১ গী মনুং অসি প্রজাগী মপুরিংদা কয়া তৌরগা মচা মনুগী মচৈ তম্ব তমপদগে হায়বসি তাক্তা মতাইখি। ইং পি স্কুল হেক লাম্হোকপদা তরিংতোই লৈতব হায়বসি য়াম্না

চাউরব সমস্যা অমা ওইরম্মী। জোনষ্টোন হাই ইংলিশ স্কুলদা মতিক চাব কা লৈরমদে। ইউ পি বৃত্তি পরীক্ষাদা কার্স্ট ডিভিজন্দা অমসুং সেকেণ্ড ডিভিজন্দ রাংবা পাশ তৌরকপা অঙাংমখৈদা জোনষ্টোন্দা লৌশিনখি লেমহৌব অঙাংশিংগী তমকম লৈতবনা রাম্না রানখি মরম অসিদগী পুক্চেল চাউব কয়ানা মখোয়না কুদোক্লকখি। শ্রীনিংথৌজম ডাক্তর লৈরেন সিংহ, শ্রীনোংমৈ কাম্নম গোপাল মুহরি সিংহ, শ্রীচৌরজিৎ সিংহ, শ্রীদামোদর সিংহ অমসুং শ্রীতোলচৌ সিংহ শী'থানব য়াব মীওইশিংনি। শ্রীশিং অসিনা অঙাংশিংগী তমকম লৈতনমখৈ কোক্কব থৌরাং তৌবিখি। খুঙ্গং লমদমদদি অহানব চহি থরদি থোইনা অয়াব লৈখিদে। মতুংদা খুঙ্গংগী লমদমদা অসিগুম্ব খুদোংচাদব অাস থোক্লকপা মতমদা খুঙ্গংগী পুকচেল চাওব কয়া চোংথোংক্লকখি। অস্তুম তৌম থাংজ পুজত্তুনা সরকার অমসুং প্রজানা এন ই অমসুং হাই স্কুল মথং মথং লিংখৎপা হৌখি।

ইমফাল্দা খৃঃ ১৯৩০—৩১ দা মণিপুর ইনষ্টিটিউসন হায়না কৌব প্রাইভেট হাই স্কুল অমা লিংখৎখি। স্কুল অসি কলিকাতা ইউনিভরসিটিনা খৃঃ ১৯৩১—৩২ দা প্রোভিজনেল রিকোগ্নিসন পীখি। ষ্টেট সরকারনা স্কুল অসিদা য়াম্না উৎসাহ পীখি। ক্লাশ খুদিংদা ৫০% পী চাংদা চীংক্ষচাগীদমক তমকম থাকমি হায়বসি স্কুল কোমিটি অমসুং ষ্টেট সরকারগী মতুংদা লৌখি। মতুংগী কল ওইনা তমগী বজেটগী লুপা ১,২০০ অমসুং চীংগী বজেটগী লুপা ১,২০০ পুম্বা লুপা ২,৪০০ ষ্টেট সরকারনা স্কুল অসিদা গ্রান্ট ওইনা খৃঃ ১৯৩২—৩৩ দা পীখি। মতুংদা চহিদা স্কুল

অসি মৈদিঙু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহগী মিংদা চুড়াচান্দ হাই স্কুল হায়না থোনখি। মৈদিঙুনা লম পীরুনা স্কুল শং শাখিখি। ষ্টেট সরকারনা স্কুল অসিদা ৫০% গী চাংদা চীংমচাগীদমক মফম থাকুনা থম্বিরবস্থ অঙাং মশীং স্থনা তাম্বরদবনা ২৫% গী চাংদা হুম্বহনখি অমস্থং গ্রান্টস্থ লুপা ২০০/২০০ হুম্বহন্দুনা খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দদি পুন্না লুপা ২০০০ চহি অমগী গ্রান্ট পীখি। চুড়াচান্দ হাই স্কুল অসিনা মণিপুরগী ২বা নিপামচাগী হাই স্কুলনি। মসিনা এজেন্ত হাই স্কুল অমা ওইরকপসি খৃঃ ১৯৩২-৩৩ দগীনি।

৩বা হাই স্কুল অমা উরিপোক্তা খৃঃ ১৯৩২-৩৩দা প্রজানা প্রাইভেট ওইনা লিংখৎচখি। মসিবু ইয়েন্স (নংগী) হাই স্কুল হায়না থোনখি। স্কুল অসিগী মামং অসি উবিরগা মসি কয়া রানা নংনা হোৌপচ্চরকপনো হায়ব খঙবিগনি। কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়দা খৃঃ ১৯৩৩-৩৪দা রেজিষ্টার তৌখি। খৃঃ ১৯৩৬ ৩৭ তা মহারাজ কুমারী তাম্বীস্না দেবীগী মিং থোনখি অমস্থং মসিগী বিলডিংস্থ ইবেমাগী ফগুনা শাখিখি। ষ্টেট সরকারনা কুম অসিদা থাগী গ্রান্ট ওইন. লুপা ১০০ পীখি। মসিনা মণিপুরগী ৩বা হাই স্কুলনি।

খৃঃ ১৯৩৪-৩৫দা বেঙ্গলী এম ই স্কুল ক্লাশ VII হাংদুনা হাই স্কুলগী থাক্তা পুখৎখি। মসিদা চহি খুদিংগী ক্লাশ অমমম হাপকত্তুনা মপুং ফাব হাই স্কুল অমা ওইখি। মসিনা মণিপুরগী মস্থংদা ৪বা হাই স্কুলনি।

খৃঃ ১৯৩৪-৩৫ মণিপুর গার্লস হাই স্কুল হায়দুনা প্রাইভেট স্কুল অমা লিংখৎলকখি। অতোপ্পা হুপী মচাগী প্রাইভেট হাই

স্কুল অমসু খৃঃ ১৯৩৫ গী মে থাদা লিংখৎ'খ। অকোনবগী প্রাইভেট হাই স্কুল অসি মৈ'দঙ্না মজা ইবেমা তম্ফাসনাগী মিং থোন্দুনা পুরৈরোম খোংনাংখোংদা স্কুলশং শাবিখি। ষ্টেট দরবারনা স্কুল অসিদা থাগী গ্রান্ট ইন এড ওইনা লুপা ১০০ পীবিখি। অহানবগী সুপীমচাগী হাই স্কুল অহু অনৌব স্কুল খসিনা গ্রান্ট ফংলকপা মতম অম্বাইদা অহুম মুংখ্রে। মৈ'দিঙ্না মরোইব মাহিপ তাল্লম-লাইদা ষ্টেট অসিদা মথাগী হাই স্কুলশিং অসি লৈখি :—

| নিপা'মচাগী | সুপীমচাগী |
|---|---|
| ১। জোনষ্টোন হাই স্কুল। | ১। তম্ফাসনা হাই স্কুল। |
| ২। চুড়াচান্দ হাই স্কুল। | |
| ৩। তোম্বীসনা হাই স্কুল | |
| ৪। বেজলী হাই স্কুল। | |

---

# মিডল স্কুল।

চীংগী লমদমদা খৃঃ ১৯৩২ দা ওলড চুড়াচান্দপুরদা মিসনগী এম ই স্কুল অমা লিংখৎখি। মসিদা নোংচুপ সবডিভিজনগী মসুংদা লৈব খৃষ্টান ধর্মরোমদা মমার লৈশিনব অঙাং অয়াম্ব তমখি। হোষ্টেল লৈব মরম্না ছাত্রশিংনা খুদোংচাবা য়াম্না ফংজখি। চুড়া-চান্দপুর সবডিভিজনগী লাইরিক লাইগু হৈখ্রিব অয়াম্বদি মিসন এম ই স্কুল অসিগী চাথোক্না অয়াম্বনি। সদর এরিয়াদা লৈব কাংপোকপী এম বি মিসনগী এম ই অসিহু খৃঃ ১৯৩১-৩১ কাংলুপগী

মন্থুংদা য়াম্না কিবম ফগংখি। সদর অমস্তুং উখ্রুল লমগী লাইরিক হৈব অরাম্ব স্কুল অসিগী চাথোক্লি। খৃঃ ১৯৩৯ দ'দি উখ্রুল ইউ পি স্কুল অসি এম ই গী থাক্তা থাঙ্গৎখি।

তমদা লেডি আরল গারলস এম ভি স্কুল অহুম চংথখি। থোইনা ফগংপগী মওংস্তু উখিদে, কৎচিন্নক্তবগী খুদমস্তু লৈখিদে। খৃঃ ১৯৩৪-৩৫ দা নরসিংহ অমস্তুং রামলালপাল এম ই স্কুল ২ লিংখৎখি। নরসিংহ এম ই অসি লোকলাউবুংদা লৈরম্মী। স্কুল অসি র'জকুমার থম্বাল'ম্না সিংহনা নরসিংহ মহারাজগী নিংশিংনব ওইনা লিংখৎখিবনি। ভৌইগুম্বস্তুং অরাবনি! স্কুল অসি খৃঃ ১৯৩৯ দা মুংখিরম্মী। রামলাল পাল এম ই স্কুল শ্রীচৌরজিৎ সিংহ অমস্তুং শ্রীদামোদোর সিংহ মচিন মনাও অসিনা মথোয়গী অপোকপগী মিংদা লিংখৎখিবনি। স্কুল অসি মথং মথং চাউখৎলকখি। খৃঃ ১৯৩৫-৩৬ তা কৈজা এম ই মাদ্রাসা লিংখৎখি। মসি মীয়ুথোং ময়াদা লৈরম্মী। মরু ওইনা মৈতৈ পাঙলমচাশিংগী ওইনা লিংখৎখিবনি।

খৃঃ ১৯৩৭-৩৮ দা নম্বোল বাজারগী বোর্ড মেম্বরশিংনা এম ই স্কুল অমা লিংখৎখি। কুম অসিদা শ্রীতোলচৌসিংহনা কাক্চিং পুর পোলিটেক্নিক এম ই স্কুল কাক্চিংপুর হায়রবদি লংথবা'দা লিংখৎখি। শ্রীযুৎ মহারাজ চুড়াচান্দ সিংহ কে সি এস আই, সি বি ই না সংস্কার থাদোক পীরমদাই খৃঃ ১৯৪১ দা লৈখিব স্কুলশিংগী মমিং মথাদা ইজরি :—

| চৌং | তম |
|---|---|
| ১। কাঙপোকপী মিসন এম ই স্কুল। | ১। লেডি আরল গারলস এম ভি |
| ২। চূড়াচান্দপুর „ „ „ „ । | ২। রামলাল পাল এম ই স্কুল। |

৩। উখ্রুল গোবর্ণমেন্ট এম ই স্কুল ৩ কৈতা এম ই স্কুল।
৪। নম্বোল এম ই স্কুল।
৫। কাক্চিপুর পোলিটেক্নিক এম ই স্কুল।

## ইউ পি স্কুল।

খৃঃ ১৯৩১-৩২ দসু মোইরাংখোম ইউ পি স্কুল, থাংমৈবন্দ ইউ পি স্কুল অমসুং চিংঙা ইউ পি স্কুল ৩ অসি তমদা য়াম্না ফজনা চথখি। চীংদা মাও ইউ পি স্কুল অমসুং উখ্রুল ইউ পি স্কুল ২ সি লৈরম্মী। মাও ইউ পি পি স্কুল অসি খৃ ১৯২৮-২৯ দা লিংখৎখিবনি অদুগা উখ্রুল ইউ পি স্কুলনা হেক থংনব চহিহুদনি। অদুবু খৃঃ ১৯৩২-৩৩ দদি অঙাং খজিক্ত মঙাইখিরম্মী; চংলিব খরচন হেল্লম্মী। মরম অদুন কুম অসিদা স্কুল ২ মক মুথস্তুনা ইম্ফাল এরিয়াগী চিঙাদা চিংঙা হিল ইউ পি অমসুং এল পি তিরব স্কুল অমা চীংমচাগীদমক লিং-খৎখি। হায়রা ইম্ফাল এরিয়াগী স্কুল অত্তেদা তমহুনা লৈরবা চীং মচা পুরবক লোইনা স্কুল অসিদা হোংজিলহনখি। তৌইতবসুং উখ্রুলগী প্রজাশিংনা মখোয়গী মচাসুবু মিসন ইউ পি স্কুলদা থাজিদে হায়জররুবদা স্টেটকী ইউ পি স্কুল অমা অমুক খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা লিংখৎখি। মসি খৃঃ ১৯৩৯ দদি মিডল স্কুল ওইখি। খৃঃ ১৯৩৪-৩৫ দা চুপীমচাগী ইউ পি স্কুল অমা শগোলবন্দদা প্রজানা লিংখৎখি। কুম অনিমক্তদা সরকারনা গ্রান্ট পীখি। অমেংবো অমসুং থানলোন্দা ইউ পি স্কুল ১/১ খৃঃ ১৯৩৮-৩৯ দা লিংখি।

মরম অসিনা খৃঃ ১৯৪১ গী নবেম্বর থাদা মৈদিঙ শ্রীচুড়াচান্দসিংহনা অয়োইব য়াহিপ ভাষিরমদা হৈদা মথাগী ইউ পি স্কুলশিং অসি লৈখি:—

| চীং | তম |
|---|---|
| ১। চিংঙা হিল ইউ পি স্কুল | ১। মোইরাংখোম ইউ পি স্কুল। |
| ২। তমেংলোং ইউ পি স্কুল। | ২। থাংমৈহন্দ ,, ,, ,, । |
| ৩। থানলোন ইউ পি স্কুল। | ৩। চিংঙা ,, ,, ,, । |
| | ৫। সগোলবন্দ গায়লস ,, ,, ,, । |

## এল পি স্কুল

খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা এল পি মাত্রাসা ১ হাপচিন্দুনা তমদা মাত্রাসা ১০ সুখি অমসুং চীংদসু নৌনা এল পি স্কুল ৪ লিংখৎলক্নুনা এল পি স্কুল ৪৭ সুখি।

খৃঃ ১৯৩২-৩৩—কুম অসিদা মুপীমচাগী এল পি স্কুল ২ লিংখত্নুনা ষ্টেট অসিদা মুপীমচাগী এল পি স্কুল ৩ তুখি। কুম অসিদা চীংদা এল পি স্কুল ৮ অমুক হাপচিন্দুনা চীংগী এল পি স্কুল ৫৫ সুখি।

খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা তমদা এল পি স্কুল অমত্তা হাপচিনখিদ্রে। চীংদসু অনোব স্কুল হাপচিনবগী মহুত্তা এল পি স্কুল ৩ লোৎখোক্নুনা স্কুল ৫২ দা ডাইখি। এল পি স্কুল ৫২ অসি ডিভিজন ৩-থোক্না জাতিগী মতুং ইন্না পীজরি:—

| সদর | উখ্রুল | তমেংলোং |
|---|---|---|
| কাং পুক্ষব (চিংঙা হিল) ১ | তাংখুল ৭ | কাং পুক্ষব (তমেংলোং) ১ |
| কোবে — ১ | কুকি ১ | কুকি — ৮ |

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| কুকি | — | ২ | মরিং | ১ | কবুই | — | ৩ |
| মাও | — | ১২ | আনাল | ২ | কাচ্চা নাগা | – | ২ |
| মারাম | — | ১১ | | | | | |
| অপুনব | — | ২৭ | — | ১১ | | — | ১৪ |

এল পি স্কুলগী অভ্রাংশিংগী মরক্তা ৭৮ থক খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা থাগী লুঃ ২ গী চাংদা বৃত্তি ফংলম্মী। মথোয় অহুগী মনুংদা কুকি মচা ২৯, তাংখুল মচা ২০ অমসুং অতৈ জাৎনা পুল্লগা ২৯ ওইরম্মী। খৃঃ ১৯৩৪-৩৫ – কুম অসিদা ভমদা লৈব নিপামচাগী এল পি স্কুল ১ মুথৎলগা নুপীমচাগী এল পি স্কুল অমা লিংখত্তুনা নুপীমচাগী এল পি স্কুল অসি ৪ সুথি।

আমেরিকান বেপটিস মিসন অমসুং নোর্থ ইষ্ট ইণ্ডিয়া জেনেরেল মিসনগী এল পি স্কুল কয়ামুকসু লৈরম্মী। মথোয় অহু য়াওরগা খৃঃ ১৯৩৬-৩৭ তা ষ্টেট অসিদা পুম্না প্রাইমারি (এল পি + ইউ পি) স্কুল ২১৭ লৈথি। অহুম চহি খুদিংগী স্কুল থর থর হাপচিল্লক্তুনা খৃঃ ১৯৪১—৪২ দদি ভমদা এল পি স্কুল ৮৮ অমসুং চীংদনা এল পি স্কুল ৬১ পুম্না ষ্টেট অসিদা এল পি স্কুল ১৪৯ অমসুং ইউ পি স্কুল ৮ লৈথি। কুম অসিদা মিসন স্কুলগী মশীং হুহ্রকথি। আমেরিকান বেপটিস মিসন অমসুং নোর্থ ইষ্ট ইণ্ডিয়া জেনেরেল মিসন অনিগী স্কুল মশীং পুল্লগা ১০০ গী মথাদা লৈরম্মী।

খৃঃ ১৯৩৯-৪০ দগী ১৯৪২-৪৩ ফাওবগী ষ্টেট অসিগী এডমিনিষ্ট্রেশন রিপোর্ট ফোংখিদ্রে। পৃথিবীগী ২ বা লাঞ্জাউদা জাপান্না হেক য়াওখিবদগী ষ্টেট অসিনু য়াম্না ইরাং লাংখি। মরম অহুনা খৃঃ ১৯৩৯-৪৩ ফাওবগী রিপোর্ট লোইশিনবা ওমখিদে। উথুল

ইউ পি স্কুলনা এম ই স্কুলগী থাক য়ৌখি হায়রবসিনা শ্রীখাখিনা খৃঃ ১৯৩৯ দা উখ্রুল এম ই স্কুলগী হেড মাষ্টার ওইরম্বদগী কিংস কোমিসন চৎখিবসিদা থঙব ওন্মী। মহাক্না চৎলমদাইদা ছিল টিচরস এসোসিযেসননা মাবু লম্বুঙ্গাইন হোষ্টেলদা কেয়ারওয়েল তৌখি। মতম অছুদা লেক্ষক ওইরিব ইশামক্না জেনেরেল সেক্রেটরি ওইজহৌবদা উখ্রুল ইউ পি স্কুল অসি এম ই স্কুল থাক য়ৌব্রে হায়রবসি খঙজহৌদুনা ইজকরুবভনি। খৃঃ ১৯৪৫-৪৬ তা কোংব এডমিনিষ্ট্রেশন রিপোর্টতা লান মমাংদা লৈরম্বা স্কুল অমুক হন্না হাংলকপগী রাকমদগী লান মমাং হায়বদি খৃঃ ১৯৪২-৪৩ দা লৈরম্ব স্কুলনি হায়না লৌজরুবভনি। শিক্ষাগী ইতিহাসতা মরুওইব থৌদোক থর চহি ১২/১৩ অসিগী মনুংদা থোকখি। মথং মথং মথাদা পজরি :—

১। মৈতৈরোল খৃঃ ১৯২৪ দা কলিকাতা ইউনিভরসিটিনা মেট্রিকুলেশন কাওব রিকোগ্নাইজ তৌবিখিবছু খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা আই এ কাওব রিকোগ্নাইজ তৌবিরকখি।

২। খৃঃ ১৯৩২-৩৪ দা এল পি স্কুলদা ক্লাশ টু দগী ইংলিশ তম্ব হৌহনখি।

৩। খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা উখ্রুল সবডিভিজনগী ইপা-ইপলশিংবো স্কুল তম্বনা লৌউ-শিংউবগী থবক্তা মথোরগী মচামস্নুশিং করিমত্তা হৈদ্রে, চরা হেল্লকপা তারে হায়দুনা কনামতা স্কুল কাহনখিদ্রে। সবডিভিজন অসিগী এস ডি ও সাহেবনা লমদম অসিগীদমক্তা তোপ্পা লৌউবগী বিষয় অমা করিকুলম শেম্বদা হাপচিনখি।

৪। খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা মণিপুরদা মেট্রিকুলেশন পরীক্ষাগী কেন্দ্র ইহ'ম চ'দ্না হ'ংখি।

৫। খৃঃ ১৯৩২-৩৩ দা প্রাইমারি স্কুল ওজা পুন্নমক্কী অপুনব কোনফরেন্স অমা শেমদুনা মদুদা রচনানচিংব ইনদুনা পানখি। অমুক্কা শিক্ষা চাউখৎনবা চহি অদুদা কোনফরেন্স ৩ লক ক্ষমখি।

## হাই স্কুল।

মথক্তা হাই স্কুল খরগী চাউরাকপা মরোল খর দি পঞ্জখরে। মখোয়গী মুগাইব মরম খরদং মথাদা ইংগ্রি:—

জোনষ্টোন হাই স্কুল— খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা জোনষ্টোন হাই স্কুল অসিদা অঙাং ৩২৫ তম্লম্মী। মখোয়গী মমুংদা ২৮৪ না মৈতৈমচানি, ৭ না মৈতৈ পাঙল মচানি, ১৮ না চীং মচানি অমসুং ১৬ না মন্নাং মচানি। মৈতৈ ১৩ গা বাঙ্গালী ২ গা ওজা ওইরম্মী। ওজা ১৫ অসিগী মমুংদা কলিকাতা ইউনিভরসিটিগী গ্রেজুয়েট ৩, এফ এ পাস তৌদুনা বি এ পরীক্ষা থাগদৌব অমা, আইএ ১, মেট্রিক ৬, সংস্কৃত ২ অমসুং ননমেট্রিক ১ ওইরম্মী।

জোনষ্টোন হাই স্কুল খৃঃ ১৯২৭ কী এপ্রিল থাদগী হৌনা থাগী লুপা ৫০ গী চাংদা চহি ৫ গীদমক ভারত গোবর্ণমেন্টদগী গ্রান্ট ফংলম্মী অমসুং আসাম গোবর্ণমেন্টদগীসু থাগী লুপা ৫০ গী চাংদা গ্রান্ট ওইনা ফংলম্মী। খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা হায়রিবা গ্রান্টশিং অমসুং অঙাংশিংদগী লাকপা ফিগী মথক্তা মণিপুর সরকারনা লুপা ৭,৩৮০ খরচ তৌরম্মী।

মণিপুর ইনষ্টিটিউসন— খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা হাই স্কুল অসিদা ছাত্র ২২৯ তম্লম্মী। বাঙ্গালী ৩ গা মৈতৈ ৭ কা ওজা ওইরম্মী। ওজা ১০ অসিগী মনুংদা বি এ ৩, আই এ ২ অমসুং মেট্রিক ৫ ওইরম্মী। কুম অসিদা হাই স্কুল অসি ষ্টেটকী গ্রাণ্ট ফংলমম্রি।

বেঙ্গলী এম ই স্কুল ম'স অহানবদা বেঙ্গলী অমসুং ময়াং মচা অতৈশিংগী দমক্তা লিংখৎপ্রবসু মরৈখৎদদি মৈতৈ মচা ময়ামসু তম্লখি। খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা স্কুল অসি ছাত্র ১৭০ তমখি। মখোয় অহুগী মনুংদা ৯২ না মৈতৈ মচানি, ৮ না মৈতৈ পাঙলনি, ১ না চীংমীনি, ৩৬ না বাঙ্গালীনি, ১৮ না গুর্খানি ৮ না হিন্দুস্থানিনি, ৪ না পঞ্জাবিনি, ২ না আসামীনি অমসুং ১ না কাছাড়ীনি। স্কুল অসিনা ভারত সরকারদগী লুপা ৩০, ষ্টেট সরকারদগী লুপা ৬০, অমসুং ইম্ফাল টাউন ফণ্ডদগী লুপা ২০ থাগী গ্রাণ্ট ওইনা পুম্না লুপা ১১০ ফংলম্মী।

## প্রাইমারি ইডুকেশন

১৯৩১—৩২।

তম— ইম্ফাল এরিয়াদা মোইরাংখোম, থাংমৈবন্দ অমসুং চিঙ্গা ইউ পি স্কুল ৩ লৈখি। কুম অসিদা পুম্না ছাত্র ৩৬১ লৈখি। ক্লাশ থ্রিগী ছাত্র ১ দা শিকি অমা অমসুং ক্লাশ ফোরগী ছাত্র ১ দনা শিকি পৈশা মরি ছায়বদি পৈশা ৩১ টিউসন ফি ওইনা থা খুদিংগী লৌরম্মী। স্কোলারসিপ ফংব ছাত্রদগী ফি লৌরমদে। লাইব্রেরি ফব থরদসু ফ্রিসিপ পীরম্মী।

কুম অসিদা তমদা এল পি ৮৩ লৈরম্মী। মখোয় অহু মথাগী এরিয়া ৩ অসিদা চাইথোক্লা লৈরম্মী।

১। ইম্ফাল এরিয়াদা এল পি স্কুল ১৯।
২। জিরিবাম " " " " ৫।
৩। থুঙ্গং " " " " ৫৯।

মখোয় অসি নওনা মাদ্রাসা ১০, সংস্কৃত টোল ৩ অমসুং মুপীমচাগী এল পি স্কুল অমত্র লৈরম্মী। মখোয় এল পি স্কুল ৮৩ অসিদা পুন্না নিপামচা ৭,৫২৮ অমসুং মুপীমচা ৪৫ লৈরম্মী, ওজা ১৯৭ থম্মী। ওজাশিং অত্তুগী গুণাগুণ পীজরি।

১। মেট্রিক ওজা ১।
২। মিডল ইংলিশ/ভার্ণেকুলার স্কুল সার্টিফিকেট পায়ব — ৩৪
৩। ইউ পি স্কুল সার্টিফিকেট পায়ব — ১৩৪
৪। এল পি স্কুল " " — ৩০

মোট ১৯৮

মখোয় অসিগী মনুংদা ১৬৪ না মৈতৈ, ৩১ না মৈতৈ পাঙল অমসুং ৩ না অতৈ জাতি ওইরম্মী। চীংগী শিক্ষা অসি ২বা পৃথিবীগী লাণ্ডাউ ফাওবদি য়াম্না অকা অকুম নাইখি। মথক্তসু পঙ্খরে চীংগী অহল লমনশিংনা মচা মসুবু মহৈ চানব মহৈ তম হনবিখিদে। স্কুল লিংখৎলগা চহি ১/২ দং থরায় য়াওবিরম্মী। মতুংদদি অণ্ডাং কাবিরক্তুনা স্কুল অত্তু হেক্কা মুৎথৎখি।

মাও ইউ পি অমসুং উখ্রুল ইউ পি স্কুল ২ মক ছাত্র য়াম্মন্দ-দবগী খৃঃ ১৯৩১-৩২ দদি মুৎথৎপা তাখি। ইম্ফাল এরিয়াগী চিংডা মনাক্তা চীং মচাগী এল পি অমসুং ইউ পি স্কুল পুনব অমা শাখি। খৃঃ ১৯৩২-৩৩ দদি চীংগী ইউ পি স্কুল ১মক মুৎথৎলগা হায়রিবা চিংডা ইউ পি স্কুল অসি হৌখি। মতুংগী চহিদা উখ্রুলগী

প্রজাশিংনা ইউ পি স্কুল অমুক হন্না পীয়ু হায়জমনবদগী চহিত্তুদা হায়বদি খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ তুদা অমুক হন্না স্কুল হাংখি। খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা চীংগী লমদমদা এল পি স্কুল ৪৭ তি সুরুম্মী হায়ববু পুন্না ছাত্র ১,০৪০ দা মগাইরম্মী। স্কুল ৪৭ অসিগী মনুংদা স্কুল ৪০ দি চাংদা স্কুল ১ গী অগাং ১৫ রোমদা মগাইরম্মী। স্টেট সরকারনা চীং মচাবু হৈংগীংবদগী চীং-তমগী মনুংদা লেগুদনা লৈব য়াই হায়না লৌব য়াব স্কুল খরদা তম্ব ছাত্রশিংদা বৃত্তি পীখি। খুদমগী মশক ওইনা খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা বৃত্তি পীখিব স্কুল খরগী মমিংগা কোম্লনা চীংগী ছাত্র মশীং পীজরি :—

| স্কুল | বৃত্তি পীব ছাত্র | থা ১গী লুপা | চহিত্তুদা তিংখিব লুপা |
|---|---|---|---|
| ১। মেডিকেল স্কুল | | | |
| ডিব্রুগড় | ২ | ৭০ | ৮৪০ |
| ২। জোনস্টোন হাইস্কুল | ১২ | ৪ | ৫৭৬ |
| ৩। মোইরাংখোম ইউ পি | ৩০ | ৪ | ১৪৪০ |
| ৪। উখ্রুল ইউ পি | ৫ | ৪ | ২৪০ |
| ৫। মাও ইউ পি | ৫ | ৪ | ২৪০ |
| ৬। শিংজমৈ (পেটিগ্রু) এল পি | ৪১ | ৩ | ১,৪৭৬ |
| ৭। চুড়াচান্দপুর | ,, ,, ১৫ | ৩ | ৫৪০ |
| ৮। চোথে | ,, ,, ৩ | ৩ | ১০৮ |
| ৯। শেকমাই | ,, ,, ৩ | ৩ | ১০৯ |
| ১০। জমেংলোং | ,, ,, ১৫ | ৩ | ৫৪০ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১১। উখ্রুল | ,, ,, | ১০ | ৩ | ৩৬০ |
| ১২। ম'ও | ,, ,, | ১০ | ৩ | ৩৬০ |
| | মোট | ১৫১ | | ৬,৮২৮ |

চাংগী শিক্ষা অসি খৃষ্টান মিসন্না য়াম্না চাউব শরুক য়াহনা পুখৎখিরম্মী। আমেরিকান বেপ্টিষ্ট মিসন্না খৃষ্টান চৎপ চত্তব নাইদনা খুল অয়াম্বদা স্কুল লিংখৎখি। খৃষ্টান ধর্ম্ম চত্তব খুন্দদি ধর্ম্মগী পাউতক স্কুলদা তম্বিদে। য়াম্না কোইথোকপ মওংদা ধর্ম্মরোমদা পুশিল্লকপা য়ানব শাহ্নে শীজিন্নরম্মী। খুঙ্গাগা মরী লৈনবীদমক মিসনরিশংনা চাংগী মফম অয়াম্বদা স্কুল লিংবদা হায়লেংখিদে।

খা নোংচুপলোমদা নোর্থ ইষ্ট জেনেরেল মিসন্না চীংগী ইচিনইনাওশিংগী মফমদা শিক্ষা শন্দোক্লকখি। মখোয়সু শিক্ষা শন্দোকপদা খৃষ্টান্নি অমসুং খৃষ্টান নত্তবান হয়বা খোঙনা য়েংশিন্দে। মখোয়গী পতসু ফম্ব চল্লবদি হিপ্পা চল্লকনি হায়বা রাখল অসোমদা লৈরম্মী। মখোয়না মৈতৈরোলবু খৃঃ ১৯৩১-৩২ ফাওব স্কুলদা তম্বিহনখিদে; লুশাই লোল তমহনখি। মরম অতুনা মণিপুর ষ্টেট দরবারনা হন্ন হন্না মণিপুরগী মফমদা মণিপুরী তমগদবনি; লুশাইলোল তম্বিরোইদবনি হায়না মিসনরিশিংদা খওহনখি। মতুঙ্গদা অমসুং মতম শাংনা তন্নরকপনা চুড়াচান্দপুর এরিয়াদা মৈতৈরোল তমহন্নব হোৎনবদা মতম য়াম্না কুইনা চংখি। মখাদা খৃষ্টান মিসনরিগী স্কুল খর পীজরি। মখোয় অসি খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা লৈখিবনি।

| মিসনগী মমিং | এম ই স্কুল | ইউ পি স্কুল | এলপি স্কুল | অপুনব |
|---|---|---|---|---|
| আমেরিকান বেপ্টিষ্ট | ১ | ৬ | ৫১ | ৫৮ |
| এন ই আই জি | ১ | X | ২৩ | ২৫ |

এন, ই, আই, জিগী এল পি স্কুল ২৩ গী ময়ুংদা ১ দি মুপী-মচাগী স্কুল ওইরম্মী। মখোয় অসি নত্তনা বাইবল স্কুল অমম্ব ওলড চুড়াচান্দপুরদা লৈরম্মী। আমেরিকান বেপ্টিষ্টকী এল পি স্কুল ৫১ গী ময়ুংদা ২৭ তি অহিংদা তম্ব স্কুল ওইরম্মী

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ছাত্র—আমেরিকান বেপ্টিষ্ট | এম ই স্কুলদা | নিপামচা | ৭২ | মুপীমচা | ৪৩ |
| ,, ,, | ইউ পি ,, | ,, | ১১৫ | ,, | ৪৬ |
| ,, ,, | এল পি ,, | ,, | ৪০২ | ,, | ১৮৮ |
| মোট | | নিপামচা | ৫৮৯ | মুপীমচা | ২৭৭ |

| | | | |
|---|---|---|---|
| এন ই আই জি | এম ই স্কুলদা | অঙাং | ৬০ |
| ,, ,, ,, ,, | এল পি ,, | ,, | ৪১২ |
| ,, ,, ,, ,, | বাইবল ,, | ,, | ২৩ |
| মোট | | অঙাং | ৪৯৫ |

অঙাং ৪৯৫ সিগী ময়ুংদা নিপামচা ৪৬০ অমসুং মুপীমচা ৩৫ ওইরম্মী।

ওজা অমসুং খরচ।

আমেরিকান বেপ্টিষ্ট মিসনগী স্কুল অয়াম্বদা ষ্টেট সরকারগী করিকুলম মতুং ইন্না তম্লরম্মী। মরম অদুনা হায়রিবা মিসন অসিদা ষ্টেটনা গ্রাণ্ট পীখিরম্মী। এন ই আই জি মিসন্দদি অসিগুম্বা খুদোং চাবসি ষ্টেটনা লাম্থোকখিদে।

আমেরিকান বেপ্টিষ্ট মিসন স্কুলদা নিপা ওজা ৫০ গা মুপী ওজা ৪ গা লৈরম্মী। খরচনা লুপা ৬,৭৬৫ ওইরম্মী। মসিগী

মঙ্গুংদা ষ্টেটনা লুপা ১৩০৬ মতেং পীখি। এন ই আই জি মিসন স্কুলদা ওজা ২৭ কা ইনস্পেক্টর ১ গা লৈরম্মী। লুপা ৮৯০০ থক স্কুলশিং অছুদা খচর তৌখি। কুম অসিদা হায়বদি খৃঃ ১৯৩১ ৩২ সিদা মিসনগী খরচনা ছাত্র ৩ থক শিলোং গোবর্ণমেণ্ট হাই স্কুলদা লাইরিক তমহনখি।

ষ্টেটকী স্কুল অসি কয়া য়্রম্মী, ওজা কয়া কয়া লৈরম্মী, ছাত্র মশীংনা কয়া য়াম্লম্মী অসিনচি'ব চহি খরগী শয়গ্গা ষ্টেটিষ্টিক্স মখাদা উচ্চরি:—

হাই স্কুল।

| চহি | স্কুল মশীং | ছাত্র মশীং | ওজা মশীং |
|---|---|---|---|
| খৃঃ ১৯৩১-৩২ | ২ | ৫৫৪ | ২৫ |
| ,, ,, ৩২-৩৩ | ২ | ৫৬৭ | ২৬ |
| ,, ,, ৩৩-৩৪ | ২ | ৫৬৫ | ২৭ |
| ,, ,, ৩৪-৩৫ | ৩ | ৭৭০ | ৩৭ |

খৃঃ ১৯৩৪-৩৫ দা মণিপুর গারলস হাই স্কুল অমসুং ইরোর হাই স্কুলগী ম'মং মখৈদং কুম অসিগী এডমিনিষ্ট্রেশন রিপোর্টতা হৌবিরম্মী তৌইগুম্বসুং মরোল অতৈদি লোনবিরমদ্রে।

মিডল স্কুল।

| চহি | তমদা | | চীংদা মিসন স্কুল | অপুনব |
|---|---|---|---|---|
| | নিপামচা | নুপীমচা | | |
| ১৯৩১-৩২ | ১ | ১ | ২ | ৪ |
| ,, ৩২ ৩৩ | ১ | ১ | ২ | ৪ |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ,, ৩৩-৩৪ | ১ | ১ | ২ | ৪ |
| ,, ৩৪-৩৫ | ২ | ১ | ২ | ৫ |
| ,, ৩৫-৩৬ | ৩ | ১ | ২ | ৬ |

খৃ: ১৯৩৪-৩৫ দা বেঙ্গলী এম ই স্কুল অসি ক্লাশ VII হাংদুনা হাই স্কুলগী থাকতা হাইগৎখি। মরম অদুনা তমদা কুম অসিদা এম ই স্কুল লৈকম থোক্লবনি। অদুবু নরসিংহ অমসুং রামলাল পাল এম ই স্কুল ২ লিংখৎপদগী তমগী এম ই স্কুল লিংখৎলকপনা নিপাসি এম ই স্কুল ৩ সুখি। মুপীমচাগী মিডল ইংলিশ স্কুল উচ্চরিবসি লেডি আরলস পারল মিডল ভার্ণেকুলার স্কুল অদুবুনি। চীংগী মিসন এম ই স্কুল ২ উচ্চরিবসি কাংপোকপী মিসন এম ই স্কুলগা চুড়াচান্দপুর মিসন এম ই স্কুলগনি।

## ইউ পি স্কুল।

| চহি | চীং | | তম | অপুনব |
|---|---|---|---|---|
| | সরকার | মিসন | সরকার | |
| ১৯৩১-৩২ | ২ | ৬ | ৩ | ১১ |
| ,, ৩২-৩৩ | ১ | ১ | ৩ | ৫ |
| ,, ৩৩-৩৪ | ২ | ১ | ৩ | ৬ |
| ,, ৩৪-৩৫ | ২ | ১ | ৪ | ৭ |

খৃঃ ১৯৩১-৩২ দা চীংগী ইউ পি স্কুল ২ উচ্চরিবসিগী মমুংদা অমনা উখ্রুল ইউ পি স্কুলনি অমসুং অতোপ্পা অমদুনা মাও ইউ পি স্কুলনি। অনি অসি খৃঃ ১৯৩২-৩৩ দা মুৎথৎলগা চিংডা হিল ইউ পি স্কুল লিংখিবনা কুম অসিদা ইউ পি স্কুল অমতা মউচ্চরে।

খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা অমুক হন্না উখ্রুলদা ইউ পি স্কুল ১ লিংখৎলক্কুম্না ১ স্থখিবনি। খৃ. ১৯৩৪-৩৫ দা তমদা ইউ পি স্কুল ৪ উচ্চরিবসি ১বনা মোইরাংখোম নিপামচাগী ইউ পি স্কুলনি; ২বনা থাংমৈবন্দ নিপামচাগী ইউ পি স্কুলনি; ৩বনা নিপামচাগী চিংঙা ইউ পি স্কুলনি অমসুং ৪বনা মুপীমচাগী শগোলবন্দ এডেড ইউ পি স্কুলনি। শগোলবন্দ ইউ পি স্কুল অসি খৃঃ ১৯৩৪ ৩৫ সিদা লিংখৎখিবনি অমসুং গ্রাণ্টসু কুম অসিদা ফংখবনি।

এল পি স্কুল।

| চহি | চীং | | তম | | অপুনব |
|---|---|---|---|---|---|
| | ষ্টেট — | মিসন | নিপামচা | মুপীমচা | |
| ১৯৩১-৩২ | ৪৭ | ৭৪ | ৮২ | ৯ | ২১২ |
| ,, ৩২-৩৩ | ৫৫ | ৫৮ | ৮২ | ৯ | ২ ৪ |
| ,, ৩৩ ৩৪ | ৫২ | ৪৫ | ৮২ | ৯ | ১৮৮ |
| ,, ৩৪-৩৫ | ৬২ | ৪৪ | ৮১ | ৯ | ১৯৬ |
| ,, ৩৫-২৬ | ৬২ | ৫৮ | ৮১ | ৯ | ২১০ |

পরীক্ষা।

হাইস্কুলগী পরিক্ষা ফল য়াম্না ফজরম্মী। মেট্রিকুলেসন পরীক্ষাগী সেন্টর অসি খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা ইম্ফালদা হাংখি। কুম অসিদা চূড়াচান্দ হাইস্কুলগী ইহান হানব মেট্রিকুলেসন পরীক্ষাসু পীখি।

### মেট্রিকুলেশন পরীক্ষা।

| চহি | স্কুল | থাব মশীং | পাশ তৌব মশীং | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | I | II | III | অপুনব। |
| ১৯৩১-৩২ | জোনষ্টোন | ৩৭ | ১৯ | ১০ | ৩ | ৩২ |
| ,, ৩২-৩৩ | জোনষ্টোন | ৩৩ | ১৫ | ১৭ | ২ | ৩১ |
| ,, ৩৩-৩৪ | জোনষ্টোন | ৩৯ | ১১ | ১৫ | ২ | ২৮ |
| | চুড়াচান্দ | ৫ | | | | ৪ |
| ,, ৩৪-৩৫ | জোনষ্টোন | ৩৪ | ১৩ | ৯ | ১ | ২৩ |
| | চুড়াচান্দ | ১২ | | | | ৮ |

### ষ্টেট প্রাইমারি স্কুল পরীক্ষা।

| চহি | থাব মশীং | | পাশ তৌব মশীং | |
|---|---|---|---|---|
| | ইউ পি— | এল পি | ইউ পি— | এল পি |
| ১৯৩১-৩২ | ২৩৮ | ৫৮৯ | ১৬৭ | ৪২৬ |
| ,, ৩২-৩৩ | ২৪১ | ৮৩৩ | ১৬১ | ৪৯১ |
| ,, ৩৩-৩৪ | ২৩১ | ৭১৭ | ১০৬ | ৩২৮ |
| ,, ৩৪-৩৫ | ২৪৩ | ৮৫৩ | ৯৯ | ৩৩৬ |

খঃ ১৯৩৩-৩৭ গী এল পি পরীক্ষাদা ইংলিশ য়াওবনা পরীক্ষা. থাব অঙাং মশীং হন্থখি। কুম অসিদা চীংঙা হিল ইউ পি অমস্যুং এল পি স্কুল অপুনবগী চীংমচা ২না হায়রিব পরীক্ষা অসিদা মকোক মথাং ঙনিগী মফম লেপখি। মতম অদুগী পি এম এস ডি অমস্যুং মৈদিঙু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহ অনিনা অঙাং অনিদুবু য়াম্না থাগৎপীদুনা চীংমচাগী শিক্ষা থৌগৎপীখি।

## সংস্কৃত পরীক্ষা।

| চহি | থাব মশীং | পাশ তৌব মশীং |
|---|---|---|
| ১৯৩৩-৩৪ | শাস্ত্রী ২ | ২ |
| | আসাম সংস্কৃত ১২ | ১২ |
| ,, ৩৪-৩৫ | আসাম সংস্কৃত ১৩ | ১৩ |

মতম অদুদা গৌরধর্ম্মগী শ্রীচেঙ্গ য়াম্না কল্লম্বনা সংস্কৃত অসি য়াম্না থরায় য়াওনা লাক্লরম্মী। মরম অদুনা সংস্কৃতকী পরীক্ষা ফল য়াম্না ফজরম্মী।

## খরচ।

স্কুল মশীং হেনগৎলকপগী মতিক শিক্ষাদা চৎপা খরচসু হেনগৎলকখি। মখাদা চহি খরগী শিক্ষাদা ষ্টেটনা তৌখিবা খরচ উচ্চরি।

| চহি | ১৯৩১-৩২ | ১৯৩২-৩৩ | ১৯৩৩-৩৪ | ১৯৩৪-৩৫ |
|---|---|---|---|---|
| তলব | ৩৫,৭৪২ | ৩৫,৫৮৯ | ৪১,৬৯৬ | ৪৭,৭৬৮ |
| হাইস্কুল গ্রাণ্ট | ৭,৮০০ | ৭,৬৪০ | ৬,৩৯৭ | × |
| এল পি স্কুল গ্রাণ্ট | × | ৪২০ | ৪২০ | × |
| বৃত্তি | ৮,৯৮৭ | ৮,১০৯ | ৬,০১৮ | × |
| লাইব্রিক, চেংদা | ৩১৬ | × | × | × |
| ফর্নিচর | ২৯৩ | × | × | × |
| অতৈ অতৈদা | ১,৯৬৭ | ৪,২২৬ | ৯,৯৯৩ | ২০,৮৭৮ |
| মোট | ৫৫,১০৫ | ৫৫,৯৮৪ | ৬৮,৫১৪ | ৬৮,৬২৬ |

খৃঃ ১৯৩২-৩৩ দা শগোলবন্দদা চুপীমচাগী এল পি স্কুল অমা লিংখৎখি অমসুং থাগী গ্রাণ্ট লুপা ২০ পীখি। কুম অসিদা কৈথেল মানবী এল পি স্কুলদসু থাগী লুপা ১৫ গ্রাণ্ট পীখি। খৃঃ ১৯৩৩-৩৪ দা বৃত্তিদা হায়া লুপা ৮,০৯ ওইরম্বদগী লুপা ৬,০১৮ দা হুশ্খিবসি বৃত্তি পীবদা মশীং হুম্থিবা নত্তে চহিগী বজেট শেম্বদা ওজাগী তলব নত্তনা অতৈদি অতৈ অতৈ হায়না লৌরম্মী। মসিগী নিয়ম অসি ভমদসু মতম অতুগী পি এম এস ডি G P. STEWART সাহেবনা খৃ ১৯৩৪-৩৫ দগী হৌনা চৎহনখি। মরম অতুন হেন্দোক হেঞ্জিন নাইনা আইটেম থম্নদা উবতনি। অপুনব থংচতদি চহি খুদিংগী হেনগৎলকখি।

## মণিপুরগী অরাব মতাং

শ্রীচুড়াচান্দ মহারাজগী লোইরমদাই পুন্সিদা অইংব থোইনা লৈখিদে। লৈবাক্কী ঈরাং কয়া থোক্লকপদগী এডমিনিষ্ট্রেশন রিপোর্ট য়েনা খৃঃ ১৯৩৯ দগী ১৯৪৩ ফাওব ফোংব ভুমখিদে। করম্ব মথলগী ঈরাংনো অমসু ঈরাংশিং অতুন শিক্ষাগী থবক্তা করি করি অপনবা পীখিবগে হায়বতু মখাদা শয়প্পা উচ্চরি:—

খৃষ্টাব্দ ১৯৩৯ গী জান্নুওয়ারি থাদা মনিপুরগী কাচিন কোয়া য়েনা "মৈতৈ পুয়ানগী মতুং হম্না খৃঃ ১৯৩৯ দগী ৪২ ফাওবগী চহি ৩ অসি মণিপুরগী য়াম্না লুব মতাংনি" হায়ব ভোকণ্ডা অমা কম্না শন্দোক্লকখি। চহি অহুম অসিদি ঈশ্বরগী নাম শোন্দুনা লেন-গদবনি হায়রবাস মীপুম খুদিংনা য়াম্না কম্না ভাংনখি। মতম অসিদা মীপুম খুদংমক অরা পিকম তৈগনি, ধর্ম্ম কায়রকনি, থৌতু মুং

তাউরকনি অসিনচিংব রারোল কয়া ডাংনবঙনা মীপুম খুদিংগী শিক্ষা ওইনখি। প্রজা অয়াম্ব মুংনাংমখি। তোকডাগী মনুংদা অচুম্ব থরদি ময়াওই হায়নবছু লৈবাক অসিদদি হাইকেং চুম্বদোনা থোকখি।

কলদা ফৌ তরুগা অতফপা চেং মীরৈবাক্তা থাদোকখিবনা মণিপুরদা চেং তাংহনবনি হায়না লৌহুনা মুপীশিংগী অচৌব অন্দোলন অমা খৃ: ১৯৩৯-৪০ দা থোক্লকখি। খাইরম্বন্দ কৈথেল পুম্লেপ লেপখি। মুপীমথৈনা হৌহুনা ময়াংশিংনা ফৌ তরুব কল পাল্লিবহু থুদেকনি হায়হুনা হায়গৎলকখি। মতম অহুমক্তদা পোলিটিকেল এজেন্ট সাহেবনা মরাম লাক্লে হায়ব পাউ হেক ফংবদা হান্না মতোম্মতা থোক্লগা মুপীশিংহুবু খাইরম্বন্দ কৈথেল ময়ায়দা ঙকখি মুপী ময়াম্না কল থুদেকনীংবগী রাকম খঙলবদা মানা লুচিংহুনা কল লেকম থুদিংদা চংমিন্নখি অমসুং পান্দুনা লৈরম্লব ফিট খুদিংমক লোথোক্লগা কলগী মচাক অতৈদি ইলেকট্রিক য়াওবনিনা মী চিংশিন্দুনা শীব য়াই হায়না খঙহল্লগা মহাজনগী মপোৎসু মাঙহনখিদে অমসুং প্রজাশিংগী মপুকসু পোলহনখি। অসিগুম্ব মাগী শাসন অসিবু মী অয়াম্বনা থাগৎনখি। মমৈ থংদা অন্দোলন অহু নেমখিহুনা খৃঃ ১৯৪০ গী ফেব্রুওয়ারি থাদা অমুক হন্না খাইরম্বন্দ কৈথেল কাপি। অহুবু ইথঙ খঙদহৌনা মৈদিঙু শ্রীচুড়াচান্দ সিংহ মাহকচাং ঊরকখি। ফিবম ফৎশিল্লক্তহুনা খৃঃ ১৯৪১ গী সেপ্টেম্বর থাদা শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা লেংশনখি। অরাবনি! মণি-পুরগী শিক্ষাগী হীহোনব ওইনা লৈবরম্লবা শ্রীযুৎ চুড়াচান্দ সিংহ কে সি এস আই, সি ব ই, শ্রীকুণ্ডসেবা বিনোদ ইকুই কুইদনা চহিহুগী নবেম্বর থাদা তীর্থ মফম অসিদা অরোইব রাহিপ তাবিখি।

অমুক হেক থংনব থাহুদা হায়বদি ডিসেম্বর থাদা জাপান্না ব্রহ্মা-রোমদা লৈবাক মথং মথং দৌশিল্লক্তুনা চংশিল্লকখি। মণিপুরগী মীওই খুদিংমক মিপাইনখি।

ইম্ফাল হুমিদাং মৈ মুংগ্রে। অহুগী মথক্তা খৃঃ ১৯৪১-৪২ গী কৌথোক য়াম্না থোকহন্নীংবব্ ওন্ন-তৈনবগুম থোকগ্রে। তাঙ্গা অসিদা বৃটিশ সরকারনা পলেন্দগী তমু তাবা লম্বী অ'স য়াম্না কন্না শেম্বা হৌরকখি।

খৃ: ১৯৪২ গী জানুওয়ারি থাদগীদি ব্রহ্মাদগী লানগী মীচেল অসি তমু ফাওহুনা মণিপুররোমদা মশীং নাইদনা ফুজিল্লকখি। কুম অসিগী মেগী তাং ১০ ফাওবদা মণিপুর লান্দুনা চংখিবা লানগী মীচেল অসি লাখ ২ রোম হুখি। মৈদিঙু শ্রীবুধচন্দ্রসিংহ অমসুং মহারাণীনা মীচেল কয়াবু পীজ পীথক্তুনা ওমজব অতিথি সেবা কৎপিখি। কোইরেংগৈদা মীচেনশিংগী থুংকম শেমহুনা ডিমাপুর তাল্লা থিনবিনবা গোবর্ণমেণ্টনা থবক পায়খৎপিখি। তৌইগুম্বসুং মীচেলগী মীশিংনা জর জর হেনগৎলকপদগী মথোয়বু থাদোকপা ওমশিল্লক্তে। মরম অহুনা কাছাড় লম্বীরোমদা থারদোকখিনবা বিষ্ণুপুরদা অচৌব কেম্প অমা শাখি। কাছাড় লম্বীগী মরক মরক্তা পরাউ কয়া শান্নুনা মীচেলশিংগী মক্তেং পা'নব থৌরাং তৌখি।

মীচেলশিং অৎনা তমু য়ৌশিল্লক্লবদা চীংমীশিংনা মথোয়গী মপোৎ মচৈ পুবিখি। মথোয়গী মীশীংনা য়াম্মনখিবদগী কুলি কংব রানরক্রে। মরম অহুনা কুলিগী নোংমগী অনোম্মল অসি থাক য়াম্না হাই-গৎলকখি। কৈ লৈব মফমদা হুমিৎ তাপল্লি হায়বহু অচুম্ব ওইনা

থোকখি। চীংমীগী মতেং অমুক য়াম্না কান্নরব মত। অসিদা মীচেল-শিংগী মনুংদা কপেরা নানরক্কুনা ভমুদা পোং পুথোক পুশিল তৌবিরিব চীংমী অয়াম্ব নাব হৌরক্লে। চীংমীশিংনা লাঈনা অসি কিবদগী মী অমত। লাকপিখিদ্রে অমসুং লম্বী শেম্বদসু কনা অমত। য়াওবিরদ্রে। মীচেলশিং অহুনা চত্তবদি য়াদবনিনা য়াম্না রানাঃ চীংলম্বীদা মতুমচা পুড়না মখোঙনা চৎখি। রাবনা হে গুলমল্লক-পদগী কনাগুম্বনা মীওইবগী গুণ থাদোক্লরক্কুনা নৌরিব মচা ফাওব লম্বীদা হুপ্পেক্লরম্ব য়াওখি। অসিগুম্ব খুদোংখিবসি অমুক থোকহনবিয়ু হায়না ঈশ্বরদা অউব মথৈনা প্রার্থনা ভৌনখি।

হৌখিব চহিগী চাথোক্লগা য়ামখিদবনে অহুগা। চেনশিল্লকপা মীচেলগী মীশীংনা মপাল নাইরঙ্গবনে চিঙ্গাকী মমল জর জর হেনগৎলকখি। ফৌ মন্দা লুপা ২ দগী শিকি তাবদা পীরম্বহুনা লুপা ১০ য়ৌশিল্লকখি। ইম্ফান্দা আটা, ময়দা, হরাই-চেংরাই, চিনিনচিংব ইফং ফংনখিদ্রে। অমুম্বা অতাং পাম্বা অসিদা খৃঃ ১৯৪২ গী মে তাং ১০ অমসুং ১৬ তা জাপান্না ইম্ফালদা বোম থাদখি। অহানব বোম থাদবহুদা আসাম রাইফলগী মনিংথংব পরেং অসি শোকখি। মী ১০০ রোম শীখি অমসুং অশোক অপল কয়ামকুম য়াওখি। মীচেলগী মশীংনা অয়াম্ববনি; স্টেট অসিগী প্রজাদি থরদনি। ২বা বোম থাদখিবহুনা রেসিডেন্সি হায়বদি চিফ কমিসনারগী লৈফম, খ্বাইরম্বল কৈথেল, স্টেট জেল অম্বাইসি শোকখি। চিফ কমিসনারগী বাঙ্গালা মমাংথংব শরুক অসি থর শোকখি অমসুং বোম অমনা জেলখানাগী মমাংথোঙ অহু থুগাইখি।

১ব বোম থাদব মুমিৎ অতুদগী হৌনা সরকারগী থবক তৌব তৌদব নাইদনা ইম্ফালগী প্রজা অয়াম লরাই-থরাইদা চেন্নখি। পোৎ লাকপা অমসুং হুরানব মী নংনা কনাসু ইম্ফাল্দা লৈখিদ্রে। জেন্দ অরাক্ষম তাত্তনা লৈরব ফাদোকশিংবু মখোয়বু য়েংবিনবা কনা লৈখিদরনা মপী মাঙংব শন্নাটগুমদ্রে; হাহাকার লাউনদ্রে মখোয়বু পীক-শীথকপিরম্ব মপা-মমা শরুব বাডরশিং অতুনা হন্না ফাওবা য়েংবিরদনা হুণ্ডকপীরম্বগীদমক মপুক নুংশিখি। ফাদোকশিং অতু জেল খনাবু বিদায় তৌরম্লগা হবব তারতুনা য়াম্না নিংজিং মাং-জিংননা হন্না হন্না খাংজ্রং লাইরেম্বীবু থুরুম্লম্লগা ময়ুম লমদম তম্নখি। ইম্ফাল কনা লৈখিদ্রে ধুম্লাক পানশিবগুমদ্রে। লাইবক থিবদি ইম্ফাল্দা বোম তাব মতম খসদা পি এম এস ডি সপ সাহেব এসিষ্টেণ্ট পোলিটিকেল এজেণ্ট ডস্কান সাহেবকা লোইননা উখ্রুল ব্লাংমরোমদা জেনেরেল ষ্টিল ওয়েল ( still well ) সাহেবপু ওকপা চৎখিরম্মী। মৈদিঙু শ্রীবোধচন্দ্রসিংহসু লংফৈ লেংথোকপীরম্মী। লৈবাক পুবিরিব অনিসিনা লেঙদনা ইম্ফাল্দা লৈশিরম্লব্দ মপুং অমা তারম্বসু য়াবনি। জাপান্না তানখায়রকপা মীচেন, জাপানগী এরোপ্লেন, ব্রাহ্মারোমদগী চেম্পেক্ররকপা সিপাই অসিনসিংবসি নত্তনা বৃটিশকী থৌরাং অমতা উশিল্লক্তবত্তুদা প্রজা অমতা মিপাইগনা লৈথোকপা ওমখিদে।

মমৈ থংদা লৈবাকপুবা অনিনা হল্লিনবিরক্লবদা সরকারগী থবক তৌবশিংসু লোয়না হল্লিলক্তুনা মথৌ পায়নদ্রে। তৌইগুম্বসুং থবক তৌবশিংগী ইমুং-মনুংনদি লরাই-থরাইদা লৈনখিব মরম্না ছুটি থারগা মখোয়গী ইমুং মনুংনা লৈরিবা লরাই-থরাইদা হনব তাখি। প্রজা

মীচমশিংনা মরক মরক্তা লাক্কুনা ময়ুম মকৈ য়েংনখি। অসুম তৌনরিবৈদা বৃটিশ অমস্তু' মখোয়গী মীচংশিংগী খোংমী লাম্মী, দ্রাইভর, লম্বী শেম্ব, ডাক্তর অসিনচিংব লানগী মীশক অসি মশীং নাইদনা চংশিল্লক্কুনা ইম্ফালগী প্রজাশিংনা হুঞ্জেল্লম্লব য়ুমকৈ পুম্নমক্তা চঙহনা লৈথোকখ্রে। মরম অদুনা ইম্ফালগী প্রজাশিংনা ময়ুমদা হঞ্জিল্লীংলবসু হঞ্জিনবা যাদনা লরাই-থরাইদা লৈনব তাখি। ইম্ফাল এরিযাদা নত্তনা চীংমাল অমসুং খুঙ্গংগী শরুক খরদসু লানগী মী চাক্তনা খুবক হাদনা লৈশিনখি। কৌউ-শিংউবগী থবক নিংথিনা চথব যাখ্রে। মরম অদনা চিঞ্জাক আসি য়াম্ন' তাংশিল্লকখি তৌংগুম্বসুং পিক্লব মেতৌ অসিনা চিঞ্জাক তাংলে। মতম সদা খৃঃ ১৯৪২ গী অক্টোবর থাদগী খৃঃ ১৯৪৩ গী সেপটেম্বর থ ফাওবদা ইল্লা মনা মশীং মণ ৭৮.০'৪, খানব শীং মণ ৩,১৭,৭৪৪, শঙ্গোম পা গু ৩১,৭৭ ৪২৬, ভা প'উণ্ড ৬.২২ ৩৪৩, আলু মণ ২৬ ৯৬৩, য়েরুম ১,৩১ ৯৪০, উটৈ মণ ১০,৯৯১ মৈত'ল মণ ১১.৫৩৫ অমসুং ভান্নু য়েল ৮২ ৩২২ লম্মীদ য়োন'খ।

অসুম তৌনা পোংকী চংফম্মা য়াম্ব অমসুং চাথোক্লা য়াম-শিল্লক্লব মরম্ন' নিংগী শীংজন্নবা পোংকী মমল অসি অঙকপা ফংনা হাইগৎলকখি। চেং মন্দা লুপা ৫০ৎ অমসুং কেরোসিন টিন্দা লুপা ৫০ৎ য়ৌখি। মরম অসিনা জীবিকাগীদমক অঙাংন্নুবি ফাওব মানা মানা ওম্বমথৈ নোম্ব তাখি। মতম অদুদা লাইবক ফবদি থবক্তীদমক্তা থোইনা রারমদে; থবক্লা মী থিবনি; মীনা থবক খিনীংঙাই লৈতনা মরাং কাইনা লৈখি। হৌজিক্কী মতমদনা থবক তৌনিংঙাই লৈতদ্রুনা নংবনি। থবক তৌফম লৈতহনা শেল থোক্লীংঙাই লৈতবদগী পোং ভাঙলকপসিদা রাবনি। মতম অদুদা পোং ভাঙলবসু

শেল হোংবনিনা হৌজিক্নুম্দি য়ারমদে। মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী জীবিকাগীদমক লম্বীথোং খুদিংদা কুলিগী থবক ফাওবা অয়াম্বনা পায়নখি। অসিগুম্ব জীবিকাগী থবক্তা মরু ওইখিবনা মহৈ মশীং তম্বগী য়াথন্দা অয়াম্বনা পুক্নীং চঙব ঙম্মখিদে।

খৃঃ ১৯৪৩ গী এপ্রেল থাগী তাং ২০ অমসুং ২১ দা ইম্ফালদা জাপান্না বোম থাদখি। খুরাইদা উংসব ফংলমদাংগী চরাং চরাং তৌনরিঙৈদা সাইরেন খোংব তাহৌদবদগী বোম থাদরক্কুনা প্রজা ৫০ রোম শোক পনব অমসুং শীব য়াওনখি। মরম অসিনা প্রজাশিংনা মপুক্নিং লৈতানা লৈজব ইয়া য়াখিদে। তৌইগুম্বসু চিঙ্গাকীদমক্তা নোম্ব থাদোকপ য়াদবনা প্রজা খুদিংমক মানা মানা গুম্ব মিলিটরিগী থবক পায়নব নত্রগা ললোন ইতিক তৌনব লাকখি। য়ার বোণ্ডস অমসুং ডিফেন্স সেভিংস সার্টিফিকেট লুপা ২,০০,০০০ গী লৈত্নুনা বৃটিশকী মতেংগ্নু পীজখি।

খৃঃ ১৯৪৪ গী মার্চ্চ তাং ১৬ তা জাপান লাম্মী ডিভিজন ৩ থক হোমলেইন অমসুং থাউংতুটতা চিন্দুইন তুরেল লানশিল্লকখি। ছায়রিব মুমিং অসিমক্তদা ইম্ফান্দা জাপান্না বোম থাদখি। চরোল অমগী মতুংদদি জাপানশিংনা উখ্রুল য়ৌশিল্লকখি। মার্চ্চ তাং ২৭ তা ইম্ফাল য়ৌনা চঙশিনবগী য়াকম অসি জাপানশিংনা শন্দোক্লকখি। মুমিং ২/৩ গী মতুংদা জাপানশিংনা উখ্রুল লম্বীদা ইম্ফান্দগী মাইল ৭ তা লাপ্না লৈব শংবুংগী নোংপোকথংবা চীঙখোঙ য়ৌশিল্লকখি। তৌইগুম্বসুং ২৩ বা ইণ্ডিয়ান ডিভিজন্না মথোয়বু থিংত্নুনা থমখি।

খারোমদা চিন্দুইন তুরেল লাম্থোক্তুনা জাপানশিংনা কবো তম্পাক তমশিল্লকখি। মথোয়না ২০বা ইণ্ডিয়ান ডিভিজনবু পলেল

তান্না তকথোক্লকখি। চিনহিলগী টিডিমদা লৈব ১৭বা ইণ্ডিয়ান ডিভিজনসু খৃ: ১৯৪৪ গী মার্চ্চ তাং ১৩ দা মফম অদু থাদোক্তুনা মণিপুররোমদা হন্দোক্লকখি। লমথাংদা অমুক জাপানগী ৩৩বা ডিভিজন্না লম্বী থিংহুনা থমখি। পাউ অসি হেক ফংবদা মণিপুর তম্পাকলোমদগী ২৩বা ইণ্ডিয়ান ডিভিজন্না মখোয়বু কন্নব চঙশিল-লক্তুনা য়াম্না রানা ১৭বা ইণ্ডিয়ান ডিভিজন অসি তম্পাক তাব ঙমখি।

খৃঃ ১৯৪৪ গী মার্চ্চ তাং ২৬ তা মণিপুরগী তম্পাক মথৈদা করফিউ চলাইখি। কুম অসিগী মার্চ্চ তাং ২৯ দদি জাপানগী ১৫বা ডিভিজন্না ভিমাপুর লম্বী পায়শিল্লক্তুনা ইম্ফাল লৌশিন্নব থৌরাং তৌখি। মার্চ্চ তাং ৩০ দা ইম্ফাল লৌরে হায়না টৌকিওদা ব্রোডকাষ্ট তৌখি। অসুম্না জাপান্না উখ্রুল, শেকমাই পলেল অমসুং মোইরাংরোমদা তকশিল্লকপা অ'সদা চীংয়া তময়া অমসুং চীংগী প্রজা কয়া তম্পাক ময়োন্দা থৈদোকপা তাখি। অসুম্না মিলিটরি মথৈসু তম্পাকলোমদা খর খর পুনশিল্লকপদগী মী য়াম্মন-খিবনা পোৎ-চৈ য়াম্না তাংশিল্লকখি। প্লেয়ার চুরুট উপু ১ দা লুপা ৫/৬ ফাওব য়োনখি। চৎথোক চৎশিল তৌনবগী লম তেন-শিল্লকপা মতুংইন্না ড্রাইভর অমসুং পাইওনিয়ারশিংগী মথৌ থোক্না লৈরকখিদ্রে। মরম অদুনা থবক লৈতবমথৈ প্লেন্দা অমসুং তমেংলোং খোঙলম্বীদা থাদোকখি। অসুম তৌনা থাদোকখিব সিপাই অসি ৫০,০০০ সুখি।

৫বা ইণ্ডিয়ান ডিভিজন্না অ'হং-সুংখিল নাইদনা আরাকান্দগী খুৎসু খুৎলাই এরোপ্লেন্দা হাপ্তুনা পুশিল্লকখি। মতম অসিদা তম্পাক

অদিদা লাম্মী নত্তনা সিপাই অতৈ লৈখিদ্রে। তাজা অসিদা খৃঃ ১৯৪৪ গী এপ্রিল থাগী অহানব চয়োল লোইশিল্লকপদা য়েক্লবনা কংলাতোংবী লৌশিনখি অমস্তুং মাওদগী কংলাতোংবী ফাওবসি জাপানগী মথুত্তা লৈখি। কংলাতোংবীদগী অমুক ইম্ফাল তুরেলগী নোংপোক তেবের্বান নপ্পা লৈরিব চীংশাং হায়বদি মপাও তাংখুলগী চীশাং ইল্লক্কুনা ইম্ফাল য়োৌগদব মাইল ৬/৭ তা ডাইরব কোই-রেংগৈ এরোড্রোম মনাক য়ৌশিল্লকখি।

তেংনৌপন্দা জাপান্না কেম্প শাহ্নুনা মথং মথং পলেন্দা লৈব ২০বা ডিভিজন তমশিল্লক্লবদা পলেল অমস্তুং তেংনৌপলগী মরক্তা লৈব চীংমী মথৈ পুথরক্কুনা চুড়াচান্দ হাই স্কুল, লম্বুলাইন অসিন-চিংব মফমদা লৈহনখি। মোইরাংদা লৈব ব্রিগ্রেড অহু বিষ্ণুপুরদা ইখঙ খঙহৌদনা হোংব তারকপদগী মোইরাং অমস্তুং বিষ্ণুপুরগী মরক্তা লৈব খুল-পুম্নমক ময়ুমদগী মপোংমচৈ করিমত্তা লৌথোকপা নংহৌদনী লোক্তাক মপান্দা চেম্বহুনা খাংনখি। বৃটিশনস্তু গাড়ী লৈখিদবনা মখোয়গী মপোংমচৈ হোন্দোকপীবগী রাখল তৌখিদ্রে। য়েক্লবনা লৈরম্বা পোচ্চে শীজিন্নখিদনব হায়রুনা মমকৈ, উ-রু অরৈব-মথৈ মৈ থাদোকখি।

মেগী অহ্'নব চয়োলদা য়েক্লবনা পলেল অমস্তুং বিষ্ণুপুর লান্দাখি। মুগ্নদা লৈব বৃটিশকী লানবৈ অহুম লেঙদনা অহুম লৈখি। ৩বা চয়োন্দা লাঞ্জাবশিংনা বিষ্ণুপুরদা লৈব ১৭বা ডিভি-জনবু থংমব ইম্ফালদগী মাইল ৯ দং লাপ্পা লৈব বুড়ি বাজারদগী মথা খর চংথরগা লৈব মাইবম লোকপচীংদা লম্বী থিংখি। লম্বীদা

বোম ফুমহৃনা পাড়ী চৎহনখিদে। মায়গৈ অসোমদা চেং য়ায়া ফাং-শিল্লকখি; মন্দা লুপা ৬০, য়ৌরকখি। অতুক য়ায়া তাংলব মতম অসিদা মিলিটরিশিংগী শগোল পীজনীংঙাই ফৌ লৈশিল্লকমদে। মায়গৈ অসোমগী প্রজাশিংনা ফৌ মণ ১০,০০০ পুথোক্তুনা শগোলশিং অতুগী চরা হেন্দনব থৌরাং তৌবিখি।

খৃঃ ১৯৪৪ গী মার্চ থাদা জাপানগী ৩১বা ডিভিজন কোহিমা রোমদা ফুজনখি। লম্বীদা খরসোমদা আসাম রেজিমেন্টকী বাটা-লিয়ন অমতনা মখোয়গী শক্তক খরদং থিংখি। মমৈদা ৩৩বা ইণ্ডিয়ান ফোরসনা কোহিমাদা লৈব য়েক্রবশিংবু তাম্থোক্লবগী দমক ডিমাপুররোমদগী লান্দারকখি। ২বা ডিভিজন অমুক খোমজিল্লক্তুনা ৩৩বা ইণ্ডিয়ান ফোরসকী মতেং পীখি। ইম্ফাললোমদগী ৫বা ডিভিজনগী কোহিমারোমদা চংশিল্লকখি। ২বা অমসুং ৫বা ডিভিজন ২না মায়গৈ ২দগী চপশিল্লক্তুনা চংশিল্লকপসিনা মাইল ১০৯ ছায়বদি কৈথেল মানবীদা খৃঃ ১৯৪৪ গী জুন থাগী তাং ২২ দা উনখি।

২বা ডিভিজনগী মশা ২৩বা খোঙমী ব্রিগেডনা অসি চীংমাপ্পা য়ায়া হৈশীংলম্মী। মখোয়না উখ্রুল তম্না তকশিনখি। অমুক ৭বা ডিভিজনা নোংপোকলোমদা অমসুং ২০বা ডিভিজনা অরাং নোং-পোকলোমদা চঙশিনখি। ২বা ডিভিজনা পললেদগী তমু রৌব কাওবগী লম্বী হাংনবগী লাম্লি লৌখি। ৫বা ডিভিজনা ১৭বা ডিভিজনবু কয়গা অমুক ডিভিজন ২ পুম্না জিরহুনা য়েক্রববু টিডিম কাওবা তানথায়নব অকনব য়াশক লৌখি। অম্মা জুন থাগী

মন্নুংদা জাপানশিংবু ষ্টেট অসিদগী পুমতান তাম্নোকখি। য়েরুবশিংনা মাইথিবা ফংলহনা ষ্টেট অসি থাদোক্লমদাইদা তেংনৌপলগী মোক্তৌগী নোংচুপলোমদা লৈব খেজোই অমস্নুং মাইপি খুন্দা চীংগী প্রজাশিংগা লোইননা অচৌব মিটিং ২ থক তৌখি। মতুদা জাপানগী মিলিটরি ওফিসার অমনা হায়খি "ঐখোয় ৫০০০ লাকপনি, অতুবু ৩০০০ দি শোক পনব য়াওব্রে। ঐখোয়না ষ্টেট অসিদা চঙলকপা মতমদা কুকি অমস্নুং নাগাবু য়াম্না থাজরুরে। তৌইগুম্বস্নুং মখোয়না ঐখোয়বু য়াম্না থীনা মীনম্নে। ঐখোয় হৌজিক মৌলাইকতা হুনব তারে অমস্নুং ডিসেম্বর থাদা অমুক হন্নকনি। তৌইগুম্বস্নুং হন্দকমুক হন্নকপদদি ঐখোয় প্রজাশিংবু য়েংলোই।" তশেংবমকন্ন উথ্রুল সবডিভিজনগী মন্নুংদা প্রজানা জাপান ৭৯ কাখি অমস্নুং ৯৫ না লোইশিনখি হায়র্বসি জাপানশিংনা খনখিমাল্ল হায়না প্রজানা চিংনখি। খৃঃ ১৯৪৪ গী জুন থাগী মন্নুংদা জাপানশিংবু ষ্টেট অসিদগী তাম্নোকখি হায়রুবগী রাফমতনি; মখোয় ময়ুম লমদম তানখিদ্রি; ব্রহ্মাদা অতুম মরৈরম্মী। মখোয় অসিনা চৎপ্রবদা বৃটিশকী লাম্মীস্নু মণিপুরদগী হনখিগবরা হায়ববু ব্রহ্মাদা লৈরিবা জাপানশিংবু তানথায়নবগী থৌরাংতুম মণিপুরদা তৌব হৌখি অনৌব খুৎলাই অমসুং ফোর্স-তুম হান্নদগী হেন্নতুম পৈশিনবা হৌখি। মরম অতুনা শিক্ষাগী থবক পাক হেক পায়খৎপা য়াদনা লৈখি। অনিস্নুব পৃথিবীগী লাজাউ অসিনা শিক্ষাগী থবক্তা অপনব কয়া পীপ্রবস্ন শিক্ষাগী অতুম লখী পীবিবদি খোকপ্রিব লাজাউ অশিমানি হায়না লৌব য়াই। লাজাউ অসিদা এলাইগী জাতি পূরমক মুনা ষ্টেট অসিদা ডিল-প্রবনি। হায়রিব জাতিশিং অ'সবু য়েংগে হায়রবদি পৃথিবী অসি

থুংনেমক চন্দ্রবস্থ মক্কম অয়াম্ব চৎপা তাবনি। অত্থবু জাতিশিং অসিগী লমচৎ ব্যবহার পুন্নমক ষ্টেট অসিদা লৈব মতমতুগী মীওই-শিংদি ময়ুমদা লৈনা লৈনা থঙব ঙমজখি। অসিদা নত্তুনা মখোয়শিং অসিনা ঐখোয়দগী থাক য়াম্না রাংনা লৈ হায়বস্থ ষ্টেট অসিগী মী পুন্নমক্কা মশানা জ্ঞান তানা থঙজখি। মখোয়না ঐখোয়দগী থাক য়াম্না হেন্না রাংখিবগী মরমদি মখোয়না শিক্ষা মতিক চানা কংখিবননি হায়বসিমস্থ লৈবাকমচা অসিগী প্রজা খুদিংমক্কা থঙজখি। মরম অত্থুনা অহল লমনশিংনা করম তৌরগা মখোয়গী মচামস্থবু মহৈ তমহনব ঙমগনি হায়বসি লাম্নংদগী হৌত্থুনা খঙ্গব হৌনখি।

## খৃঃ ১৯৪৩-৪৪।

খৃঃ ১৯৪২ গী মে তাং ১০ দা ইম্ফালদা বোম অহানব তাব তুমিৎ অত্থুদগী হৌনা ইম্ফালগী স্কুল পুন্নমক লেপপ্রবনি। খৃঃ ১৯৪৪ গী জুন তাং ৩১ দা লিংখৎনরকপনা অয়াম্বনি। স্কুলশং কয়া লাম্নং অসিদা তেকখিরম্মী অমস্থং তেক্তব থরা লৈবত্থুস্থ অয়াম্বনা মিলিটরিনা শীজিন্নত্থুনা লৈখিরম্মী। মখোয়না শীজিন্নদব স্কুল থরদি মতম অসিদা অমুক হৌগৎখি। স্কুল কাবা হৌরবস্থ ইম্ফালগী য়ুম অয়াম্বদি মিলিটরিনা শীজিন্নত্থুনা লৈরম্মী। মরম অত্থুনা ইম্ফালগী মী অয়াম্ব ময়ুম চংব য়াদবনা মখোয়গী লাম্পেনকমদা লৈনখি অমস্থং ইম্ফাল্দা নৌনা হাংখিবা স্কুল পুন্নমক ছাত্র মপুং ফানা ইকা কাখিদে।

হাই স্কুল— কুম অসিদা জোনষ্টোন হাই স্কুলশং অসিদা আর, এ, এফ (রোয়েল এয়ার ফোর্স)না শীজিন্নহুনা লৈরম্মী। স্কুল অসিগী ক্লাশ থর য়াম্না তমথৎচরক্লব অওাং ১২০ থক হেড মাষ্টার শ্রীকোঞ্জেংবম গৌরসিংহগী মখুম খাগেমপল্লীদা তম্ব হৌখি। চুড়াচান্দ অমসুং তক্ষান্না পারলস হাই স্কুলদি হাংব ওমখিরমজি।

এম ই স্কুল—কৈফ্জা এভেড এম ই মাত্রাসান্নু হান্নগী স্কুলশং অহু মিলিটরিনা শীজিন্নহুনা লৈরম্মী। খেরগাওদা স্কুল অসিগী ছাত্র খিং য়াম্না লাঞ্জেপম্মী। মরম অহুনা খেরগাও গোবর্ণমেন্ট এল পি স্কুলশংদা এম ই মাত্রাসা অসি কুম অসিদা হৌখি। নম্বোল, কাঞ্চিপুর পোলিটেক্নিক অমসুং উখ্রুল এম ই স্কুল অসি কুম অহুদা অমুক হাংখি। উখ্রুল এম ই স্কুলগী চে-হুং পুন্নমক লান অহুদা পুম্নাও মাওখি।

গ্রাণ্ট—শেলগী মগুণ হুম্বরকপা অমসুং পোংকী মমলনা কাউ-থৎলকপদগী লান মমাংদা পীর গ্রাণ্ট অহুনা স্কুল চথবা য়াখিদে। মরম অহুনা জোনষ্টোন হাই ইংলিশ স্কুলদা লাল মমাংদা লুপা ৫০০০৲ গ্রাণ্ট পীরম্বন্ত চ'হসিদা লুপা ৭০০০৲তা হাইগত্তুনা পীখি। স্কুল হেক হাংব মুমিং অহুদগী ইণ্ডিয়া গোবর্ণমেন্ট অমসুং আসাম গোবর্ণমেন্টগী থাগী লুপা ৫০/১০ ফংলম্বহুম্ন কায়দনা পীব হৌখি। কৈফ্জা এম ই মাত্রাসান্নু স্কুল হাংব মুমিং অহুদগী থোমা থাগী ষ্টেট গোবর্ণমেন্টগী লুপা ২০, আসাম গোবর্ণমেন্টকী লুপা ৩০ পুন্না থাগী গ্রাণ্ট লুপা ৫০ ফংবা হৌখি।

চীংগী এল পি—চীংগী লমদমদা লৈব স্কুল অয়াম্বদি লাক্নী মৈশা লাংহুনা লৈখিরম্মী। উখ্রুল লমদমদা লৈব এল পি স্কুল

অদত্তা হৌব য়াদনা লৈখি। মথক্তস্থ পজ্রে চীংগী হেড কাটার নস্তবা মকম অভৈদা লৈব স্কুলশং মথৈদি খুঞ্জানা শাজবনি। খুঞ্জানা শাজব হায়ব রাকম অসিদা খুন্না শেল পীরগা অথঙ অহৈ খিত্থনা মিঁয়া শীঁজিন্নবগী মওং নত্তে। নিপামথৈনা উ-রা অমস্থং মুপীমথৈনা ই নোংমদা থিরুরগা নোংঅত্থদ. ময়াম চংত্থন স্কুলশং শাব লোইবনি। শন্না হায়রবদা তম্পাক্কী য়াউশং শাবগুম্বনি। মরম অত্থনা চহি ২দগী হেন্না চৎপা স্কুলশং থোইনা য়াওরমদে। স্কুলশং পূন্নমক তেকপ্রে হায়না লৌবা য়াই। অত্থগী মথক্তা জাপান্না লৈরম্বগী অরা অনা ফংবনে অত্থগা মথোয়বু তান্নরকপদা ময়ুম মকৈ পূন্নমক মাঙ-বনে চীংমাশিংগীদি অরাবনা শিস্থাং শিংনা লৈরম্মী। মরম অত্থনা স্কুল হৌব ওন্নমত্রি। তমদা লৈরম্ব চিংগা হিল ইউ পি অমস্থং এল পি স্কুল পুনব স্কুল ১ লৈরম্মী হায়ব য়োনা খওখিদ্রে। তদবী অমস্থং চুড়াচান্দপুরদা ইউ পি স্কুল ১/১ লিংথংনবগী রাকম অসি লান মথাংদা লৈপ্রবনি। থৌইগুম্বস্থং খৃঃ ১৯৪৪-৪৫ ফাওব লিংথৎপা ওমখিদ্রে।

সংস্কৃত—হান্না সংস্কৃত টোল ৩ লৈরম্ব অত্থগী মতুংদা ব্রহ্মপুর সংস্কৃত টোল কুম অসিদা হায়বদি খৃঃ ১৯৪৩-৪৪ দা অমুক হাংখি।

চিনবুং পরীক্ষা—খৃঃ ১৯৪৩-৪৪ শিক্ষাগী ইতিহাসতা লৈহৌর-পদব কুম অমনি। কুম অসিদা প্রোমোশন অমস্থং বৃত্তি পুনব এল পি স্কুল লিভিং সার্টিফিকেট পরীক্ষা অত্থ চিন্দা লৌখি। মথাং-তৈদম্ব অসিগুম্ব পরীক্ষা অমুক্ত থোকখিদ্রি; মতুংদম্ব থোক্লকনি হায়না থাজনীংঙাই লৈত্রব মওংগী পরীক্ষানি।

মপান্দা চীংগী ছাত্র—শিলোং গোবর্ণমেণ্ট হাই স্কুলদা ষ্টেট স্কোলারসিপ ফংব তাংখুল মচা ৩ অমসুং কুকি মচা ২ কুম অসিদসু মখোয়গী স্কোলারসিপ কায়দনা ফংহনা অহুম তমথখি। সেইণ্ট পোল কলেজ, কলিকাত্তাদা চীংগী ছাত্র অমা, বেড়ি হোয়াইট মেডিকেল স্কুল, দিব্রুগড়দা চীংমী ছাত্র অমা অমসুং ঢাকাদা মেডিকেল তম্বা চীংমী ছাত্র অমা পুম্না চীংমী ছাত্র ৩ অসি হাইয়ার ইডুকেশন তমথরম্মী।

## খৃঃ ১৯৪৪-৪৫।

হাই স্কুল—কুম অসিদসু জোনষ্টোন হাই ইংলিশ স্কুল অসি খাগেমপল্লীদা লৈব শ্রীগৌরসিংহ হেড মাষ্টারগী ময়ুমদা অহুম চথখি। আসাম অমসুং ইণ্ডিয়া গোবর্ণমেণ্টদগী থাগী লুপা ৫০/৫০ ফংবহু অহুম কায়দনা চহি অসিদসু ফংখি। চুড়াচান্দ হাই ইংলিশ স্কুলশং অসি কুম অসিদসু আর্শিনা শীজিন্নহনা লৈরম্মী। স্কুল কোমিটি মেম্বরশিংনা মতম অহুগী ইডুকেশন মেম্বরদগী হুকুম লৌরগা মোহন মোহন এল পি স্কুলদা স্কুল অসি হাংখি। স্কুল অসিদা হান্না চহিগী লুপা ১,০০০ ফংলমহু চামদা লুপা ৪০ গী চাংদা হেনগৎনা পুম্না লুপা ১,৪০০ পীবিহনা স্কুল অসি হিংব য়ানব থৌরাং তৌবিখি। রুম্বোল এম ই স্কুলসু মসিনা হাংখিবা মতমদগী হাইগৎনা থাগী লুপা ৪০ গী চাংদা গ্রাণ্ট পীখি।

চীং—জাপান্না চীং থাদোক্লমহৎনা হেক চংখিবগা অমুক হন্না স্কুল হাংনব কন্না লাক্লখি। মায়পে পুম্নমক্তা স্কুল থর হাংনখি। সংস্কৃত টোলসু কুম অসিদা থ্বাই অমসুং জর্ম্মস্থান্দা লৈব সংস্কৃত তোল ২ মক হাংখি।

---

## খৃঃ ১৯৪৫-৪৬।

হাই স্কুল—অসিদা ভম্ফান্না গারলস হাই ইংলিশ স্কুল মতম কুইনগী ভুংদা হাংখি। লান মমাংদা স্কুল অসি থাগী লুপা ১৫০ গ্রাণ্ট ওইনা পীরম্বহু কুম অসিদগী হৌনা লুপা ৫০০দা হাইগৎপীবি অমসুং স্কুল অসিগী অরাৎ অপা মেনশিন্নব নন রিকরিং গ্রাণ্ট ওইনা লুপা ১,০০০্সু পীখি। তোম্বীন্না হাই স্কুল খৃঃ ১৯৪৫ গী এপ্রিল তাং ১৭ তা উরিপোক্তা হাংখি। হেক হাংব হুমিং অসিদগী হৌন্না থাগী হান্না কংলম্বা গ্রাণ্ট লুপা ১০০্হু কায়দনা কংজখি। চহি অসিদা স্টেট দরবারদা জোনষ্টোন অমসুং তম্ফান্না গারলস হাই স্কুল অনিমক মতুংগী চহিগী হায়বদি খৃঃ ১৯৪৬ কী জুন তাং ১ দগী সর-কারগী স্কুল ওইনা লৌশিন্নব ৱারেপ তানখি। খৃঃ ১৯৪৬ কী মাচ তাং ১ দা তোম্বীন্না হাই স্কুল খ্বাইরম্বন্দ বাজার এরিয়াদা লৈব স্কুলশং অহুদা হোংজিনখি। চীং—কুম অসিদা নোংচুপ সবডিভি-জনগী ছাত্র থর নিম্ন প্রাইমারি বৃত্তি পরীক্ষাদা মাওখি। মরাম্না ইথা থাজরমদব চীং মচাম্ কুম অসিদগীদি থাক রাংনা থনব হৌরবি।

---

## খৃঃ ১৯৪৬ ৪৭।

কুম অসি শিক্ষাগী ইতিহাসতা নীংশিংনিংঙাই ওইব চহিনি। চহি ১০ চুপ্প হোংনজরক্লব কলেজ অদু শ্রীমতি ধনমঞ্জুরী মহারাণীনা লুপা ১০,০০০ দান তৌবিরক্লুনা ষ্টেটনা ছাত্র ৭০ মমিং চন্দুনা ইহান হাপ্পা লিংখৎখি। ষ্টেটনা শ্রীমতিগী নীংশংনব ওইন কলেজ অসি ধনমঞ্জুরী কলেজ হায়না মমিং থোনখি। কুম অসিদা লায়্যংদা পীরম্ব ডিয়ারনেস এলাওয়েন্স অমসুং স্পেসিয়েল এলাওয়েন্স অনিমক ককথৎখি। লুপা ৩০ দগী তানা ফংব কর্ম্মচারিশিংগী দমক্তি হায়গী ডিয়ারনেস এলাওয়েন্স ককথৎখিদে; অতুম ফংলম্মী। কুম অসিদা কেরানিগী পোষ্টমখৈ ১ বা গ্রেড, ২ বা গ্রেড অমসুং ৩ বা গ্রেড হায়দুনা গ্রেড অহুম থোক্না থায়রোকখি।

খৃঃ ১৯৪৬ কী জুলাই তারিখ ১ দগী হৌনা জোনষ্টোন হাই ইংলিশ স্কুল ষ্টেটকী স্কুল ওইনা লৌশিনখি। স্কুল অসি লিংখৎপীরম্ব লার জেমস জোনষ্টোন কে, সি, এস, আইনা স্কুল অসিগী দমক রিজার্ভ ফণ্ডদা লুপা ১,২০০ থম্বিরম্মী। আসাম গোবর্ণমেন্টদগী থাগী লুপা ৫০ গ্রাণ্ট ইন এড ফংলম্বদু জুন তাং ১ দগী অতুম ককখিরম্মী। তৌইগুমসুং ইম্প্রুয়েন্ট ফণ্ডদগী ফংলম্ব থাগী লুপা ৫০ মুমদি চহি অহুদস্র অতুম অপীরকখি।

তম্ফাল্লা গার্লস হাই স্কুলস্থ খৃঃ ১৯৪৬ কী জুন থাগী তাং ১ দগী হৌনা ষ্টেট স্কুল অমা ওইনা লৌশিনখি। স্কুল অসি কলিকাতা বিশ্ববিদ্যালয়না খৃঃ ১৯৪৬ ফাওবগীদমক প্রোভিজিওনেল রিকোগ্নিসন পীরমখি। খৃঃ ১৯৪৭ কী জানুওয়ারি থাগী তারিখ ১০ দগী পার্মেনেন্ট রিকোগ্নিসন স্কুল অসিনা ফংখিন স্কুল অসিগী ছাত্রীশিংনা

ইঙ্গেন্মা অজিবু নীংশিংব ওইনা মথাগী রাংহ ঙসি ইঁশৈশ ওইনা কচ্চখি অমসুং মতুংদসু নোংমগী তত্তনা এসেম্বলি পেরেড খুদিংমা শকথখি।

কোলোইনা ভম্ফা সনা থিন
পোকপনা লৈম মিংথৌ কোন
কোলোইনা × × ×।
মণিপুর সনা লৈময়োন
সনা খুৎনা শেমজব লৈকোম
লৈরাং লৈরেৎ ফারছুনা
কৎচরি মপুগী খুয়াথাদা
কোলোইনা × × ×।

কুম অসিগী হায়বদি খৃঃ ১৯৬৭ কী মার্চ্চ তাং ১ দগী জোন-ষ্টোন হাই ইংলিশ স্কুলগী মতম কুইনা ওজা ওইবিরক্লব শ্রীযুক্ত কোইয়েং সিংহ বি এ না শ্রীলাইশ্রম থাগোইসিংহ বি এ (ওনারস), না পুবিরম্ব ডিপুটি ইনস্পেক্টরগী পোষ্ট অহু পায়ব হৌখিখি। মথাদা চহি ৫ গী শম্নপা ষ্টেটিক্স অনা পীজরি:—

হাই স্কুল।

| চহি | স্কুল মশীং | | ছাত্র মশীং | | ওজা | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | লিপাগী | তুপীগী | লিপামচা | তুপীমচা | এমএ | বিএ | আইএ | মেট্রিক | ননমেট্রিক | অপুনব |
| ১৯৪৩-৪৪ | ১ | — | ১২০ | — | ১ | ৪ | ২ | ২ | × | ৯ |
| ১৯৪৪-৪৫ | ২ | — | ৪৭৭ | — | ১ | ৮ | ৫ | ৬ | ১ | ২১ |
| ১৯৪৫-৪৬ | ৩ | ১ | ১৫৬৪ | ১৪৯ | ২ | ১৮ | ১১ | ২২ | ২ | ৫৫ |
| ১৯৪৫-৪৬ | ৩ | ১ | ২১৭২ | ২৯৯ | ২ | ১৮ | ১৬ | ২৬ | ২ | ৬৪ |

খৃঃ ১৯৪৭ কী আগষ্ট ১৫ দা ভারতনা নিংতম্ব ফংব মুমিত্তা ষ্টেট অসিগীসু শরুক থুংবিয়কখি। মনিংতম্ব ষ্টেট অমা হেক ওইবদা হায়া লানগী মওং মতৌ উরুবদগী লাইরিক লাইত্ত হৈহৌদবনা মণিপুরীশিংনা শোথহৌবনি হায়বসি চীংজমগী প্রজা অগ্নাম্বনা মশানা জ্ঞান তাজখিবদগী মণিপুরগী কাচিন কোয়' থাক্রুনা স্কুল লিংখৎনখি। মতম কুইনা হাংব ওমদনা লৈরুরব বেঙ্গলী হাই স্কুল খৃঃ ১৯৪৭ কী ওক্টোবর থাদা অমুক হাংখি। চীংমৈরোমদা 'মন্সিটরিশিংনা শাহুনা থম্বিয়মুব শং অমদা সিন্দম শিনশং হাই স্কুল লিংখৎখি। অসুম তৌনা মথল খুদিংগী স্কুল লিংখৎনরকপদগী খৃঃ ১৯৪৭-৪৮ দ. ওইখিব শিক্ষাগী ফিবম উচ্চরি :—

| মখল | কলেজ | হাই | মিডল | প্রাইমারি | স্পেসিয়েল |
|---|---|---|---|---|---|
| তঙ্কমশং | ১ | ৬ | ১৩ | ২৭৮ | ১৩ |
| ছাত্র | ৬০ | ৩৭০৫ | ১৩৬০ | ২৫,৪০০ | প্রাইমারিদা য়াওরে |
| ওজা | ৭ | ১১১ | ৭৬ | ৫০৭ | ,, |
| খরচ | ৩,৬৩০_ | ১,২৫,৬২২_ | ৪৫,১৬২_ | ১,৮৪,৪৫৭_ | , |

